# ꯃꯩꯇꯩ ꯂꯩꯕꯥꯛ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯃꯍꯥꯚꯥꯔꯇꯀꯤꯅꯤ

# মৈতৈ লৈবাক মণিপুর

# মহাভারতকিনি




কৈশাম বিরচান্দ সিংহ




# মৈতৈলৈপাক মণিপুর মহাভারতকিনি

পুথোকপা ২৪ঃ সেপ্তেম্বর, ২০০৪ ইং

কোপী মশিং ঃ ৮৫০

**লাইরিক ফংফমশিং ঃ**

১। পুন্না ফংফম - ওল মণিপুর ৱিক্লি জনেরেললিষ্ট ফোরম শেল ডিপো। *বিঃ টিঃ রোড (রুপমহল টেঙ্ক)।*

২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, *পাওনা বজার।*

৩। জগৎমাতা বুক ষ্টোর, *পোলোগ্রাউণ্ড।*

৪। রাজেস বুক ষ্টোর, *গভর্ণর রোড ওপোজিট মণিপুর ষ্টেট্ট সোসিয়েল ৱেলফিয়ার, ইম্ফাল, মণিপুর।*

৫। অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং।



**মমল লুপা ৫০**

*পুথোকচবা*

**কৈশাম বিরচান্দ সিংহ**

# মৈতৈলৈবাক মণিপুর মহাভারতকিনি

## লাইরিক অসি পুথোক্লবগী খন্নবদা য়াওবিবশিং

১। শ্রীযুক্ত অরিবম চন্দ্রজিৎ শর্ম্মা

*ব্রহ্মপুর নহাবম বাচস্পতি লৈরক।*

২। শ্রীযুক্ত বাচস্পতি ময়ুম রাজেন শর্ম্মা

*মহাবলি মমাং ব্রহ্মপুর।*

৩। শ্রীযুক্ত খুমুকচম নোয়োনসিং

*লাইরিকথিবা অৱাংখুনৌ।*

৪। শ্রী নিংথৌজম সুবোল সিংহ (ৱারিলিবা)

*হৈরোক পার্ট - টু*

৫। শ্রী লৌরেম্বম কুলচন্দ্র সিংহ

*কোইরেঙ্গৈ বাজার*

৬। শ্রী কোঞ্জেংবম লয়োন সিংহ (লৈখিদ্রবা)

*(মোইরাং মাইবা) অৱাং সেকমাই বজার।*

৭। শ্রীময়ুম শ্যাম শর্ম্মা

তেন্দোংয়ান।

*পুথোকচবা*

**কেঃ বিরচান্দ সিংহ**

*মহারাবি, পিঃ ওঃ অৱাং সেকমাই মণিপুর।*

# মৈতৈলৈবাক মণিপুর মহাভারতকীনি
## লাইরিক অসি নম্বদা সেলগী মতেং পিবিরকখিবশিং

১। এসঃ রাজেন সিংহ
*(লমশাং কেন্দ্রগী এমঃ এলঃ এঃ)* : লুপা ২০০০/-

২। শ্রী রাজেন শর্ম্মা
*(জগৎমাতা বুক ষ্টোর)* : লুপা ৫০০/-

৩। শ্রী অরিবম চন্দ্রজিৎ শর্ম্মা : লুপা ১০০/-

৪। শ্রী লৌরেম্বম কুলচন্দ্র সিংহ
*(কোইরেঙ্গৈ)* : লুপা ৫০০/-

৫। শ্রী য়াম্বেম রাশি সিংহ
*(বামোনকম্পু ইরিনবুং)* : লুপা ৫০/-

৬। শ্রী য়ুম্নাম সুধির সিংহ
*(ৱাংখৈ কোন্সম লৈকাই)* : লুপা ১০০/-

৭। শ্রী থোকচোম মঙ্গি সিংহ
*(ককৱা মখা)* : লুপা ৫০/-

৮। শ্রী খোইস্নাম অচৌ সিংহ
*(মালোম মখা লৈকাই)* : লুপা ৫০/-

৯। শ্রী নিংথৌজম সুবোল সিংহ
*(হৈরোক পার্ট - টু)* : লুপা ১০০/-

১০। শ্রী খুমুকচম নোয়োন সিংহ
*(অৱাং খুনৌ)* : লুপা ৫০/-

১১। শ্রী থিংবাইজম নোবো সিংহ
*(শগোলতোংবা বাজার)* : লুপা ১০০/-

১২। শ্রীময়ুম শ্যাম শর্ম্মা : লুপা ১০০/-
*(তেম্দোংয়ান)*

# লাইরিক অসি ইবদা মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং

| লাইরিক মমিং | লেংবা |
|---|---|
| ১। মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি | ১) স্বর্গীয় লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ভক্তিরস চুড়ামণি। |
| | ২) স্বর্গীয় লোংজম মণি সিংহ, স্বর সিদ্ধান্ত চুড়ামনি। |
| ২। চৈথারোল কুম্বাবা | ১) স্বর্গীয় লাইরেল ময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, |
| | ২) নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী |
| ৩। সরল বাঙ্গালা অভিধান | - স্বর্গীয় শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্র, কোলকতা। |
| ৪। শ্রী মহাভারত পুরান | - শ্রীকাশিরামদাস পণ্ডিত। |
| ৫। শ্রী মদ্ভাগবত পুরান | - শ্রী ব্যাস গুরুদেব। |
| ৬। মণিপুর ইতিহাস | - স্বর্গীয় শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা। |
| | - বিদ্যারত্ন কবিরাজ। |
| ৭। সতিং সকোক পুয়া | - শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ |
| | - পদ্মশ্রী |
| ৮। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন | - স্বর্গীয় শ্রী কোঞ্জেংবম ধন সিংহ |
| ৯। EXPANSION OF ARYAN CULTURE IN EASTERN INDIA | - RAMESH CHANDRA MAJUMDAR |
| ১০। খুনুং লিচৎ শাজৎ | ১) থোঙাম পণ্ডিত মাধোপ সিংহ |
| | ২) শ্রীনিংথৌজম খেলচন্দ্রসিং, পদ্মশ্রী |
| ১১। কংলা পাফল (মেপ) ফংফম | শ্রী কোনম মনিকচান্দ সিংহ, খুরাই কোন্সম লৈকাই। |
| ১২। মণিপুরের ইতিহাস | - রাজকুমার শ্রী স্নাহল সিংহ (বিঃ কমঃ) |

# তাইবং মপু খুরুমজবা

## শ্রীকৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমঃ

জন্মাদ্যস্য যতোহম্বয়া দিতর শ্চার্থেষ্ব ভিজ্ঞঃ স্বারাট্,
তেনে ব্রহ্মহৃদা য আদি কবয়ে মুহ্যন্তি যৎ সূরয় ঃ।
তেজো বারি মৃদাং যথা বিনি ময়ো ত্রিসর্গো মৃষা,
ধাম্নাস্বেন সদা নিরস্ত কুহকং সত্যংপরং ধীমহি ॥১॥

মফম মতম অমসুং মাইকৈ পুন্নমক্তা লেংদনা লৈবা, পুন্নমক্কী অথোইবা, তাইবংপানবগী মপুবু ঐখোয়না তত্তনা নিংজৈ, অন্বয় ব্যতিরেক (১) ওইবদগী তাইবংপানবা পুম্বনা ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকই, মঙোন্দা হিংদুনা পাল্লি অমসুং মঙোন্দা তিল্লি। তাইবংপানবদা লৈবা লেংই পাল্লিবা পুন্নমক্তা ইবুঙো মানা খংবা কৌবা অদুনি ইবুঙো মানা কবি অহানবগী থমোই মনুংদা বেদ ওইদুনা ঙানথোকখি।

বেদ অদুবু পণ্ডিত পুম্বনা খংবা ঙমদে, লেংই পাল্লিবা তাইবংপানবা পুন্নমকসিনা ইবুঙো মাঙোন্দা লৈ, মদুদি মৈ, ঈশিং অমসুং লৈপাকপু ওন্নতৈননা উবগুম্না মাঙোন্দা ওইদবা - অরেম্বা ওইনা লৈ, ইবুঙোগী মতিক - মগুণ মক্তনা মাঙোন্দদি ওইদবা চুমদবনা চংবা ঙমদবা অদুগুম্বা তাইবং মপুবু ঐখোয়না নিংজৈ ॥১॥

# ইমা লৈবাক খুরুমজবা

মণিপুর সনা লৈময়োন, পৃথিবীগী খোয়দৌ ওইরিবী,
মণিগুম মঙান নাইরিবী, পুকচেল লিরি খোইরিবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, অকল অথৌ পোক্লিবী,
মচান মীরাই নাইদবী, অৱা নুংঙাই থিদবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, ইমা নংগী নতম্পাক্তা,
ব্রজবাসি পাওনা মেঙ্গর, চিংলেনসনা পোকপীবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, ইমা নংগী নতম্পাক্তা,
শ্রীবিষ্ণু ইরাৎ হৌদোক্লম্বা, ক্যাম্বা নিংথৌ পোকপিবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, ইমা নংগী নতম্পাক্তা,
শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌরম্বা, কার্ত্তা নিংথৌ পোকপিবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, মালেমদা অথোইবী ওইরিবী,
য়াইরিপোক থম্বালনু চংখোন্বী, সতী খোংনাং পোকপিবী,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

মণিপুর সনা লৈময়োন, চায়োক নাওয়োক ফজবী,
জাত-বিজাত খায়দবী, নপারি নমোম ঐখোয়না,
ইমা নহাকপু খুরুমজৈ ।

# মৈতৈলৈবাক মণিপুর মহাভারতকীনি

## *ৱাহৈ খরদং*

ঐখোয়গী রাজ্য মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি "মহাভারত" লাইরিক্তা য়াওরিবা চিত্রাঙ্গদা বভ্রুবাহন পোকখিবা মণিপুর অদু ঐখোয়গী রাজ্য মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিদনি।

ভরতকী মনুংদা মণিপুর অনি শুদে চিত্রাঙ্গদা বভ্রুবাহনগী পোক্লফম মণিপুর অদু লাইরিক অসি পাবীরগা তশেংবদু খংবীগনি।

লাইরিক অসিবু পাবীরিবা পাবীরীবী পুন্নমক্লা করিগুবা ৱাহৈ ৱাতা ফজদবা, ময়েক একার ওকার ওন্নখিবা থেংনবীরবদি তাকপীরকপা হরাওনা লৌজগনি। মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে।।

লাইরিক অসিগী হক পুন্নমক অইবগীনি।

*কৈশাম বিরচান্দ সিংহ*

# য়াওফম তাকপা

# মৈতৈ লৈবাক মণিপুর

(১) মৈতৈ লৈবাক মণিপুর মহাভারত লান তৌদ্রিঙৈদগী হৌনা মণিপুর কৌরম্লে হায়বগী খুদম লাইরিক - সুবলচন্দ্র মিত্রগী "সরল বাঙ্গালা অভিদান" ষষ্ঠ সংষ্কাণগী লমাই ৯৭৫/৭৬ অষ্টম সংষ্করণগী লমাই ১০৪৪/৪৫ দা য়াওরি।

(২) মৈতৈ লৈবাক মণিপুর সান্তিদাসনা নৌনা থোনবা মিং নত্তে, হায়বগী খুদম চাংদম লাইরিক্তি - "সরল বাঙ্গালা অভিধান" ষষ্ঠ সংষ্করণগী লমাই ৮৫৫ দা, অষ্টম সংষ্করণগী লমাই ৯২০ দা "বল্লাল সেন" গী ৱারী য়েংলগা; লোইননা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্কি লমাই ৭২ দা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী ফম্বাল কাখিবা খৃঃ ইংশোক য়েংলগা খংবা ঙম্মি।

(৩) ভারতবর্ষদা মহাভারত লান তশেংনা থোকখি হায়বগী খংবা ঙম্বা খুদম চাংদমশিংগী মরক্তগী "সরল বাঙ্গালা অভিধান" ষষ্ঠ সংষ্করণগী লমাই ৬২৭/২৯ দা অদুগা অষ্টম সংষ্করণগী ৬৮৫/৮৬ তা "দিল্লি" হায়বা ৱাহৈগী অর্থ য়েংলগা লায়না খংবা ঙম্মি।।

(৪) কলিঙ্গ দেশদা মণিপুর কৌবা লম অমা লৈরমদে। লমদম অদুগী মীওইশিংনা মণিপুর হায়বা মিং অসি তাদে, করিনো হায়বা খংলমদে। মসিগী খুদম চাংদম লাইরিক্তি "সরল বাঙ্গালা অভিধান" গী ৬ শুবা সংষ্করণগী লমাই ৩২৪ দা, ৮ শুবা সংষ্করণগী লমাই ৩৫৪ দা কলিঙ্গগী অর্থ য়েংলগা খংবা ঙম্মি অদুগা Ramesh Chandra Majumdar না ইবা Ex-pansion of Army Culture in' Eastern India গী লমাই ৪৪/৪৫ দা য়েংলগসু খংবা ঙম্মি। লোয়ননা মৈতৈ ময়েক্ক ইবা সাদিং সাকোক পুয়াদা ঃ- নুঙকোইপিকি মনাক

তাইপোঙথোঙগা অনিগী মরক্তা য়াই মনি কৌবা অমা লৈয়ে মানা লৈবগীবু মনিপুর কৌএ। অসুম্না ইরম্বা অসিদগীসু সান্তিদাস লাক্পিগৈঙেগী মমাংদগী মণিপুর কৌরম্লে হায়বা খংবা ঙম্মি।।

হায়রিবা খুদম চাংদমগী ৱারোলশিং অসি লাইরিক্তগী মক্তনি লাইরিকশিং অদুদগী লৌখৎচরগা মথং মথং মখাদা থমজরক্কে।

হৌজিক মালেম পৃথিবী ইমা লৈপাক্কী খোয়দৌ থম্বাল ওইরিবী মণিপুর সনা লৈবাক্কী শক্তম খরদং শিংথাজগে।

ঐখোয়গী ইরমদম মণিপুর সনা লৈবাক অসি হৌজিক মৈতৈ জাতিনা লুচিংলগা নাগা, কুকি, কবুই, তাংখুলনচিংবা চীংমী জাতি কয়াগা অমদি মৈতৈ পাঙগলনচিংবা জাতি মখল কয়ানা মণিপুরদা খুন্দারি।

ঐখোয়গী মণিপুর অসি য়াম্না ঙল্লিগৈঙেগী মতমদা হায়বদি দ্বাপুর কৌবা যুক্তগী হৌনা মণিপুর কৌরম্লে, মসিগী তশেংবা খুদমদি মহাভারত কৌবা লাইরিক্তা শিংথারিবা অদু মখাদা থমজরি। শম্না শম্না ইজগে।

মহাভারত লাইরিক্কী আদি পর্ব্বদা হায়রি মদুদি পাণ্ডবকী অর্জ্জুননা নিয়ম অমনা মরম ওইদুনা চহি ১২ বন চৎপা তাদুনা মথং মথং লাকপদা মণিপুর য়ৌরকখি, মতম অদুগী মণিপুরগী নিংথৌ চিত্রভানু কৌবা গন্ধর্ব্ব অমনা নিংথৌ ওইরম্মী। চিত্রভানুগী মচানুপী জিত্রাঙ্গঁদাবু অর্জ্জুনগা লুহোংখি, অর্জ্জুন চহি অমা মণিপুরদা লৈরম্মী মদুদা মচা নিপা বভ্রুবাহন পোকখি।

## মণিপুরদা অর্জ্জুন তুবা

অসুম্না লৈবনা বভ্রুবাহননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা পাল্লকখি। চহি কয়াগী মতুংদা মহাভারত লান লোইখ্রবা মতুংদা হস্তিনাদা পাণ্ডবকী

যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইরবদা অশ্বমেধ যজ্ঞ কৎলি। মদুদা অর্জ্জুনা যজ্ঞগী শগোল ঙাকপা লাকপদা যজ্ঞগী শগোল মণিপুরদা চংলকপদা বভ্রুবহন্না শগোল ফারে শগোলগী মরাইবক্তা থেৎলিবা সনাগী কোম্পাক্তা ইরিবা ৱারোল অদু পারুবদা মপা অর্জ্জুননা ঙাকপা লাকপা যজ্ঞগী শগোলনি হায়বদু খংলদুনা বভ্রুবাহন নিংথৌনা মাগী অপোকপা মপাবু উনজবা ফংলগনি খনদুনা হরাওজে। মমাগা তান্নরগা অথেনপোৎ কয়াগা লোইননা যজ্ঞগী শগোল অদু অর্জ্জুনগী মফমদা খুরুমদুনা কৎলি। নিংথিবা ৱাহৈনা হায়জে, ইপা ইবুংঙো নচাবু ঙাকপিযু নচানা পাবুংগী শগোলনি, ইপল ইবুংঙো যুধিষ্টিবগী যজ্ঞগী শগোলনি হায়বা খংজদবদগী ফারুবনি, অদুবু হৌজিক্তি খংজরে নচানা খুরুমজরি নচাবু ঙাকপিযু, ঐহাক চিত্রঙ্গাদা ইমানা পোকপনি বভ্রুবাহন নচাবু কাওবিরব্রা। অসি হায়দুনা অর্জ্জুনগী মখোং শোক্লা দণ্ডবত তৌনা খুরুম্মী। মদুদা অর্জ্জুননা য়াম্না শাওনা চৈরকখি, চৈবদা নত্তনা খোংপাক্লা কাওবদা বভ্রুবাহন নিংথৌদু লৈমাইদা পুন্ত্রে তুবনি। মদুদা মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহন্না শাওরদুনা মপা অর্জ্জুনগা অকনবা লান থেংনখি।

মসি পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলানি। তাইবং পানবদা লৈরিবা জীব খুদিংগী হৃদিদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণনা বভ্রুবাহনগা অর্জ্জুনগা মপা মচা লান থেংনহনগে হায়বগীদমক অর্জ্জুনগী হৃদিদা লৈরিবা কৃষ্ণ অদুনা বভ্রুবাহনবু মচানি হায়বা খংহনখিদে।

অসিনা মরম ওইদুনা অর্জ্জুনগী তেঙ্গোলগা বভ্রুবাহনগী তেঙ্গোলগা অকনবা লান থেংনখি। মদুদা তেঙ্গোলগা লোয়ননা অর্জ্জুন শিখি।

অসোমদা হিস্তিনাদা কুন্তীগী মমংদা মণিপুরগী লাল অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা উখি। কুন্তীগী মং অদু শ্রীকৃষ্ণদা তমখি। মীকপ থোকললকপদা কুন্তীনা কৃষ্ণদা পাখৎপগা লোয়ননা হায়জরকই হেঃ ইবুংঙো

কৃষ্ণ, ঐদি মাংজরে করিনো তৌগদবা, ঙসি ঐগী মংদা ইচা অর্জ্জুন বৃষকেতু তেঙ্গোল পুন্নমক্কা লোয়ননা মণিপুরগী লান্দা শিরে। মণিপুরগী নিংথৌদু বভ্রুবাহন কৌই অর্জ্জুনগী মচানি হায়। শগোলগী মরাইবক্কী লাইরিক অদু পারুবদা মপানি খংলদুনা অথেনপোৎ সনা লুপা রতন কয়াগা লোইননা পূজাগী পোৎলমশিং চিৎথদনা পুরক্লগা কৎচবদু অর্জ্জুননা শাওদুনা পূজা অদু লৌবিখিদে। মমৈথংদা মপা মচা অকনবা লান থেংনখি মদুদা তেঙ্গোলগা লোয়ননা অর্জ্জুন বৃষকেতু শিরে, করি উপাই তৌগনি ইবুংঙো।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি ইনেমতোন মংগী ৱাবু করিগীদমক্ অদুক ৱাবিরুরি ৱাবিরুনু, করিসু তৌরম্মোই, নুংশা তিবিরুগনু। পৃথিবীদা অর্জ্জুনবু মাইথিবা পীবিনবা লৈতে । ঐ হৌজিকমক মণিপুরদা চৎচরগে নুংশা থিবিরগনু। অসি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা গরুর তোংদুনা মণিপুর পাংলকখি।

সোমদা মণিপুরদা বভ্রুবাহন নিংথৌ উলুপি চিত্রঙ্গদা মমা অনিগা কোনুংগী মীয়ামগা লোয়ননা লানফমা অশিবা অর্জ্জুনগী হকচাংবু কোয়শিন্দুনা উপায় লৈতদুনা কপ্তুনা লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণ থুংলখি। শ্রীকৃষ্ণবু হেক উজবা ফংবদা বভ্রুবাহননা কৃষ্ণগী চরণদা খুরুমজরগা কপ্না কপ্না লানগী পাও তমজরকখি।

হে ঃ কৃষ্ণ থৌজালহৈবা ইবুংঙো ননাইগা মান্ননা পাপচেনবা তাইবংদা অমা লৈরম্লরোই। অপোকপা মপাবু হাৎলবা ফৎত্রবা ঐগী ইরালসে কৈদৌঙৈদা কোক্লরোই। উলুপী ইমানা হায়বদগী পুণ্ডরিক নাগ ইপুবু পাতান্দগী মণি লৌরুনবা অনন্ত ইপুগী মফমদা থারুবনি। অদুবু ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রিনা য়েৎপদগী মণি পিরক্ত্রবদা ঐনা তেঙ্গোল পুরগা লান তৌনবদা ঐনা লান ঙম্লদুনা মণি পুরক্লে। অসুম্না মণিপুরদা থুংলবা মতমদদি ইপা অর্জ্জুনগী কোকক্কা বৃষকেতুগী কোকক্কা কোক অনি

লৈরমদ্রে। ইবুংঙো লেংবিরকপা য়াম্না ফরে হৌজিকমক ইবুংঙোদা ননাইগী থৱাই কৎচরগে, পাপ চেল্লবা হকচাংনা মাংখ্রবসু থৱাই মঙা অসিদদি শ্রী চরণনা থম্বীয়ু।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাইগী অৱাবা কোকহম্বীরগে খন্দুনা মনাইবু খামজিনবিরকই।

শ্রীকৃষ্ণনা হায় ৱারগনু মণিপুর রাজ হৌজিক ঐনা মরম পুম্নমক ফননবা তৌরগে। অসি হায়বগা লোয়ননা কৃষ্ণনা লাওরকখি, হৌজিকমক কোক হুখিবা নহাক্কী কোক অদু তৎলগা লৈমাইদা কেন্দুনা তারো ; অর্জ্জুন - বৃষকেতু অনিমক্কী কোক হৌজিকমক লেংজুমদা শমজিন্নরসনু। অসি হায়রকপা খুদক অদুদা কোক পুদুনা চৎলিবা লিন অনিমক্কী মকোক তত্তুনা থৱাই মাংখি।

সোমদা "অনন্ত" লিনগী নিংথৌনা বৃষকেতু অর্জ্জুনগী কোক অনি পুরক্লগা অনিগী লেংজুমদা শমজিন্নদুনা থম্লরে অদু বভ্রুবাহন নিংথৌনা তশেংনমক উজখি। মতমদুদা কৃষ্ণনা মণি অদুগা লোয়ননা অমৃত খিকপিদুনা তেঙ্গোল পুম্নমক্তা লোয়ননা অর্জ্জুন হিংগৎলকখি। লান্দা শিখিবা শগোল শামু খোঙমী লান্মী পুম্নমকসু মণিগী মপান্দগী লোইনমক হিংগৎলকখি। পুম্নমক হিংলবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা লিনগী নিংথৌ অনন্তগী মফমদা মণি অদু অমুক হন্না পিবিখি। মণি ফংলবদা শ্রীকৃষ্ণ খুরুমজরগা অনন্তনা মণি পুদুনা হনখি।

অসিগুম্বা লাইমক্লা ঙমফদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অসি বভ্রুবাহন নিংথৌনা উবদা শ্রীকৃষ্ণবু মপুন্সি চুপ্পা মরৈবাক্তা লৈবিদুনা সেবা ফংজনিংবদগী হায়জখি। হেঃ প্রভু নহাক্কী গুণ ঐগুম্বনা খংবা ইতিক নচ্চদে, জগৎনা নহাকপু "ভগতবৎসল হরি" হায়নবা অসিনা অশেংবা মত্তা ওইরবদি, পুন্সি চুপ্পা লৈবিয়ু সেবা ফংজগে। নহাক্কী সেবা ফংজবা নত্তনা অতৈ করি অমত্তা পামজদ্রে।

মনাইগী ৱা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরকই ! তাও নিংথৌ মতম অমদদি ঐনা নরৈবাক অসিদা লৈরখিগনি, হৌজিক্তি নংসু নপা অর্জ্জুনগী তেঙ্গোলগা লোয়নদুনা লান চৎলগা হস্তিনাপুরগী যজ্ঞ লোইরগা নরৈবাক্তা হল্লক্লবা মতমদা সেঃ ঐনা পিরিবা অসি লৌ, মসি কৃষ্ণ ঐমক্লি খন্দুনা ইরাৎ পুজা তৌজৌ ; অসি হায়দুনা "শালচক্র" শ্রীবিষ্ণু পীবিখি।

বভ্রুবাহন্না যজ্ঞ লোইরগা মরৈবাক মণিপুরদা লাক্লবা মতমদগী শ্রীবিষ্ণু অদু নিতিগী ইরাৎ পুজা তৌজদুনা মপুন্সি লেনজখি।

বভ্রুবাহন লৈখিদ্রবা মতুংদা মণিপুর নিংথৌ পান্দবা লৈবাক ওইদুনা মতম খরা লৈখি। মথংদা পোং লৈবাক্তগী নিংথৌ মথং মথং অহুম পাল্লন্মী। (১) অহানবা নিংথৌ "তৌখাংখু" (২) অনিশুবা নিংথৌ "তৌহাংখু" (৩) অহুমশুবা নিংথৌ "তৌহাংপে" কৌই। অহুমশুবা নিংথৌ "তৌহাংপে" কৌবা অসি মণিপুরদা মতম খর পালল্লগা, পোং লৈবাক্তা শ্রীবিষ্ণু পুদুনা চৎখ্রগা অদুম লৈখ্রে। পোং লৈবাক য়ৌবদা মতমনা মরম ওইদুনা শ্রীবিষ্ণু অদুমমক মাংখ্রে, লোংখ্রে।

## শ্রী বিষ্ণু পূজা

দ্বাপুর যুগ লোইখ্রে, কলি হৌরে মণিপুরদা মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাখংবনা পানবদগী মথং মথং পাল্লকপনা মৈদিংঙু ক্যাম্বা মহারাজনা শকাব্দ ঃ১৩৮৯ দা ফম্বাল কাদুনা পাল্লে। মতম অসিদা পোং লৈবাক্তা লোংখিবা শ্রীবিষ্ণুনা খল্লি, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা গৌরাঙ্গা হায়না শায়োনলক্লগনি হরিধ্বনীনা মাইগৈ শিনবা থুংনা নিল্লগনি, মণিপুরদসু হরিনাম য়ৌরক্লগনি। মতম য়ৌশিল্লক্লে ঐসু মণিপুরদা চৎলগে নিংদুনা, নিপা অমনা মাগী ইংখোলদা লৈবাক তৌবদা থেংনদুনা পোং নিংথৌদা পিররে, নিংথৌনা ফুগ্রী খোৎনরুবদা মশাদা লাইথুং ওইখ্রদুনা কপ্লে। মমংদা ইবুংঙো লেংঙক্লনা হায়রকই - হেঃ নিংথৌ ঐহাক

মণিপুরগী লাইনি ইমিং বিষ্ণু কৌই, ঐবু মণিপুর নিংথৌদা লাৎহল্লু তাকপিরম্মী। অদুনা পোং নিংথৌ চৌফা খেকখোম্বনা বিষ্ণুবু ফিনা য়োমদুনা পুরক্লগা, ক্যাম্বা নিংথৌদা ইরাৎলু হায়না শিন্নরম্মী।

ফরে হায়দুনা নিংথৌনা বিষ্ণু লৌহৌরে, পোং নিথৌ হনখ্রে পূজাগী মরমদি হংহৌদে, ফুরা অমা শাদুনা বিষ্ণু থমখরে। পুজা তৌদে অদুদগী ক্যাম্বা নিংথৌ নারে, মাইবনা লাইনা খংদ্রে শিব তারে, ব্রানরদুনা মহারাণীগা পাত্র মন্ত্রীশিংগা ব্রা তান্নে।

পোং নিংথৌনা হায়রম্বা বিষ্ণু পূজাগী মরমদা খন্নরে। বিষ্ণু পূজা হায়বসি করম তৌবনো খন্নবদা (পাত্র) অঙম্বা অমনা হায়রকই বামোননা তৌগদবনি ব্রারী অসি মমাংঙৈদা তাহৌই, অদুদা ময়াম্না ফরে ফরে হায়নরে। বামোনদি কদাইদা লৈবগে খন্নবদা অমনা হায়রকই খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা লৈ। অদুদি কৌরুরো হায়দুনা নিংথৌ সেনবা থারে, পাও অসি তাবদা বামোন মখে লোৎখ্রে। বামোন্না লোৎপগী মরমদি - মখোয়গী দেশ অদুদা হিন্দুগা পাঙনগা নিংথৌ অমগা অমগা লান য়ান্নে মদু উবদা লৈবা ঙমদদুনা চেল্লক্লগা লোৎলবনি। মদুদা অমুক্কা নিংথৌনা থিরে পাও তাবদগী চেকশিন্না লোৎখ্রে।

মতম অদুদা লৈবা বামোন ৬ নি। মখোয়দুদি - (১) গঙ্গারাম শর্ম্মা, (২) দামুদোর শর্ম্মা, (৩) হরিবিদ্যা লঙ্কার শর্ম্মা, (৪) পরমানন্দা শর্ম্মা, (৫) শুবিনারায়ণ শর্ম্মা অমসুং (৬) রাঙাচরণ শর্ম্মা অসিনি।

নিংথৌ শেনবা মী কয়ানা অহিং নুংথিল নাইদনা থিবদা ব্রহ্মণ ফংদ্রে। অদুবু নোংমদি শুবিনারায়ন শর্ম্মা ইম্ফাল তুরেন্দা সন্ধ্যা য়াচংবদা ইরুজে। মতম অদুদা নিংথৌগী মনাইশিংনা উরে, মদুদা খন্নে হৌজিক ইরুরিবা নিপা অসি শোয়দনা বামোন ওইরমগনি ফারসি হায়নদুনা নিপা ৩/৪ না কোয়শিন্দুনা ফারে, ব্রাহ্মননা কিবদগী মশা নিক্তুনা ফিভম কায়না জীব কল্লু, থব্রাই কল্লু লাউই! ময়াম্না হায় হে ঃ বামোন হাৎকদবা

নত্তে কিগনু করিসু তৌরোই হায়দুনা থেমদুনা কোনুংদা পুরক্নে। বামোন উবদা নিংথৌ প্রজা হরাওনরে, নিংথৌনা হংই নহাক করি জাতিনো ? করি ধর্ম্ম চৎলি ? অশেংবা হায়য়ু করিমতা কিগনু নংবু ফুগদবা চৈগদবা নত্তে। ব্রহ্মণনা খুম্মী ঐদি ব্রাহ্মণনি ঐগী কুল দেবতানা শ্রীবিষ্ণুনি, বিষ্ণু পূজা নত্তুনা অতৈ তৌজদে।

ব্রাফম অসি তাবদা নিংথৌ প্রজা হরাওনদুনা শ্রীবিষ্ণুমক্না পিবিরবনি হায়নরে। নিংথৌনা হায় হেঃ বামোন নংবু ফারিবসে শ্রীবিষ্ণু পূজাগী মরমগীদমকনি, পূজা হায়বদু করম তৌবগে ? শেংনা হায়য়ু।

অদু তাবদা কিবা ফরদুনা ব্রাহ্মণনা হায় তুলসি মনানে, মনম নুংশিবা লৈনে, চন্দননে, থোইদিংনে, চেং খুৎনা খোকপনে, তিংথৌনে, ঘীনে, খোইহিনে, ধুপনে, ঘীবর্ত্তিগী মৈনে অসিনচিংবা (ষোড়শ পূজা) পূজা মখল ১৬ না কৎপা চৎনৈ, অদুগা অঙন্বা পূজা কৎপসু চৎনৈ। অদুগা য়াম্না কৎপসু য়াই, ঙমজবা খরদং কৎলবসু দোষ লৈতে। সঙ্গোম-ক্ষীর কৎকদবনি, মোইবুংনে, শরিকনে, পুংনে, করতাল নে অসি য়াওনা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শক্তুনা আরাতি কৎপা চৎনৈ। পুক্নিংনা থাজবগা লোয়ননা দণ্ডবত তৌনা খুরুমজগনি। অদুগা পুক্নিংনা থাজদবা চিংনবা লৈরবদি কৎলিবা পূজা অদুগী অফবা মহৈ ফংলোই, অরেম্বদা তাগনি। শ্রীবিষ্ণু মহাক্তি তাইবং মপুনি, থবাইপাম্বা জীব খুদিংমক্না মাগী মাগী মপুক্নিংদা খল্লিবা ৱাখল অদুফাওবা মহাক্না লোইনমক উই, লোইনমক খংবা ঙম্মী; অদুনা পুক্নিংনা থাজবগা লোয়ননা পুকচেল শেংনা নোলুকপগা লোয়ননা কৎচদুনা খুরুমজরবদি মী অদুগী অনিংবা অপাম্বা শোইদনা ফংবা ঙমগনি।

ব্রাহ্মণগী ৱা তাবদা ক্যাম্বা নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণু তাইবং মপুনি হায়বদু থাজবগা লোয়ননা পূজাগী পোৎলম শুনা লাংদুনা শুবিনরায়ণ শর্ম্মবু সেবা চংহন্দুনা পূজা তৌদুনা খুরুমজখি । মতম অদুদা বাঙ্গালা দেশদগী লান চেল্লকপা বাঙ্গালী মচা মী অহুম লৈরম্মী। অহুম অসিনা পূজাগী

মতমদা পুং য়েবা ঈশৈ হনবা, ঈশৈ খুন্বা তৌদুনা আরাতি কৎলি। ক্ষীর মহাপ্রসাদি ফংবদা ক্যাম্বা নিংথৌ নাবা ফরে।

মদুদগী হৌনা নিতিগী সন্ধ্যা আরাতি লেপ্তুনা তৌখি । মমৈদদি মী য়ামশিল্লক্লে সংকীর্ত্তন পালা মপুং ফারক্লে। পালা অদুবু, বাঙ্গালা দেশগী মীনা হৌদোকপা পালানি হায়দুনা বংদেশ পালা হায়না খংনখি । য়াম্না লিরবা পালানি হায়দুনা অরিপালা হায়নসু কৌনৈ।

ব্রাহ্মণদি য়ুম্নাক লৈতে ত্রিপর্ব্বদা চৎলি। অদুবু মণিপুরদদি ব্রাহ্মণবু বামোন হায়না কৌনৈ , মণিপুরগী বামোন পুম্নমক মাগী মাগী থৌরমগী মতুংইন্না য়ুম্নাক লৈনরকখি। ফুরাগী লাই লাৎলি হায়বদগী শুবীনারায়ণ শর্ম্মগী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম হায়না কৌখি। নিংথৌগী গুরু ওইখিবগী শাগৈবু গুরুময়ুম কৌখি, য়াম্না লিরবা গুরুগী শাগৈবু "গুরুঅরিবম" হায়না কৌরম্বদগী ব্রাহৈ শমজিনখিদুনা "গুরিবম" হায়নসু কৌনরকখি। অনৌবা লাকখিবা ব্রাহ্মণগী শাগৈবু "অনৌবম" কৌখি। নিংথৌগী ব্রাহ্ম সভাগী অধিকারি ফম ওইহনখিবা বামোনগী শাগৈবু অধিকারিময়ুম হায়না কৌখি। অসিনচিংবা মণিপুরগী বামোনশিংগী য়ুম্নাক লৈরকখি।

শ্রীবিষ্ণু পূজাগীদমক বামোন শুবিনারায়ণ শর্ম্ম ফাখিবা মফম খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইগী ইম্ফাল তুরেন্দা "বামোন হিদেন" কৌদুনা লৈরি। হায়রিবা মতম অসি হৌজিক্তগী চহি ৫০০ রোমগী মমাংদা থোকখিবনি। ব্রাফম অসি মৈতৈ ময়েক্না ইবদগী বেঙ্গলী ময়েক্তা শিন্দোক্লগা ফোংখিবা লাইরিক "মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালী" কৌবা লাইরিক্কী "দ্বিতীয় খণ্ড" অনিশুবা খণ্ডদা য়াওরি।

অসুম্না মণিপুরদা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা শ্রীবিষ্ণু ইরাৎ পূজা তৌরবগী মতুংদা চৈরাওবদা নিপা ৪ না পানা ৪ দা চৎতুনা থোকব্রা মতোন্দা শরিক য়ানবা চৈ পায়দুনা লাওবগী মহুত্তা নিপা অমখক্তনা মহুৎ

শিন্দুনা চৈথাবা হৌদোকখিবা অসিনা কোন্বা ওইগনি হায়না থাজনৈ। অদুনা হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌখিবদগী কুমসি তাং ১৩/৪/২০০৪ ইং শজিবুগী ২৪ নি পানবা লৈবাকপোকপাদা চৈথাখিবা শ্রীলাইশ্রম রায়শরতচন্দ্র সিংহ। ফাওবদা চহি ৫২১ শুরে।

ব্রাফম অসি লৈখিসনু, সরল বাঙ্গালা অভিধানদা ইরিবা মণিপুর অসি অমুক য়েংসি।

## শ্রী সুবলচন্দ্র মিত্রগী মণিপুর

মণিপুর - ১। নাভিপদ্ম ; তৃতীয় চক্র। ৬ তৎ।

২-। ভারতের উত্তর-পুর্ব্ব সীমায় অব স্থিত একটি ইংরাজাশ্রিত দেশীয় রাজ্য। ইহা আসাম গভর্ণমেন্টের সহিত রাজনৈতিক সম্বন্ধে সম্বন্ধ। মণিপুররাজ ইংরাজকে কর দেন না। এই দেশের টাটুঘোড়া মলিষ্ঠ বলিয়া প্রসিদ্ধ। “পোলো” (Polo) খেলা মণিপুরে সৃষ্ট হইয়া ভারতে ও - ইউরোপে প্রচলিত হাইয়াছে। রাজ্যের আদিম অধিবাসী দিগের মধ্যে নাগা ও কুকী প্রধান। মণিপুরীরা ক্ষত্রিয়বংশোদ্ভব বলয়িা আপনাদিগের পরিচয় দেয়। বর্ত্তমান কালের মণিপুরিরা বৈষ্ণব এবং বঙ্গদেশের গোস্বামী মহাশয়দিগের শিষ্য।

মহাভারতে বর্ণিত আছে যে, মণিপুর-রাজকন্যা চিত্রাঙ্গদাকে অর্জ্জুন বিবাহ করেন, পরে অশ্বমেধ যজ্ঞাশ্ব ধারণ উপলক্ষে চিত্রাঙ্গদার পুত্র বভ্রুবাহনের সহিত তাঁহার যুদ্ধ ঘটে। ইহার পর বহুশতাব্দী যাবৎ মণিপুরের ইতিহাস তমসাচ্ছন্ন। পং (Pong) দেশস্থ সান রাজ্যের বন্ধুস্বরূপে মণিপুর বর্ত্তমান কালের ইতিহাসে প্রথম দেখা দেয়।

১৭১৭ খৃষ্টব্দে পামহৈইবা (Pamheiba) নামক জনৈক নাগা মণিপুর সিংহাসন গ্রহন এবং হিন্দুধর্ম্ম অবলম্বন করিয়া গরিব নওয়াজ

নাম ধারণ করেন। ইনি ব্রহ্মরাজের সহিত অনেকবার যুদ্ধ করিয়াছিলেন। ইহার মৃত্যুর পরে, ব্রহ্মরাজ মণিপুর আক্রমণ করিলে, মণিপুররাজ জয়সিংহ ইংরাজের সাহায্য গ্রহণ করেন (১৭৬২ খৃঃ)। ১৮২৪ খৃঃ প্রথম ব্রহ্মযুদ্ধ আরব্ধ হইলে, ব্রহ্মসৈন্য-কছাড় ও আসাম আক্রমণ করে। সেই সমেয় মণিপুররাজ গম্ভীরসিংহ ইংরাজের সাহায্যে শত্রুসৈন্য বিতাড়িত করেন। ১৮২৬ খৃঃ ইংরাজের সহিত ব্রহ্মরাজের সন্ধি স্থাপিত হয় এবং মণিপুর স্বাধীন রাজ্য বলিয়া ঘোষিত হয়। ১৮৩৪ খৃঃ গম্ভীরসিংহ পরলোক গমন করিলে তাহার এক বৎসর বয়স্ক পুত্র চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ পিতৃসিংহাসনে অধিষ্ঠিত হন, এবং তৎপিতৃব্য (গরিবনওয়াজের প্রপৌত্র) নরসিংহ অভিভাবক স্বরূপে রাজ কার্য্য পরিচালনকল্পে নিযুক্ত হন। পর বৎসরে মণিপুর রাজ্য সম্বন্ধে জনৈক ইংরাজপক্ষিয় পলিটিকেল এজেন্ট নিযুক্ত হন। ১৮৪৪ খৃঃ নরসিংহের প্রাণসংহার অভিপ্রয়ে একটি যড়্যন্ত্রে হয়, এবং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহেরমাতা এই ষড়যন্ত্র লিপ্ত থাকার তিনি পুত্রসহ কাছাড়ে পলায়ন করেন। নরসিংহ সিংহাসন গ্রহন করিয়া ১৮৫০ খৃঃ পর্য্যন্ত রাজত্ব করেন। উক্ত অব্দে তাহার দেহাবসান ঘটিলে, তাহার ভ্রাতা দেবেন্দ্র সিংহ রাজা বলিয়া ইংরাজ কৃর্ত্তৃক স্বীকৃত হন। ইহার তিনমাস পরে চন্দ্রকীর্ত্তি মণিপুর আক্রমণ করেন এবং দেবেন্দ্র সিংহ কাছাড় অভিমুখে পলায়ন করেন। ১৮৫১ খৃঃ ফেব্রুয়ারি মাসে চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহই আবার রাজা বলিয়া ইংরাজ কর্ত্তৃক স্বীকৃত হন।

১৮৭৯ খৃঃ নাগাযুদ্ধের সময়ে চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ইংরাজকে যথেষ্ট সাহায্য করেন। ১৮৮৬ খৃঃ ইহার লোকান্তর গমন ঘটিলে, ইহার জেষ্ঠ পুত্র শুরচন্দ্র সিংহ সিংহাসন গ্রহণ করিয়া অন্যতম ভ্রতা কুলচন্দ্রকে যুবরাজপদে অধিষ্ঠিত করেন। ১৮৯০ খৃঃ অপর ভ্রাতা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ শুর চন্দ্রকে সিংহাসন চ্যুত করিয়া যুবরাজকে অভিভাবকরূপে অধিষ্ঠিত করেন। শুরচন্দ্র কলিকাতায় আসিয়া আশ্রয় গ্রহণ করেন। সিংহাসন বিষয়ক বিবাদ ভঞ্জনার্থে ১৮৯১ খৃঃ মার্চ্চ মাসে

আসামের চীফ কমিশনার কুইন্টন (Quinton) সাহেব ৪০০ গুর্খা সৈন্য লসয়া মণিপুর গমন করেন। নুতন রাজাকে স্বীকার করা এবং সেনাপতিকে স্থানান্তরিত করাই তাঁহার অভিপ্রেত ছিল। সেনাপতিকে আত্মসমর্পণ করিতে বলা হয়, পরে তাঁহাকে ধৃত করিবার চেষ্টা হয়। কিন্ত কোন চেষ্টাই সফল হইল না; টিকেন্দ্রজিৎ পলায়ন করিলেন, মণিপুরীগণ ইংরাজের রেসিডেন্সি আক্রমণ করিল। কুইন্টন সাহেব কিছু সময় লাইয়া, তিন চারিজন কর্ম্মচারী সহ নিরস্ত্র হইয়া কথাবার্ত্তা কহিবার অভিপ্রায়ে মণিপুর দুর্গমধ্যো প্রবেশ করেন এবং সেইখানে নৃশংভাবে সদলবলে নিহত হন। এই সংবাদ অবগত হইয়া তদানীন্তন গভর্ণর জেনারেল লর্ড ল্যান্সডাউন মণিপুর আক্রমণার্থে সৈন্য প্রেরণ করেন। মে মাসে টিকেন্দ্রজিৎ ও কুলচন্দ্র প্রভৃতি ধৃত হন। বিচারাস্তে টিকেন্দ্রজিৎ ও জনৈক সৈন্যাধ্যক্ষকে ফাঁসি দেওয়া হয় এবং কুলচন্দ্রকে আণ্ডামান দ্বীপে নির্ব্বাসিত কয়া হয়। বাজবংশেব জনৈক পঞ্চম, বর্ষীয় শিশু চুড়চন্দ্রকে মণিপুররাজ বলিয়া ঘোষণা করা হয় এবং ইংরাজের তত্ত্বাবধানে রাজকার্য্য পরিচালনের ব্যবস্থা করা হয়। এই সময়ে রাজ্যমধ্যে 'বেগার' প্রথা রহিত হইত হইয়া যায়। ১৯০১ খৃঃ লর্ড কর্জ্জন মণিপুর দর্শন করেন। ১৯০৭ খৃঃ মে মাসে চুড়াচন্দ্রের হস্তে পুর্ণ রাজ্যভার প্রদান কয়া হয়, তৎপরে ছয় জন মণিপুরী জনৈক ইংরাজ কর্ম্মচারীর নেতৃত্বে রাজ কার্য্য সম্পাদনে রাজার সাহায্য করিবেন এইরুপ ব্যবস্থা কয়া হয়। ইম্ফাল (Imphal) মণিপুরের রাজধানী।

মণিপুরের কৃষ্ণলীলার যাত্রাভিনয় প্রসিদ্ধ। "কমলে কামিনী" নাটকে দীনবন্ধু মিত্র "রাসলীলার" অভিনয়ের অবতারণা করিয়া ইহার ইঙ্গিত করিয়াছেন। শেষ রাজবিপ্লবের পরে রাজপরিবার সম্পর্কীয়া মহিলাগণের এমন দুরবস্থা ঘটিয়াছিল যে, তাহারা কলিকাতা পর্য্যন্ত কৃষ্ণযাত্রা করিয়া জীবিকা-অর্জ্জন করিতে বাধ্য হইয়াছিলেন।

অসুম্না ইরম্লিবা অসিগী অর্থ মণিপুরীগী মৈতৈ লোন্দা শন্নপ্না মখাদা থমজগে।

## শ্রী সুবলচন্দ্র মিত্রগী মণিপুর

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধানগী লমাই ৯৭৫/৯৭৬ তা মণিপুরগী অর্থ অনি থোক্লা পিরি। মদু মখাদা থমজরে।

(১) অহান্বা অর্থদা, "মণিপুর" - নাভি পদ্ম; তৃতীয় চক্র। অসুম্না ইরি অর্থদি - মণিপুর হায়বদি খোয়দৌ থম্বান; অহুমশুবা চক্র হায়বনি। মীওইবগী হকচাং কায়াৎতা লৈরিবা ইন্দ্রি মনুংগী অহুমশুবা চক্রবু "খোইদৌ থম্বালবু" মণিপুর কৌই হায়বনি।

(২) অনিশুবা অর্থদা - ভারতকী অৱাং নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা ইংরাজীনা চংশিল্লক্লবা দেশ লৈবাক অমনি। লৈবাক অসি আসাম গভর্রমেন্টকা লোয়ননা রাজনিটিদা মরি লৈনৈ। মণিপুরগী নিংথৌনা ইংরাজীদা (কর) খাজনা পিরমদে। দেশ অসিনা শগোল কাংজৈদা খ্বাইদগী হেল্লি হায়না অথোইবা মীংচৎ লৈ।

"পোলো" (Polo) শগোল কাংজৈ অসি মণিপুরদগী হৌখিবনি, মথং মথং মীরৈবাক মচাশিংনা তমখিদুনা ভারত অমসুং ইউরোপ য়ৌনা শন্দোকখি।

লৈবাক অসিগী অহানবা হৌরকপা মীওইদি নাগা অমসুং কুকীনা লুচিংবনি। মণিপুরগী মীওইশিং অসি ক্ষেত্রি শাগৈদা পোকপনি হায়না মখোইনা পরিচয় পি।

হৌজিক্তি মণিপুরীশিং অসি বাঙ্গালা দেশগী গোস্বামীশিংগী শিষ্য ওইদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলি।

মহাভারতকী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি মদুদি - মণিপুরগী রাজকন্যা

চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুনগা লুহোংখি। মতুংদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফারুবদগী চিত্রঙ্গদাগী মচা বভ্রুবাহনগা অর্জ্জুনগা লান শোক্লখি।

অদুগী মতুংদদি চহি শতাব্দী কয়ামুক ফাওবা মণিপুরগী ইতিহাস মুংথ্রে।

পোং দেশগী সান নিংথৌগা মরুপ ওইদুনা পানখি, হায়বা মতম মসিগী মণিপুর ইতিহাসগী অহাম্বদা য়াওবা উই।

খৃষ্টাব্দ ১৭১৭ তা পামহৈবা (Pamheiba) কৌবা নাগানা সিংহাসন ফংলবদা অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবদা গরিবনওয়াজ হায়বা মিং অসি কৌখি। মহাক্না ব্রহ্মা দেশগা লোয়নদুনা হন্না হন্না কয়ারক লান শোক্লখি। মহাক্না নোংগাথ্রবা মতুংদা ব্রহ্মানা মণিপুরবু আক্রমণ তৌখি। মতম অদুদা মণিপুর নিংথৌ জয়সিংহনা ইংরাজদগী মতেং লৌখি। (১৭৬২ খৃঃ)

(১৮২৪ খৃঃ) খৃষ্টগী চহিদা ব্রহ্মাদেশকী অহান্বা লালহৌ লাকখি। ব্রহ্মা তেঙ্গোন্না কাছাড় অমসুং আসাম য়ৌনা আক্রমণ তৌরকখি। মতম অদুদা মণিপুর নিংথৌ গম্ভিরসিংহনা ইংরাজগী মতেংনা য়েক্লবগী তেঙ্গোল তানথোকখি।

খৃঃ ১৮২৬ তা ইংরাজীগা লোইননা ব্রহ্মদেশগা তাইশিন্নবা য়ান্নখি অমসুং মণিপুর অসি নিংতম্বা লৈবাক্নি হায়না নিনথোকখি।

খৃঃ ১৯৩৪ দা গম্ভির সিংহনা পরলোক ওইখ্রবদা মহাক্কী মচা- চহি অমতা ঙাইরিবা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মপাগী সিংহাসন্দা ফমহনখি। অমসুং মাগী মখুড়া (গরিবনিওয়াজগী) মশু নরসিংহনা ঙাক শেন্বা ওইনা নিংথৌগী থবক্তা মাই ওনশিন্দুনা পুখি। মথং চহিদা ইংরাজীগী কাংবুগী পলিটীকেল এজেন্ট চংলকখি।

খৃঃ ১৮৪৪ দা নরসিংহগী থব্রাই মাংহন্নবগী থৌরাং অমা

তৌরকখি। অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মমা ইবেম্মা থৌরাং অসিদা য়াওরুবদগী "লৈবা" ঙমদদুনা মচাগা লোইননা কাছাড়দা চেনখি।

মথংদা মণিপুরগী প্রজা অমসুং মন্ত্রিশিংনা শ্রীনরসিংহবু নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জবদগী য়াবিরদুনা সিংহসন্দা ফম্লে। শ্রীনরসিংহনা খৃষ্টগী চহি ১৮৫০ ফাওবা নিংথৌ ওইরম্মী। হায়রিবা চহি অদুদা নিংথৌ য়াম্না কন্না নারে। মদুদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহনা ঐনা নিংথৌ ওইরগনি হায়দুনা ইংরাজশিংগা য়ানখ্রে। নিংথৌ নোংগাখ্রবদা, থা ৩ গী মতুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুর লৌশিল্লকখি। অমসুং দেবেন্দ্র সিংহ কাছাড়দা চেনখি। খৃঃ ১৮৫১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবা অসি ইংরাজিগা য়ানখ্রে।

খৃঃ ১৮৭৯ নাগা লানগী মতমদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা ইংরাজী মতেং কয়ামুক পাংখি। খৃঃ ১৮৮৬ তা মহাক্না শিরমদাইদা মচা অহন শুরচন্দ্র সিংহদা সিংহাসন শিন্নরে। মনাও কুলচন্দ্রবুনা যুবরাজ পদবী পিরম্মী। খৃঃ ১৮৯০ দা অতোপ্পা মনাও সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা শুরচন্দ্রবু সিংহাসন্দগী তাম্থোক্কুনা যুবরাজবু খুভম ওইহনখি।

শুরচন্দ্রনা কলিকাতাদা লাক্কুনা হায়জখি। সিংহাসন মুন্নবগী ৱাথোক অসি কোক্লবগীদমক খৃঃ ১৮৯১ দা মার্চ্চ থাদা আসামগী চীফ কমিশনার কুইন্টন সাহেবনা গুর্খা লাম্মী ৪০০ পুদুনা চৎলি। অনৌবা নিংথৌ শেম্বা অমসুং সেনাপতি তাম্থোক্লবগীদমক থৌরাংনি।

অদুনা সেনাপতিনা সাহেপ্তা চংজরক্লবা হায়খি। মথংদা মাবু ফানবা থৌরাং তৌখি ; তৌইগুম্বসুং থৌরাং অদু মহে য়ানখিদে। টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবা ঙমহৌদনা নানথোকখি। মণিপুরিশিংনা ইংরাজ রেসিডেন্সিবু আক্রমণ তৌখি অমসুং কুইন্টন সাহেপ মতম খরদংগী ওইনা মাগা লোইননা কর্ম্মচারি ৩/৪ গা লোইননা খুৎলাই য়াওদনা ৱারী

শান্নবগীদমক মীয়াম পৈরীবা মফম অদুদা চংলকখি অমসুং মফম অদুদা নুংশিহৈতনা হাৎখি।

পাও অসি ফংবা খুদক অদুমক্তদা গভর্ণনর জেনরেল লর্ড ল্যান্স ডাউননা মণিপুরবু আক্রমণ তৌনবগীদমক তেঙ্গোল থারকখি। মে থাদা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং কুলচন্দ্রনচিংবা ফাখি। বিচার তৌনরবগী অরোইবদা টিকেন্দ্রজিৎ অমদি লুচিংবা মেঞ্জরগা ফাঁসি তৌবা তাখি অদুগা কুলচন্দ্রবুনা আণ্ডামান দ্বীপ্তা লৈহনবা ৱারেপ অসি তাখি।

মথংদা নিংথৌ শাগৈদগী চহি ৫ গী অঙাং ওইবা চুড়চন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে হায়না পাও চেনথোকখি। অমসুং ইংরেজী সাহেপ্না মণিপুরগী ৱায়েন বিচার তৌদুনা নিংথৌগী সাসন পুখি। মতম অদু মণিপুরগী মনুংদা তলব পিবগী মরম লৈরমদে।

খৃঃ ১৯০১ দা লর্ড ক্রর্জন মণিপুর য়েংবা লাকখি। খৃঃ ১৯০৭ তা মে থাদা চুড়াচান্দগী মফমদা রাজ্যভার পুন্ন শিন্নখি। মদুদা ইংরাজীগী কর্ম্মচারী নিপা ৬ না নিংথৌগী মতেং ওইনবা রাজকার্য্যগী লুচিংবা ওইনা লৈবাক্কী থবক পুবা য়াওবা হায়দুনা ৱারেপ্পরগা থবক য়াওখি। ইম্ফাল (Imphal) মণিপুরগী রাজধানীনি।

মণিপুরগী কৃষ্ণলীলাগী যাত্রাগী মতৌদি অফাওবনি। অসি হায়রগা মখাগী অসি হায়রম্মী।

"কমলে কামিনী" নাটকে দীনবন্ধু মিত্র "রাসলীলা" র অভিনয়ের অবতারনা করিয়া ইহার ইঙ্গিত করিয়াছেন। শেষ রাজবিপ্লবের পরে রাজপরিবার সম্পর্কীয়া মহিলা গণের এমন দুরবস্থা ঘটিয়াছিল যে, তাহার কলিকাতা পর্যন্ত আসিয়া কৃষ্ণযাত্রা করিয়া জীবিকা অর্জ্জন করিতে বাধ্য হইয়াছিলেন।






## অর্থ

দিনবন্ধু মিত্রগী "কমলে কামিনী" কৌবা লাইরিক্কী নাটকতা মণিপুরগী "রাসলিলা" শান্নবগী মরমদা খর উৎলি। খোংযোম লাল মতুংদদি কোনুংগী ইবেম্মশিংগা মরি লৈনবা নুপীশিংগী ফিভম য়াম্না ফৎলুদ্রে, মদুদা কলিকতা ফাওবা মখোয়না লাক্লুনা কৃষ্ণগী যাত্রা উত্তুনা হিংনবগীদমক য়াম্না ফজবা মতৌ উৎপা হোৎনখি।

অসুম্না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মণিপুরগী অর্থ অসি মাগী অভিধান দা বাঙ্গালী লোন্দা মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদনি হায়বা ময়েক শেংনা তাক্লি।

অনিশুবা খুদমদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি সান্তিদাসনা নৌনা থোনবা মিং নত্তে হায়বদু বল্লালসেনগী ৱারিদগী খণ্ডগনি, মদু মখাদা থমজরে।

## বল্লাল সেন

বল্লান সেন ঃ- বাংলার সেনবংশীয় রাজা বিজয় সেনের পুত্র। ইহার মাতার নাম বিলাসদেবী। খ্রীষ্টীয় ১২ শতাব্দীর প্রারম্ভে ইনি পিতৃ-সিংহাসনে আরোহণ করেন। সেনবংশীয় রাজগণের মধ্যে বল্লাল সেনই সর্ব্বাপেক্ষা প্রসিদ্ধ। আদিশুর যেরূপ কান্যকুব্জ হইতে পঞ্চ ব্রাহ্মণ আনাইয়া অক্ষয়কীর্ত্তি সংস্থাপন করিয়া গিয়াছেন, বল্লাল সেনও সেইরূপ বঙ্গীয় ব্রহ্মণ এবং বৈদ্য ও কায়স্থিদিগের মধ্যে কৌলীন্যপ্রথার সৃষ্টি করিয়া স্থায়িনাম রাখিয়া গিয়াছেন।

বল্লাল সেন স্বীয় রাজ্যকে পাচঁ ভাগে বিভক্ত করেন, যথা (১) রাঢ়, অর্থাৎ অর্তমান বর্দ্ধমান বিভাগ, (২) বরেন্দ্র, অর্থাৎ বর্তমান রাজসাহী বিভাগ, (৩) বাগড়ি, অর্থাৎ প্রেসিডেন্সি বিভাগ, (৪) বঙ্গ,

অর্থাৎ পূর্ব বাঙ্গালা (বর্তমান ঢাকা ও চট্টগ্রাম বিভাগ) এবং (৫) মিথিলা অর্থাৎ উত্তর বিহার। ইহা দ্বারা বুঝা যায় যে, ইহার রাজ্য কেবল বঙ্গদেশ সীমাবদ্ধ ছিল না, বিহারের কতক অংশ ও অধিকারভুক্ত ছিল। এই সুবিস্তীর্ণ রাজ্য সুষ্ঠুরূপে শাসন করিবার নিমিত্ত ইনি নবদ্বীপ গৌড় ও রামপাল এই তিন স্থানে রাজধানী স্থাপন করিয়াছিলেন। নবদ্বীপ, ইহার রাজ্যের মধ্যস্থ লে অবস্থিত বলিতে পারায়ায়; এজেন্য উহাই প্রধান রাজধানী ছিল। যখন যেখানে প্রয়োজন হইত, তখন সেইখানে থাকিতেন। নবদ্বীপ, ইহার রাজ্যে মধ্যস্থলে অবস্থিত বলিতে পারা যায়; এজন্য উহাই প্রধান রাজধানি ছিল। রাজ্যের পশ্চিম ও উত্তরাংশ সুশাসনে রাখিবার নিমিত্ত, ইনি সময়ে সময়ে গৌড় নগরে এবং পূর্ব্বাংশ শাসন করিবার নিমিত্ত কখন কখন রামপালে থাকিতেন। গৌড় বর্ত্তমান মালদহ জেলার এবং রামপাল বর্ত্তমান ঢাকা জেলার অন্তর্গত। গৌড় ও রাম পালের রাজভবনাদির ভগ্নাবশেষ অদ্যাপি দেখিতে পাওয়া যায়। ১১১৮ বা ১৯ খ্রীষ্টাব্দে বল্লাল সেন স্বর্গারুঢ় হন। বল্লাল বিদ্বান ও বিদ্বোৎসাহী ছিলেন। ইনি "দান-সাগর" ও "অদ্ভুতসাগর" নামে দুইখানি সুপ্রসিদ্ধ সংস্কৃত গ্রন্থ রচনা করেন।

বল্লাল সেনগী ৱারি মণিপুরীদা অর্থ তৌবা মখাগী অসিনি।

## বল্লাল চরিত

বল্লাল সেন, বাঙ্গালী সেন শাগৈগী নিংথৌ বিজয়সেনগী মচানি। মাগী মমাগী মিং বিলাস দেবী কৌই। খৃঃ ১২ শুবা শতাব্দীগী অহৌবদা বিজয়সেন স্বর্গারোহণ ওইগ্রবদা মপাগী সিংহাসন ফমদুনা নিংথৌ ওইখি। সেন শাগৈগী নিংথৌ ময়ামগী মরক্তগী বাল্লালসেননা পুন্নমক্তগী হেন্বা অফাওবা ওইখি।

আদিশুর নিংথৌনা কান্যকুব্জদগী ব্রহ্মণ মঙা লৌরুদুনা অমাং

অতা লৈত্রবা মিংচৎ থনম্মী; অদুগুম্না বাল্লালসেনসু বাঙ্গালী ব্রহ্মণ অমসুং মাইবা অদুগা কায়স্থশিংদগী শাগে অথোইবা থনগত্তুনা শেমগৎলগা লেংদবা মিংচৎ থনম্মী।

বাল্লালসেননা মহাক্কী মরৈবাকপু শরুক মঙা থোক্না খাইদোক্লম্মী।

১) রাঢ় হায়বদি হৌজিক্তুনা বর্দ্ধমানগী শরুক,

২) বারেন্দ্র হায়বদি হৌজিক্তুনা রাজসাহীগী শরুক,

৩) বাগড়ি হায়বদি হৌজিক্লা প্রেসিডেন্সিগী শরুক,

৪) বঙ্গ হায়বদি নোংপোক বাঙ্গালা; হৌজিক্লা ঢাকা অমসুং চট্টগ্রাম,

৫) মিথিলা হায়বদি বিহার (অৱাং বিহার)।

অসুম্না মহাক্না সাসন তৌরম্বা মফমশিং অদু শরুক মঙা থোক্না খাইদোকই। অদুনা খংলে বল্লালসেনগী লম অসি বাঙ্গলাদেশনা লোইদ্রি হায়বা লেপ্লা খংলে , বিহারগী মফম কয়ামুকসু মাগী অধিকার ওইরম্মী।

অসুক পাকচাওবা লৈবাক অসি য়াম্না নিংথিনা সাসন তৌনবগীদমক মানা ১- নবদ্বীপ, ২- গৌড়দেশ অমসুং ৩- রামপাল মফম ৩ অসিদা রাজধানী (কোনুং) অহুম শেম্মী। মতম মতমগী মওং য়েংদুনা কোনুং অহুম অসিদা মতম খর-খর লৈ। নবদ্বীপনা মহাক্কী লৈবাক্কী লম ময়াইনি হায়বা য়াই, মরম অদুনা নবদ্বীপ্তা মহাক্কী অথোইবা রাজধানী ওই।

বল্লালসেন্না মরৈবাক্কী নোংচুপ অমসুং অৱাং মাইগৈবু নিংথিনা সাসন তৌনবগী গৌড়দেশদা মতম খর লৈ।

নোংপোকলোমদা সাসন তৌনবগীদমক মরক-মরক্তা রামপাল

কোনুংদা লৈ। গৌড়দেশ হায়বা অসি হৌজিক্কীনা মালদহ্ জেলাদনি অমসুং রামপাল কোনুংনা হৌজিক্কী ঢাকা জেলাগী মনুংনি। রামপাল অমসুং গৌড়দেশগী কোনুং অতেকপা হৌজিকসু লৈরি। অসুম হায়না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা ইরম্মী

অরোইবদা অসুমনা ইরম্মী খৃষ্টাব্দ ১১১৮/১৯ দা বল্লালসেন স্বর্গারূঢ় ওইখি। বল্লালসেন মহৈ মশিং হৈবা অমসুং য়াম্না খংগনবা হৈগনবা ওইরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না 'দান-সাগর' অমসুং 'অদ্ভুতসাগর' কৌবা থোইদোক্না ফাওরবা সংস্কৃতকী লাইরিক অনি লেংখি।

অসুম্না শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা মাগী অভিধান্দা বল্লালসেনগী পুন্সি ৱারি শমলপ্না ইরম্মী। হায়রিবা বল্লালসেন্না পালম্বা বাঙ্গলা দেশগা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিগদি য়াম্না নক্লরি।

বল্লালসেন্না বাঙ্গলা দেশদা নিংথৌ ওইদুনা পাম্বা মতম অসিদা ঐখোয়গী মরিপুরদা পাম্বা নিংথৌদি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন-পাখংনবদগী নিংথৌরোন ১৯ শুবা মৈদিংঙু ইরেংবা অমদি নিংথৌরোন ২০ শুবা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা নিংথৌ অনি অসিনা পাম্বগী মনুংদা ওইগনি। মরমদি বল্লালসেন নিংথৌ অসি খৃষ্টাব্দ ১১১৮ দা নোঙ্গাখি হায়রবনিনা; মণিপুরদা ইরেংবনা খৃষ্টাব্দ ৯৮৪ দগী খৃঃ ১০৭৪ ফাওবা চহি ৯০ নিংথৌ ওইখি। মথংদা খৃঃ ১০৭৪ দগী খৃঃ ১১১২ ফাওবা লোইয়ুম্বনা চহি ৪৮ নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ অনি অসিনা পুন্না চহি ১৩৮ পালম্মী। অদুনা হৌজিক খংলে মণিপুর নিংথৌ লোয়ুম্বগী মতুংদা চহি ৬/৭ চোম্থরগা বল্লালসেন নোঙ্গাখি।

বল্লালসেগী ৱারি অসিদগী ঐখোয়না খংলে মদুদি ।- মণিপুরদা য়াম্না তোইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন লান তারক্লম্মী অদুগা হন্না হন্না মাইথিবদমক ফংখি হায়রিবা বল্লালসেন কৌবা বাঙ্গলা দেশগী নিংথৌ অদু খৃষ্টাব্দ ১১১৮/১৯ দা নোঙ্গাখি।

অদুগা মণিপুরদা সান্তিদাসনা লাকপদি মৈদিংঙু পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) না কংলা ফম্বাল তোংবা খৃঃ ১৭০৯ দা নিংথৌ ওইখি। পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা সান্তিদাস গোষাই লাকখিবনি। অদুনা সান্তিদাস লাক্কদবা চহি (৫৯০) চামঙাগা মরিফুতরা ৱাংলিঙৈদা বল্লালসেন নোঙ্গাখি। মরম অসিনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর সান্তিদাসনা থোনবা মিং নত্তে হায়বা তশেংনা খংলে।

বল্লালসেননা মণিপুরদা তোইনা লান্দারক্লম্মী হায়বগী ৱারি অসি 'বল্লালচরিত' কৌবা লাইরিক্তগী লৌখৎলগা শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মনা 'মণিপুর ইতিহাস' কৌবা লাইরিক্তা ইরম্মী মদু মখাদা থমজরে।

ঐখোয়গী মণিপুরগী পণ্ডিতশিংগী মরক্তগী অথোইবা ওইবা শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু বিদ্যারত্ন শর্ম্ম, মহাপণ্ডিত অসিনা ইবা 'মণিপুর ইতিহাস' লাইরিক্কী লমাই ২৩৪ দা বল্লালসেন নিংথৌগী ৱারি মতেক অমা য়াওরি মদু মখাসিদা থমজরি।

## শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্মগী বল্লাল চরিত

বঙ্গদেশদা সেন বংশগী নিংথৌ পুম্নমক মুৎথ্রবদা কাশীনাথ কৌবা নিংথৌগী মখাদা ভারতকী সংস্কৃত বিদ্যাগী কেন্দ্র অমা ওইবা, নবদ্বীপ অসি লৈরমই।

নবদ্বীপ নিংথৌগী রাজপণ্ডিত আনন্দভট্ট কৌবা পণ্ডিতনা মাগী পর্ব্বপুরুষ ওইবা গোপালভট্ট কৌবা পণ্ডিতনা ইরম্বা, বল্লাল চরিত কৌবা ইতিহাসকী পরিশিষ্ট অমা খৃঃ ১৫৭৮ দা নবদ্বীপকী নিংথৌগী য়াথংনা লেংথোকই।

মদুদা বল্লালগী অথুপ্পা পণ্ডিত অসিনা ফোংদোকখি। মানা ইরমই বল্লালসেন হায়বসি য়াম্না ফত্তবা নিংথৌনি, মানা নাথ-যোগীনচিংবা

জাতিবু ধোপা নাপিত শোকহন্দদুনা জাতিভ্রষ্ট তৌরম্বদি মণিপুর লৈবাক্তা লান্দারুবদগী মাইথিদুনা তৌবনি, অসুম হায়না ইরমই। মানা মীবু জাতিভ্রষ্ট তৌরম্বা অদুগী দোষনা মাসু পরিবারগা লোয়ননা মৈনুংদা চোংথদুনা শিখি। মদুগী মরমদা পরিশিষ্টনা ইরম্বা শ্লোকশিং অদু লৌখৎলি।

## শ্লোক

ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপুর পতিং প্রতি
মানহীনো বভুবাহত স্তাড়িতশ্চ গনৈ ঃ সহ ।।
ততস্তূ সমরং ঘোর চকার হি পুনঃপুনঃ!
যুদ্ধব্যয় নিমিত্তং তদ্ ভুপতিঃ সেন বংশজঃ।।
বল্লভানন্দ আঢ্যাচ্চ জগ্রাহ বিপুলং ধনং।
পুনঃ পুনঃ ঋনং তস্মাদ্ যাচতে মন্দ ধীরশৌ।।
তস্য প্রতারণং জ্ঞাত্বান দদৌ স বনিক্ পুনঃ ।
ইদং হি করণং যস্মাদ্ বনিগ জাতিঃ প্রতি প্রভুঃ।।
ক্রুদ্ধো ভুত্বা স বল্ললশ্চকার জাতি পাতনম্।
ততো যেন প্রকারেণ বল্লাল্লো নিধনং গতঃ।।
অগ্নি দাহন যোগেন স্বজনৈঃ সহ তৎ শৃণু।

বল্লালসেন্না মণিপুর নিংথৌগা লাল শোক্লখি, মদুদা য়াম্না থিনা মাইথিখি। লান্দারুবদগী মাগী তেঙ্গোলগা লোয়ননা তানথোক্লকই মদুগী নুংঙাইতদুনা বল্লালসেন্না তোইনা ২ মণিপুরদা লান্দারে।

লানশিং অদুদা মাইথিরবদা লানগী শেন লৈতদুনা মাগী প্রজাদগী শেন য়াম্না খাইগৎখি। নিংথৌ অসিনা নাথ-যোগী শাগৈদা পোকপা

বল্লভানন্দ আঢ্য কৌবা এনাকখুনবদগী শেন য়াম্না পুরে।

মণিপুরগী লান অদুনা য়াম্না তোইনা শোক্লবা অদুদা হঞ্জন-হঞ্জন পুবদা মাগী মতাং অদু খংলদুনা মমৈদা শেন পীদরে।

মদুদগী সনা ললোনবা নাথ-যোগী পুম্নমকপু সাউদুনা জাতিভ্রষ্ট তৌখি। মদুগী দোষদগী বল্লালসেন নিংথৌসু মৈদা চোংসিন্দুনা শিখি। মানা শিখিবগী মরম অদুসু বল্লাল চরিতকী পরিশিষ্টদা হায়রম্মী, মদুগী অশম্বা ৱারীদি অসিনি ঃ-

নাথ-যোগী জাতিগী পীতাম্বর কৌবা পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। মাবু বাল্লালসেনা গুরুগুম্না য়াম্না লুনা তৌই। নিংথৌগী মচানুপী অমগী বিবাহগী এংবদা পীতাম্বর পণ্ডিতনা বর কন্যা অনিসি বিবাহ্ তৌরবদি বর শিগনি হায়রে।

নিংথৌনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ ৮ কৌদুনা এংহনবদা পণ্ডিত নিপাল অদুনা য়াম্না পকনৈ ফৈ হায়রে। নিংথৌনা পীতাম্বরবু ফাদুনা থমখি, অদুগা নিংথৌ মচানুপী অদু বিবাহ্ তৌই। বিবাহগী অহিং অদুমক্তদা নাদুনা বর অদু শিরে, নিংথৌ মচানুপী লুখ্রাবী ওইরে। মদু উবদা নিংথৌনা কিরদুনা পীতাম্বরবু থাদোক্লে হাঙ্গৈজদুনা পেলহনলে অমসুং নিংথৌনা মনা য়াম্না পীরে। পীতাম্বরনা হায় ঐ শেনশিং অসি পামদে, মহাদেব পূজা তৌননবা লম খর পিয়ু হায়না নিদুনা মহাদেব পূজা তৌদুনা লৈখি।

-------------

অসুম্না শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্ম বিদ্যারত্ন পণ্ডিতরাজ অসিনা ইবা মণিপুর ইতিহাসকী লমাই ২৩৪/২৩৫ দা বল্লালসেনগী ৱারি মতেক অমা য়াওরি। বল্লালসেন নিংথৌনা পালম্বা মফম বাঙ্গলা দেশগী নবদ্বীপুনি হায়না ইরিবসিনি। বল্লালসেননা লানদা হন্না-হন্না মাইথিবা

ফংখি হায়রিবা মণিপুর অদু মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদগী মাইথিবা ফংখিবনি।

মরম অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি অনৌবা মিং নত্তে মহাভারত লান তৌদ্রিঙৈগী মমাংদগী মণিপুর কৌরম্লে হায়বা অসি মহাভারত লাইরিক্তগী খঙবা ঙম্মী।

ব্রাফম অসি কনা কনাগুম্বা মী খরনা মহাভারত লান অসি থোকখিবরা, থোকখিদবরা হায়বা তশেংনা খংবা ঙমদে হায়নবা মীওইসু য়াওদবা নত্তে।

মহাভারত তশেংনা থোকখি হায়বা খংবা ঙম্নবগী খুদম চাংদমগী মনুংদা 'সরল বাঙ্গালা অভিধান' লাইরিক্কী মনুংদা 'দিল্লি' হায়বা শব্দগী ব্রারেং অসি য়েংলগা খঙবা ঙমগনি মদু মখাদা থমজরি।

## দিল্লী

দিল্লি ঃ- ভারতর্ষেব একটি কেন্দ্রশাসিত অঞ্চল ও রাজধানি। প্রাচীনকাল হইতে বর্ত্তমান দিল্লীর সন্নিহিত স্থান ভারতের ইতিহাসের সহিত বিজড়িত। বর্ত্তমান দিল্লীর চতুর্দিক্স্থ প্রায় ৪৫ মাইল স্থানব্যাপিয়া পুরাতন রাজধানীগুলির ধবংসাবশেষ দৃষ্ট হয়। কানিংহমের মতে খৃঃ পুঃ ১৫ শতাব্দিতে ইন্দ্রপ্রস্থ নামক রাজধানী স্থাপিত হয়। মহাভারত -পাঠক মাত্রেই জানেন, পঞ্চপাণ্ডব হস্তিনাপুর হইতে রাজধানী উঠাইয়া ইন্দ্রপ্রস্থে স্থাপন করেন। এই স্থানটি অধুনা "পুরানো কিল্লা" বা "ইন্দ্রপথ" নামে অভিহিত। যুধিষ্ঠির হইতে অরাম্ভ করিয়া অধস্তন ত্রিংশ পুরুষ পর্যন্ত পাণ্ডববংশীয়গণ এইখানে রাজত্ব করেন। রাজ্যটি তাহার পরে শেষ পাণ্ডবরাজের মন্ত্রী বিশারবা অধিকার করেন। তাঁহারা বংশধরগণ ৫০০ বৎসর যাবৎ শাসনদণ্ড পরিচালনা করিবার পরে, গৌতমবংশীয় ১৫ জন রাজা এখানে রাজত্ব করেন। খৃঃ পুঃ ১ম শতাব্দীর মধ্যভাগে "দিল্লী"

নাম ইতিহাসে সর্বপ্রথমে দৃষ্ট হয়। কেহ কেহ বলেন "দিলু" নামধারী রাজা হইতে এই নাম উৎপন্ন। গৌতম বংশের উচ্ছেদ হইলে, মৌর্যরাজগণ এইখানে রাজত্ব করেন। দিলু মৌর্য বংশের শেষ রাজা বলিয়া অনুমিত। মতান্তরে রাজা প্রথম অনঙ্গপাল-প্রকৃত প্রস্তাবে ধর রাজা কর্তৃক মথুরা হইতে আনীত ও ইন্দ্রপ্রস্থবে প্রোথিত লৌহস্তম্ভ বাসুকির মস্তক স্পর্শ করিয়াছে-এক ব্রাহ্মণের এই উক্তি অবিশ্বাস করিয়া উহা তুলিবার পর পুনঃ প্রোথিত হইলে 'ঢিলা' হইয়া থাকার জন্য স্থানটির নাম "ঢিল্লী" বা "দিল্লি" হইয়াছে। ধর রাজা খ্রীষ্টয় ৩ য় বা ৪ র্থ শতাব্দীতে প্রাদুর্ভুত ছিলেন। প্রথম অনঙ্গপাল খ্রীষ্টীয় ৭৩৬ অব্দে সিংহাসন অধিকার করিয়া নগর সংস্কার করতঃ দিল্লীতেই রাজধানি প্রতিষ্ঠিত করেন। তাহার অব্যবহিত পরবর্তী রাজগণ কনৌজে বাস করেন। ১১ শ শতাব্দীতে তাঁহারা রাঠোররাজ চন্দ্রদেব কর্তৃক তথা হইতে বিতাড়িত হন। দ্বিতীয় অনঙ্গপাল দিল্লীতে প্রত্যাগমন করিয়া দুর্গাদি নির্মার করেন। পুর্বকথিত স্তম্ভগাত্রে তিনি একটি লিপি ক্ষোদিত করেন ঃ তাহার মর্ম এই যে, ১১০৯ সম্বতে অনঙ্গপাল দিল্লী লোকপূর্ণ করেন। ১১০৯ সম্বৎ খ্রীষ্টীয় ১০৫২ অব্দ। ১১৫৪ খ্রীঃ তৃতীয় অনঙ্গপালের রাজত্বকালে আজমীরের চৌহানরাজ বিশালদেব দিল্লী অধিকার করেন এবং অনঙ্গপালকে করদরাজ বলিয়া স্বীকৃত হইতে বাধ্য করেন। তোমর ও চৌহান বংশের বৈবাহিক সম্মিলনের ফলে পৃথ্বীরাজের জন্ম হয়। তিনি দিল্লি ও আজমীর এই উভয় রাজ্য শাসন করিতেন। দিল্লীতে তিনি একটি দুর্গা নির্মাণ করেন ; সেটি অধুনা "রায় পিথোরা" নামে ভগ্ন অবস্থায় বিদ্যমান আছে। তিনিই দিল্লীর শেষ হিন্দু রাজা।

১১৯১ খ্রীঃ পৃথ্বীরাজ সাহাবুদ্দিন (বা মহম্মদ ঘোরী) কে যুদ্ধে পরাজিত করেন; কিন্তু দুই বৎসর পরে তাহার সহিত আবার যে যুদ্ধ হয়, তাহাতে তিনি পরাজিত হইয়া রণক্ষেত্রে প্রাণ বিসর্জন করেন। সাহাবুদ্দিনের প্রতিনিধি কুতবউদ্দিন দিল্লী অধিকার করিয়া তথায় প্রথম

মুসলমান রাজধানী স্থাপন করেন। ১২০৬ খ্রীঃ প্রভুর মৃত্যু ঘটিলে, কুতব স্বাধীনভাবে রাজ্য গ্রহন করিয়া দাস বংশের প্রতিষ্ঠা করেন। তিনি হিন্দুরাজ-নির্মিত সৌধাবলি কিয়দংশে পরিবর্তিত করিয়া একটি মসজিদ নির্মাণ করেন। প্রথমে চুন ;লপন করিয়া হিন্দু শিল্পকার্য আবৃত করা হইয়াছিল; কিন্তু অধুনা চুন খসিয়া যাওয়ায় স্থানে স্থানে সেই শিল্পকার্ষ দর্শকের নয়নগোচরীভুত হইয়াছে। এই মসজিদের প্রাঙ্গণে পূর্বকথিত লৌহস্তম্ভটি বিরাজমান। "কুতব মিনার" নিমার্ণ কুতবুদ্দিন আরম্ভ করিয়া যান; উত্তরকালে ফিরোজ সা উহার উপরিস্থ প্রথম ও দ্বিতীয় তল পুনর্নিমাণ করেন। মিনারটি ২৩৮ ফুট উচ্চ। মিনার ও মসজিদের সন্নিকেট যোগমায়া নাম্নী কালীমুর্তির মন্দির বিদ্যমান। মুর্তিটি পৃথ্বীরাজ কর্তৃক স্থাপিত বলিয়া কথিত। কেহ কেহ বলেন, মিনারটি ইনিই আরম্ভ করিয়াছিলেন। ১২৯০ খ্রীঃ দাস বংশের রাজত্ব লুপ্ত হয়, এবং জালাল উদ্দিন "খিলিজি" বংশের প্রতিষ্টা করেন। ১৩২১ খ্রীঃ খিলিজি বংশ লোপ পায় এবং গায়স্-উদ্দিন কর্তৃক তোগ্লক বংশ প্রতিষ্টিত হয়। এ পর্যন্ত পাঠান রাজগণ হিন্দুস্থাপিত রাজধানীতেই অবস্তান করিতেন; কিন্ড গায়স্-উদ্দিন রাজধানীটি আরও ৪ মাইল পুর্বে স্থাপন করিয়া ইহাকে "তোগ্লকাবাদ" আখ্যা প্রদান করেন। ১৩৯৮ খ্রীঃ তৈমুর দিল্লী আক্রমণ করিলে পর, তাৎকালিক রাজা মহম্মদ তোগ্লক গুজরাটে পলায়ন করেন। প্রভুত পরিমাণে হত্যা ও লুন্ঠন কার্য সম্পন্ন করিয়া তৈমুর দিল্লী পরিত্যাগ করিলে মহম্মদ গুজরাট হইতে প্রত্যাগত হন এবং রাজ্যের কিয়দংশ মাত্র পুনরধিকারে সমর্থ হন। ১৪১২ খ্রীঃ তাহার দেহত্যাগ ঘটিলে পরে, সৈয়দবংশীয়গণ দিল্লীর সিংহাসন অধিকার করেন। ১৪৪৪ খ্রীঃ লোদীবংশ সিংহসন গ্রহণ করেন। ইহাদেরই সময়ে রাজধানী আগ্রায় আনীত হয়।

১৫২৬ খ্রীঃ তৈমুর হইতে অধস্তন যষ্ঠ পুরুষ বাবর ভারতে আগমন করিয়া পাণিপথের যুদ্ধে ইব্রাহিম লোদীকে পরাজিত ও নিহত

করিয়া দিল্লী নগরে প্রবেশ ও আপনাকে সম্রাট্ বলিয়া বিঘোষিত করেন। এইখানেই পাঠান রাজত্বের সমাপ্তি ও মোগল রাজত্বের প্রারম্ভ। বাবর আগ্রাকেই রাজধানীস্বরূপে ব্যবহার করেন। তৎপুত্র হুমায়ুন দিল্লীতে রাজধানী স্থাপিত করেন। ১৫৪০ খ্রীঃ হুমায়ুন পাঠানবংশীয় সের সাহ্ কর্তৃক পরাজিত হইয়া পলায়ন করেন। সের সাহ্ রাজ্যবিস্তার ও রাজধানীর পুনঃ সংস্কার করেন। ১৫৫৫ খ্রীঃ হুমায়ুন পারস্যরাজের সহায়তায় সিংহাসন পুনরধিকারে সমর্থ হন। হুমায়ুন-পুত্র আকবর ও তৎপুত্র জাহাঙ্গীর কখনও আগ্রা, কখনও আজমীঢ়, কখনও বা লাহোরকে রাজধানীস্বরূপে ব্যবহার করিতেন। জাহাঙ্গীর-পুত্র সাজাহানই বর্তমান দিল্লীর প্রতিষ্ঠাতা। ১৬৩৮ খ্রীঃ আরম্ভ করিয়া ১৬৫৮ খ্রীঃ মধ্যে তিনিই বর্তমান প্রসাদাদি নির্মাণ করেন। ইহার দুই বৎসর পরে তিনি জুম্মা মসজিদ নির্মাণ করেন। প্রাসাদমধ্যে দেওয়ানী আম ও দেওয়ানী খাস নামক বিচিত্র কারুকার্যময় হর্ম্যদ্বয় সাজাহানের কীর্তি। মোদিমসজিদ তৎপুত্র আওরঙ্গজেব প্রতিষ্ঠিত করেন। ইহারই রাজত্বকালে মোগল সাম্রাজ্যের গৌরব চরম সীমায় উপনীত ও তাহার অধঃ পতন সুচিত হয়।

১৭৩৬ খ্রীঃ মহম্মদ সাহের রাজত্বকালে মহারাষ্টীয় সৈন্য সর্বপ্রথমে দিল্লীর তোরণে সমবেত হয়। তিন বৎস পরে পারস্য হইতে নাদির সাহ ভারতে আগমন করিয়া দিল্লী আক্রমণ এবং নররক্তে রাজপথ প্লাবিত ও বহুমুল্য ধনরত্নাদি লুণ্ঠন করিয়া স্বদেশে প্রস্থান করেন। সাজাহান কর্তৃক নির্মিত মহামূল্য ময়ুর-সিংহাসনও তৎসঙ্গে পারস্তে নীত হয়। নাদির সাহের প্রস্থানের পরে, মোগলরাজ্যের অধঃ পতন দ্রুত হইতে দ্রুততর গতিতে চলিতে লাজিল। এক দিকে শিখগণ, অপর দিকে মহারাষ্ট্রিয়গণ সম্রাট্দিগকে হীনবল করিয়া ফেলিল। মধ্যে আমেদ সা ভ়রাণী দুইবার দিল্লী আক্রমণ করেন। ১৭৬০ খ্রীঃ দিল্লীর শেষ প্রকৃত স্বাধীন মোগল সম্রাট্ দ্বিতীয় আলমগীর দেহত্যগা করিলে, সাহ্ আলম

নামে মাত্র বাদশাহ্ উপাধি ধারণ করেন। সিদ্ধিয়াপ্রমুখ মহারাষ্ট্রীয়গণই প্রকৃতপ্রস্তাবে শাসনদণ্ড পরিচালনা করিতে থাকেন। ১৭৮৮ খ্রীঃ আলম মহারাষ্ট্রীয়গণের কবল হইতে উদ্ধার লাভ করিতে প্রয়াস পান। প্রয়াস বিফল হয়, এবং সেই সঙ্গে মহারাষ্ট্রীয় সৈন্য স্থায়িভাবে দিল্লীতে রক্ষিত হয়। ১৮০৩ খ্রীঃ লর্ড লেক মহারাষ্ট্রীয়গণকে পরাজিত করিয়া সাহ্ আলমকে ইংরেজর আশ্রয় দান করিয়া দিল্লীর সিংহসনে পুনঃ প্রতিষ্ঠিত করেন। পরবৎসর হোলকার সৈন্য দিল্লী আক্রমণ করিলে অক্টর লনী ও লর্ড লেক। পরিচালিত ইংরাজসৈন্য উহাদিগকে বিতাড়িত করে। এই সময় মোগল শাসনপ্রণালীর পরিবর্তন ঘটে। বাদশাহ্ নির্দিষ্ট বৃত্তি গ্রহণ করিয়া প্রাসাদমধ্যে স্বীয় আধিপত্য উপভোগ করিতে থাকেন, এবং জনৈক ইংরাজ রেসিডেন্ট ও কমিশনার তাঁহার মামে রাজ্যশাসন করিতে থাকেন। ১৮৩২ খ্রী ঃ রেসিডেন্ট কমিশনারের পদ উঠাইয়া দেওয়া হয়, এবং দিল্লী জেলা উত্তর-পশ্চিম প্রদেশের ছোটলাটের অধীনে যায়।

১৮৫৭ খ্রীঃ সিপাহী বিদ্রোহ উপস্থিত হইলে সিপাহীগণ দিল্লী শহর অধিকার করিয়া তদানীন্তন বাহাদুর সাহকে ভারতেশ্বর বলিয়া বিঘোষিতে করে এবং নগরের ইংরাজ-অধিবা সিগণকে হত্যা করে ।। অশেষ বীবৃত্ব প্রকাশ করিয়া ইংরাজসৈন্য সেপ্টেম্বর মাসে শহরের কাশ্মীরতোরণ ভঙ্গ করিয়া শহরমধ্যে প্রবেশ করিয়া বিদ্রোহ্ দমন করে। বাহাদুর সাহ্ পলায়ন পরিয়া শহরের বহির্ভাগে হুমায়ুনের সমাধিমন্দিরে আত্মগোপন করেন। পরে প্রাণ সম্বন্ধে ইংরাজের অভয়বাণী প্রাপ্ত হইয়া বাদশাহ্ ইংরাজহস্তে আত্মসমর্পণ করেন এবং নির্বাসিত হইয়া রেঙ্গুনে প্রেরিত হন। সেখানে ১৮৬২ খ্রীঃ তাহার দেহত্যাগ ঘটে। তিনিই দিল্লীর শেষ মোগল সম্রাট্ ।।

১৮৫৮ খ্রীঃ দিল্লী জেলা পঞ্জাব প্রদেশের অধীন করা হয়। শহরের কয়েক লাইল কাইল উত্তরে, মহারানী ভিক্টোরিয়ার "ভারতেশ্বরী" উপাধিগ্রহণ উপলক্ষে ১৮৭৭ খ্রীঃ ১ লা জানুয়ারি

রাজপ্রতিনিধি লর্ড লিটন একটি দরবার করেন ।। উহারই নিকটবর্তী স্থানে সম্রাট্ সপ্তম এডওয়ার্ডের অভিষেক সংবাদ জ্ঞাপন অভিপ্রায়ে, লর্ড কর্জন ১৯০৩ খ্রীঃ ১ লা জনুয়ারি "করোনেশন দরবার" করেন। উক্ত স্থানেই ১৯১১ খ্রীঃ ১২ ই ডিসেম্বর সম্রাট্ পঞ্চম জর্জ মহিষীসহ মহাসমারোহে একাট দরবার করেন। অতঃ পর দিল্লী ইংরাজের রাজধানী হইবে, এই মর্মে উক্ত দরবারে একটি ঘোষণা প্রচারিত হয়। ১৯১২ খ্রীঃ ১ লা অক্টোবর দিল্লী জেলা পঞ্জাব প্রদেশ হইতে বাহির করিয়া লইয়া জনৈক চিফ্ কমিশনারের অধীন করা হয়, এবং উক্ত অব্দের ২৩ শে ডিসেম্বর রাজপ্রতিনিধি লর্ড হার্ডিঞ্জ সমারোহে নগরে প্রবেশপূর্ববক নব রাজধানীতে-রাজকার্য আরম্ভ করেন। নুতন ৱাজধানী সাহ জাহান নির্মিত দিল্লী সহরের তিন চারি ক্রোশ উত্তরে স্থাপিত হইয়াছে।

অসুম্না ইরিবা দিল্লীগী অর্থ মণিপুরী লোন্দা ৱাহৈ চিংদনা অর্থ ইবা তারবদি লাইরিক অসি চাওমনখ্রগনি অদুনা য়াম্না শম্না ৱাহৈ খরদং লৌখৎচরগে।

## (দিল্লী)

করিগুম্বা দেশ অমগী মমিং ওইবা ৱাহৈগী অর্থ ইবা তারগসু দেশ অদুদা পাল্লকখিবা নিংথৌশিংগী মমিং, দেশ অদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী ৱারী, শোক তারিক ফাওবা য়াওনা ইরম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা দিল্লী হায়বা ৱাহৈগী অর্থ অদু শ্রী সুবচন্দ্র মিত্রগী অভিধান্নদা য়াওবা অদু মখাদা শন্নপ্না ৱাহৈ খরদং থমজরি।

"দিল্লী দেশ বিশষ" হায়বদি দিল্লী দেশ অমগী মমিংনি। খৃষ্টগী শতাব্দী অহান্বদা দিলু কৌবা নিংথৌ অমনা যুধিষ্ঠিরনা পালম্বা ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুং ময়া নক্না অনৌবা খুল মচা অমা শেমদুনা কোনুং শারগা মহাক্না নিংথৌ ওইখি। মফম অদু দিলুগী মমিং লৌদুনা দিল্লী কৌখি। হৌজিক

দিল্লীগী পাক চাওবা মাইল ৪৫ নি হায়না হৈরি।

খৃষ্টগী মমাং শতাব্দী ১৫ ফাওবদি ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুং কৌরম্মী। মহাভারতকী লাল লোইরগা পাণ্ডব ৫ হস্তিনাপুরদা চহি খরা লৈরম্মী। মথংদা পাণ্ডব ৫ না হস্তিনাপুর থাদোক্লগা ইন্দ্রপ্রস্থদা কোনুং শারগা লৈরম্মী। মফম অদু হৌজিক্তি "পুরানো কিল্লা" অমদি "ইন্দ্রি পথ" হয়না খংনরি। মফম অদুদা যুধিষ্ঠরদগী হৌনা থিরগা পাণ্ডব শাগৈগী নিংথৌরোন ৩০ না পালম্মী। মথংদা পাণ্ডব শাগৈগী ইকোন কোন্না পাল্লম্বা নিংথৌ অদুগী মন্ত্রী বিশারবা কৌবনা লৈবাক ঙাকহৌই। মথংদা মন্ত্রী অদুগী শাগৈনা চহি ৫০০ (চামঙা) অমা পালম্মী। মথংদা গৌতম শাগৈনা নিংথৌ ওইদুন পাল্লি। গৌতম শগৈগী নিংথৌ ১৫ পাল্লম্মী।

গৌতম শাগৈগী নিংথৌরোন ১৫ শুবা অসিদা ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা পাম্বা নিংথৌরোল লোইরে খমলে।

মথংদা দিলু নিংথৌনা অনৌবা কোনুং শাদুনা পান্বদগী দিল্লী কৌখি। মথং-মথং হিন্দু নিংথৌগী নিংথৌরোন কয়া অমা পাল্লবা মতুংদা খৃষ্টগী চহি ১১৯১ দগী মুসলমান্না নিংথৌ ওইখিবগী ৱারী, নিংথৌ অমগা-অমগা দিল্লীগী খুভম মুন্নখিবগী ৱারী, অমসুং নিংথৌরোন কয়াগী ৱারী য়াওরি।

মমৈথংদা খৃষ্টগী চহি ১৯১২ ওক্টোবরগী তাং ১ দা চিফ কমিশনার লাকখিবগী ৱারী। চহি অদুগী ডিসেম্বরগী তাং ২৩ দা লর্ড হার্ডিঞ্জ লাক্লুনা অনৌবা রাজধানি শেমদুনা মহুৎ শিনখিবগী ৱারী। মসিফাওবদা দিল্লী হায়বা ৱাহৈগী অর্থ ৱারী ইরম্মী। ৱাফম অসি সরল বাঙ্গালা অভিধানগী লমাই ৬৮৫/৬৮৬ তা শন্দোক্লা য়াওরি।

মতৌ অসিগুম্না দেশ-দেশ অদুগী খুদম পানখিবা নিংথৌশিংগী মমিং, দেশ অদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী চাওরাকপা ৱারী শমলপ্না ইদুনা তাকই। মসিদগী ঐখোয়না খঙলে পাণ্ডবকী যুধিষ্টরদগী হৌরগা

ইংরেজগী চিফ কমিশনার লাকখিবগী দিল্লীগী থৌদোকশিং চিংখ্রদনা শক তারিক য়াওনা ইরল্লীবা অসিনা ভারত্তা মহাভারত লান তশেংনা থোকখি হায়বা খঙলে। কৌরব পাণ্ডব মচিন-মনাও ১০০ গা ৫ গা লান থেংনখিবা মফম কুরুক্ষেত্রা হৌজিকসু লৈরি মীয়াম্মা খঙনরি।

- - - - - - - - -

(৪) মরিশুবদা কলিঙ্গ দেশদা মণিপুর কৌবা লম লৈরমদে হায়বগী খুদম মখাদা থমজরে ।

## কলিঙ্গ

**কলিঙ্গ** ঃ-দক্ষিণ ভারতস্থ প্রাচিন দেশ। মহাভারতে এই দেশের উল্লেখ আছে। তিব্বতের ঐতিহাসিক তারানাথ বলেন, কলিঙ্গ তৈলঙ্গ দেশের বিভাগবিশেষ। উরিষ্যা প্লিনি-বর্ণিত কলিঙ্গার অন্তর্গত ছিল। হুয়েনথ -সাং-বর্ণিত কলিঙ্গের দক্ষিণে ও পশ্চিমে অন্ধ্র দেশ (ওরায়াঙ্গল), এবং উত্তরে ওড্রদেশ (উড়িষ্যা)। তাহার ভ্রমণকালে (৬৩০ খ্রীঃ অঃ) বর্তমান রাজমহেন্দ্রী বা করিঙ্গ এই দেশের রাজাধানী ছিল। তিনি কলিঙ্গকে "Kie-ling-kia" নামে অভিহিত করিয়াছেন। ৫৪০ খ্রীঃ অঃ চালুক্যবংশীয় রাজগণ বেঙ্গীপুরে রাজ্য প্রতিষ্ঠা করেন। ৭৫০ সালে তাহারা কলিঙ্গদেশ জয় করিয়া রাজমহেন্দ্রীতে রাজধানী স্থাপন করিয়াছিলেন। কালচুরী বা হৈহয়বংশীয় রাজগণের সময়ের শিলালিপিতে দেখা যায় যে, তাহারা কালঞ্জপুর এবং ত্রিকলিঙ্গের অধিপতি বলিয়া আখ্যাত ছিলেন। কালঞ্জর বুন্দেলখণ্ডে অবস্থিত সুবিখ্যাত পার্বত্য-দুর্গ। বর্তমান তেলিঙ্গানা ত্রিকলিঙ্গের অপংভ্রংশ বলিয়া অনেকের অনুমান। অসিগী অর্থ মণিপুরীদা মখাদা থমজরে।

## কলিঙ্গ দেশ

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা কলিঙ্গগী অর্থ ৩ থোক্না থনম্মী। (১) অহান্বদা পুতিকরঞ্জ; কুটজ; পাকুড়গাছ; শিরিষবৃক্ষ অসিমা। (২) অনিশুবা অর্থদা ইন্দ্রযয; ক্লী; অসুম্না অমা। (৩) অহুমশুবা অর্থদা দক্ষিণ ভারতস্থ প্রচিন দেশ। অর্থ-খা ভারতকী কুইরবা দেশ অমনি। অসুম্না ইরগা মখা তানা অহুমশুবা অর্থগী ৱাফম খর ইরম্মী।

মহাভারতে এই দেশের উল্লেক আছে। তিব্বতের ঐতিহাসিক তারানাথ বলেন, কলিঙ্গ তৈলঙ্গ দেশের বিভাগ বিশেষ। "অর্থ-দেশ অসি মহাভারত লাইরিক্তা ইদুনা লৈ। তিব্বতকী ঐতিহাসিক ইবা তারানাৎনা হায়, কলিঙ্গ অসি তৈলঙ্গ দেশগী থোইদোকপা শরুক অমনি"। কলিঙ্গগী মখা অমসুং নোংচুপ্তা অন্ধ্রদেশ (ওরায়াঙ্গল) লৈ, অৱাংদা ওড্রদেশ (উরিষ্যা) লৈ। অসি হায়না হুয়েনথ-সাংনা হায়খি।

হুয়েনথ-সাং কৌবা নুপা অসি চিন লৈপাক্কী সম্রাট টৈ-সং নি। খৃষ্টগী চহি ৬২৯ দা মহাক ভারতবর্ষদা তীর্থ কোইনবীদমক খোংশাল্লকখি। (৬৩০ খৃঃ অঃ) দা মহাক কলিঙ্গ য়ৌরকখি। মতম অদুদা রাজমহেন্দ্রিদা রাজধানী (কোনুং) ওইরম্মী।

হুয়েনথ-সাংনা কলিঙ্গবু "Kie-ling-kia" হায়বা মমিং অসি হায়রম্মী। খৃষ্টগী চহি ৫৪০ দা চালুক্য শাগৈগী নিংথৌশিংনা বেঙ্গিপুরদা রাজ্য লিংখৎলম্মী। মখোয়না শক ৭৫০ কলিঙ্গ দেশ জয় তৌদুনা রাজমহেন্দ্রিদা রাজধানি লিংখৎলম্মী।

কালচুরি অমদি হৈহয় শাগৈগী নিংথৌশিংগী মতমদা নুংদা ইরম্বা ময়েক থেংনখি মদুদি ঃ- মখোয়না কালঞ্জপুর অমসুং ত্রিকলিঙ্গগী মপুনি, অসি হায়বা ৱারেং ইরম্মী।

অসুমনা কলিঙ্গ শব্দগী অর্থ অসি শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী

অভিধানাগী লমাই ৩৫৪ দা য়াওরি। অদুগা চিন লৈপাক্কী হ্যুয়েনথ-সাংনা ভারতবর্ষগী তীর্থদা চহি ১৫ চুপ্পা চৎখিবগী ৱারিসু অভিধান অসিদা য়াওরি। মদু লাইরিক অসিদা হাপচদরে অভিধান অসিগী লমাই ১২৯০/১২৯১ দা শব্দোক্লা য়াওরি। শ্রীসুবচন্দ্র মিত্রনা কলিঙ্গ শব্দগী অর্থ তৌবদা কলিঙ্গদা মণিপুর কৌবা রাজধানী (কোনুং) অমা লৈরম্মী হায়রমদে মরম অসিনা খংলে মদুদি অর্জ্জুনগী মচা বাভ্রবাহন্না কলিঙ্গদা লৈরমদে হায়বা খংলে।

শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রনা কলিঙ্গদা মণিপুর কৌবা রাজধানী (কোনুং) অমা লৈরম্মী হায়না ইরমদ্রিবা অসি লৈরমদবননি। লৈরমলবদি ইরমগদবনি হায়বদি পাণ্ডব ৫ না লৈরম্বা ইন্দ্রপ্রস্তবু হৌজিক দিল্লী কৌনখিবগুম কলিঙ্গগী মণিপুরসু অদুগুম্বা থৌদোক অদুদগী, অদুগুম্বা নিংথৌদুগী মতমদা মণিপুর কৌরম্বা তোকখিদুনা হৌজিক মমিং অসি কৌনরিবসিনি। অসুম হায়না ইরমগদবনি। লৈরমদবা ওইবনা ইরমদ্রিবনি।

কলিঙ্গ কৌবা দেশ অসিগী মমিং অসিদি কুইরবা মমিংনি। কৌরব পাণ্ডব চামগা মঙাগগী লান তৌদ্রিঙৈগী মমাংদগী লৈরক্লবা মমিংনি। মদুদগীনা চিন লৈবাক্কী হ্যুয়েনথ্-সাংনা ভারত্তা লাক্লম্লগা মরৈবাক্তা হনকিবা খৃষ্টগী চহি ৬৪৫ ফাওবা কলিঙ্গ হায়বা মিং অসিদগী সুকহোং হোংদনা লৈরকখি। মণিপুর কৌরম্মী হায়বগী ৱাফমদি সুকপন পল্লমদে। অদুগা ৱাফম অমাগসু, কলিঙ্গ অমদি উরিষ্যাদা মণিপুর কৌবা লমগী মিং ফাওবা তাদে লৈরমদে হায়না আরঃ সিঃ মাজুমদার না ইরম্বা ৱাফম মখাদা থমজরে।

মমিং চৎলবা আরঃ সিঃ মজুমদারনা মাগী লাইরিক "ESPANSION OF ARYAN CULTURE IN EASTERN INDIA" কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরম্মী ঃ-

হৌজিক্কী মণিপুর অসি মহাভারতত্তা য়াওরিবা চিত্রাঙ্গদা অমদি বভ্রুবাহনগী পোকফম, অরিবা মণিপুর অদুমক্কি হায়না হৌজিক হৌজিকমকসু থাজনরি। অসিগুবা থাজনবা অসি উরিষ্যা লৈবাক্কী মফম অমত্তদা লৈতে; অমদি উরিষ্যা লৈবাক্তা "মনলুর" নৎত্রগা "মণিপুর" কৌবা লম অমা লৈরম্মী হায়বসি লমদম অদুগী মী কনা অমত্তনা খংদে। অসুম্ন রমেসচন্দ্র মজুমদার না ইরম্বা অদু মখাগী অসিনি।

**Expansion ...**

As mentioned above in connection with the third episode, Arjuna first proceeded to Mahendra mountains (i.e. Eastern Ghat) in Kalinga and then proceeded to Manipur on the sea.[10] this evidently located Manipur in the Orissan coast, a view taken by a number of scholars.

But in the Asvamedhik-parva the three countries where Arjuna had to fight for horse are successively named Prāgyotisha, Sindhu and Manipur. Whether Manipur be identified with present Manipur in Eastern India or located in Orissa, the mention of this place between Prāgjyotisha in Assam and Sindhu or Sindh, i.e., the two extreme limits of Northern India seems to be an anomaly. It is not unlikely therefore that Sindhu is an interpolation, and in that case juxtaposition of Pragjyotisha and Manipur certainly favours the identification of Manipur with the present State of that name in Eastern India. But as against

this we should remember what has been said above regarding the location of Prāgjyotisha in the north-West of India.

III. During his self-imposed exile Arjuna had married Ulupi, the daughter of the Nāga king Kauravya of the Elephant clan (air āvata-kula) in the Nether-lands (under the water of Ganges). This episode and the marriage of Arjuna with Chitrāngdā are mentioned in two successive chapters in the Mahābhārata. Again, when Vabhruvāhana, king of Manipur of Manalur, refused to fight with his father Arjuna, it was Ulupi who instigated him to fight and when Arjuna was killed, Ulupi restored his life. When Vabhruvāhana attended the Asvamedha ceremony of Yudhisthira, he was accompanied by Chitrangada and Ulupi. Thus the Nāga daughter and Chitrāngdā are closely asso-ciated. In view of the present habitat of the Nāgas viz. the Nāgā Hills, immediately to the north of Manipur, and famous for big elephants, the Nāga king Kauravya of the Elephant clan may be associ-ated with this region.

IV. There is a living popular tradition in present Manipur that it represents the old kingdom mentioned in the Mahābhārata as the birth-place of Chitrāngadā and Vabhruvāhana. No such tradition exists in any part of Orissa, and no memory of a locality named

Manalur has survived.

V. the antiquity of Manipur is proved not only by the variant Reading in the Mahābhārata Manuscripts but also by unambiguos references in the Purānas. Thus Bhavishya Purāna (Brahma-Khanda) mentions it long with Lauhitva, Traipura (Tripura) and Jayanta (Jaintia Hills).

অসুম্না উরিষ্যাদা মণিপুর কৌবা মিং অসি লমদম অদুগী মীওইশিংনা তানরমদে খংনরমদে হায়না ইরম্মী ।।

## সাতিং সাকোক

ঐখোয়গী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা ইরমদম অসিগী লৈবাক্কী মিংবু মণিপুর হায়না কৌনরম্লিবা অসি করিগীনো হায়বগী খন্ন- নৈনবদা "সাতিং সাকোক" কৌবা পুয়াদা ইরম্বদি মখাগী অসুম্না ইরম্মী ঃ-

।।০।। ১ সু হাইকে।। নুঙকোইপিকি মনাক।। তাইপোঙথোঙকি মালক আতুতা লইপা য়াইতি।। মানি কৌপা ১ লইপানে। মানা লই হাইপকি।। মানিপুলা কৌয়ে।। মাকি মাফম তাকহইতে।। তাকলাবাতি।। নুমিৎ ৬ নিতা কইনা চায়ে। হে নিংথৌ আে মাপা য়েংনা খুলুমআে।।

অসুম্না মৈতৈগী য়াম্না লিরবা লোন্দাদা ইরম্মী। মাসি হৌজিক মতমগী মণিপুরগী লোন্দা মখাগী অসুম্না খঙনগনি ঃ-

।।০।। ১সু হায়গে। নুঙকোইপীগী মনাক।। তাসবোঙ থোঙগী মরক অদুদা লৈবা য়াইদি।। মণি কৌবা অমা লৈবনে। মানা লৈ হায়বগী মণিপুর কৌএ।। মাগী মফমদি তাকহৈদেয়ে।। তাক্লবদি নুমিৎ ৬ নিদা কৈনা চায়ে।। হে নিংথৌও মপা য়েংদুনা খুরুম্মো।। হৌজিক্তা অসুমনা

খঙনরে।। মৈতৈ ময়েক্না ইরম্বা লমাই অমতং মখাগী অসিনি।

অসুম্না য়াম্না ওল্লিঙৈগী মতমদগী মণিপুর কৌরম্লে হায়বা তশেংনা খংলে।

## কংলৈপাক

মণিপুরগী মনুংদা কংলৈপাক্তি লৈ, কংলৈপাক্না মণিপুর পুম্ন মক্তি নত্তে। কংলৈপাক হাবয়া বাহৈসিগী নুংগী ওইবা বাফমদি "অকংবা লৈপাক" য়ুম্ফমবু কংপোক হায়বা য়াই। অদুবু অকংবা লৈপাক মফম পুম্নমকপু কংলৈপাক কৌদে।

কংলৈপাক কৌবদি নিংথৌনা লৈবা কোনুংগী লমখৈ পাকচাওবা অকোয়বা অদু মখৈবু "কংলা" নৎত্রগা "কংলৈপাক" হায়না খংনরকখি।

ঐখোয়গী মণিপুরদা অঙনবা মতম অমদা কংলৈপাক ৭ লৈরম্মী হায়নৈ। মদুদিঃ- মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাকংবদগী য়েক ৭ (তরেৎ) খায়দোকখিবশিং অদুনা মানা মানা লৈরু লৈরুবা লৈফম অদুবু কংলৈপাক কৌরম্মী।

মতম অমদা মোইরাং নিংথৌনা পাম্বা কোনুংবু মোইরাং কংলৈপাক নৎত্রগা মোইরাং কংলা হায়না কৌরম্মী। মোইরাং নিংথৌশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকপু মোইরাং কংলৈরোল হায়না কৌই।

অসুম্না অঙোমনচিংবা য়েক সলাইশিংনা পালম্বা মফম পুন্না মণিপুরদা কংলা নৎত্রগা কংলৈপাক ৭ লৈরম্মী হায়না থাজনবা লৈ।

নিংথৌজা য়েক্কী মৈতৈ নিংথৌশিংনা পাম্বা মফম্বু কংলা হায়না খংনৈ। মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকপু "কংলৈ নিংথৌ চহি" হায়না কৌরম্মী। মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা চহিগী অরোইবা চৈরাওবদা চৈথাবা হৌদোকখিবদগী লাইরিক অদুগী মমিং চৈথারোল

কুম্বাবা হায়না কৌরকখি।

অসুম্না মণিপুরদা মতম অমদা য়েক ৭ কী কংলৈপাক তরেৎ লৈরম্বদগী হৌজিক্তদি ইম্ফালগী কংলা অসিমখক্তা মণ্ডাইরে। মণিপুরগী উখ্রুল কংলা নত্তে কংলৈপাক নত্তে। চুড়াচান্দপুর কংলৈপাক কৌদে, লমাংদোং বিষ্ণুপুর মতম অমদা মৈতৈ নিংথৌ লৈরম্মী অমদুবু কংলা নত্তবনিনা কংলৈপাক কৌদে। তমেংলোং অমদি সেনাপতি মাওনচিংবা ডিস্টিকশিং অসিসু মণিপুরনি কংলৈপাক কৌদে। মাওগী চীংমীশিংসু, লমসু মণিপুরীনি, কংলা নত্তবনা কংলৈপাক কৌনদে। মরম অসিনা মণিপুরদা কংলৈপাক্তি লৈ, কংলৈপাক্না মণিপুর পুম্নমক্তি নত্তে।

## খুনুং লীচৎ শাজৎ

কংলৈপাক্কী পাকচাওবা অকোইবা অসি ইম্ফাল মনুংদগী হেদোক্তে হায়বা খংবা ঙম্মী। মদুদি মৈতৈগী মাইচৌশিংনা য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা চৎনরম্বা হৌজিক ফাওবদসু চৎনরিবা (কোনয়াই হুনবা) (সনা লুপা কৎপা) হায়বা থৌরম অসিদগী খংবা ঙম্মী।

## কোনয়াই হুনবা

কোনয়াই হুনবা (সনা লুপা কৎপা)অসিদি মরোল য়াম্মী। য়াম্না খায়রি ঃ-

১) ইম্ফালগী মখৈদি "হৌ কংলৈবু লম্মহল্লো" হায়না হুনগনি।

২) অবাংমখৈ "হৌ থাঙবাইবু লম্মহল্লো" হায়না হুনগনি।

৩) নোংপোকমখৈ "হৌ বাইরংবু লমহল্লো" হায়না হুনগনি।

৪) নোংমাইচীং বাংবা মখৈদি "হৌ শেল্লোই" হায়না হুনগনি।

৫) লিলোংদগী থৌবান মখৈদি "হৌ লাংলোইবু" হায়গনি।

৬) হিয়াংথাংদগী ফৌগাকচাউ ফাওবা শেগা লম্বী শোরোক্কী নোংপোক মখৈ "হৌ লানলোইবু লমহল্লো" হায়গনি।

৭) অরোংদগী শুগ্নু ফাওবা "হৌ থরৈবু লমহল্লো" হায়গনি।

৮) শুগ্নু মখা মখৈ "হৌ লেমলৈবু লমহল্লো" হায়গনি।

৯) লাইরেন শক্তিক্তগী ইরেংবম ফাওবা, তোংজৈ মরিন সোরোক্কী মনিং মখৈ "হৌ লোনলোইবু লমহল্লো" হায়গনি।

১০) ওয়নামদগী নিংথৌখোং ফাওবা "হৌ খুরোইবু লমহল্লো" হায়গনি।

১১) অদুদগী মোইরাং ফাওবা "হৌ কেগেবু লমহল্লো" হায়গনি।

১২) চীং মোইরাংগী মনিং অদু "হৌ কেগেবু লমহল্লো" হায়গনি।

লাইশং মনুংদা লাইগী হুনবদি "চীঙুবা লাইকোন্নুং মোংবা য়ুমদাংশাং হৌ (কংলৈবু) লমহল্লো" অসুম হায়না হুনগনি। কবোদা "শেনবী" ময়াংদা "থোংনাং" হায়গনি।

ইম্ফালদা ওইরগা কংলৈবু হায়গনি।

অসুম্না "কোনয়াই হুনবা" কৌবা লাইরোন অসিদগী খংবদি "হৌ কংলৈ" হায়না হুনবা ইম্ফালগী লমখৈ অসিদবু কংলৈপাক হায়না খংনৈ।

## কংলা (পাফল) মেপ

অসুম্না কংলাগী "পাফল" মেপ অসিনা লৈবা ইম্ফাল মখৈতবু

কংলৈপাক কৌনৈ। মসি মণিপুরগী দেশগী মনুংদা লৈবা দেশগী ময়োল "শহর" টাউননি।

## লম্বাই ইম্ফাল খায়বা

ঐখোয়গী মণিপুরগী লম্বাই ইম্ফাল খায়দোকখিবদি মৈদিংঙু শুরচন্দ্রনা পানবা মতমদা খৃষ্টগী ১৮৮৯ ইং নবেম্বরগী তাং ২৫ পোইনুগী নোংমা পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা শ্রীযুৎনা স্না য়াথং পিবদগী লম্বাই ইম্ফাল খায়খি। মদু চৈথারোল কুম্বাবগী লমাই ৪৭৮ দা অসুম্না লৈ।

হিয়াঙ্গৈ থা ইরাইনা হল্লে। ২৫ নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লেংদুনা থাংজবা মোইরাং নিংথৌগী মাঙোপ হোঙএ। পোইনু থা নিংথৌকাবা হল্লে। অদু নমিত্তা শ্রীযুৎনা স্না য়াথং লম্বাই ইম্ফাল খায়ও হায়দুনা তোপ গারোৎকী নোংথোনবা শেঙ্গোই লালুপচিংবা, থোকচাও দয়ানিধি, শারুরবা ৩ মা কুমদুনা (ব্রাইখোং খোংনাংদা) নুঙ য়ুংদুনা মথক্লা ইম্ফাল মখানা লম্বাই অদুদগী (বাশীখোংবা), অদুদগী (পোরোকশৌবী), অদুদগী (মীরেপপুং), অদুদগী (কোংবা লাইফম), অদুদগী (খোম্বিতোক), অদুদগী মন্ত্রি খোংনাংগী ব্রাংমা (চুম্ব্রে খোং) মখৈ, অদুদগী (ইরোইশেম্বা) চীংজিন, অদুদগী (মোইরাং হনুবা), (লাংথবান খুন্দোন), অদুদগী ব্রাইখোম খোংনাং তাইএ।।

অসুম্না খায়রল্লিবা ইম্ফালগী লমখৈ অসিগী মখৈ সনা লুপা কৎপা কোনয়াই হুনবদা হৌ কংলৈবু হায়না হুনগনি। কংলৈবু হায়রিবা মফম অসিখক্তংবু কংলৈপাক কৌগনি। মণিপুরগী ময়াই ওইবা লমনি হায়না থাজনরিবা ইম্ফালগী কংলাবু মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা কংলানা খোইদৌনি হায়না লৌনৈ। মরম অসিনা মণিপুরগী মনুংদা কংলৈপাক্তি লৈ, কংলৈপাক্লা মণিপুর পুম্নমকপু খংনদে, অমসুং মৈতৈ ইপা ইপুশিংনসু অঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুর হায়না কৌদুনা লাকখি।

## মণিপুর কৌখিবা

(১) অহাম্বদা অরন্য নগর কৌই।

(২) অনিশুবদা মেখলা দেশ কৌই।

(৩) অহুমশুবদা মণিপুর কৌই।

মণিপুর কৌরবা মতমদা পাম্বা অহাম্বা নিংথৌ আনন্ত হায়না কৌই। মথংদা চিত্রকেতুদা নিংথৌ ওইজরো পীরম্মী। চিত্রকেতুদি গন্ধৰ্ব্ব জাতিনি। মথংদা শিখরগদানচিংবা নিংথৌরোন কয়াগী মতুংদা চিত্রভানুনা নিংথৌ ওইরে। চিত্রভানু নিংথৌ মচা নুপী অমখকতমক পোকই। অদুনা মণিপুরদা গন্ধৰ্ব্ব জাতিগী নিংথৌ চিত্রভানুনা খমলে।

মথংদা চিত্রঙ্গদানা পোকচবা অৰ্জ্জুনগী মচা বাভ্রুবাহননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি।

মথংদা পোং-দেশদগী নিংথৌ তৌখাংখু কৌই। (১)॥

মথংদা অনিশুবা নিংথৌ তৌহাংখু কৌই। (২)॥

মথংদা অহুমশুবা নিংথৌ তৌহাংপে কৌই। (৩)॥

মথক্তা হায়খিবশিং অসি অরিবা মতম অমদা ওইখিবনি। অদুনা হৌজিক মণিপুরদা লৈবা মৈতৈ জাতিশিং অসি গন্ধৰ্বগী চাদা নাওদসু নত্তে। অদুগা বাভ্রবাহনগী চাওদা নাওদসু নত্তে। পোং জাতিগী চাদা নাওদাসু নত্তে। মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ জাতিদি পাখংবদগী য়েক ৭ সলাই ৯ খাইথরকখিবা অদুদগী শমথরকখিবা চাদা নাওদানি হায়বা অসি অচুম্বনি হায়না থাজনা লৌনরি। মৈদিংঙু নোংঙাদা লাইরেন পাখংবনা পাম্বদগী চত্থরকখিবা নিংথৌরোল মখাদা থমজরে।

# মণিপুরগী নিংথৌরোল

কলি যুগকি কুমশিং ৩১৩৫ দা মৈদিংঙু নোংঙাদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইবা হৌখি। কুম অদু খৃষ্টাব্দাঃ ৩৩ শুবনি। শকাব্দাঃ দি হৌদ্রি চহি, ৩৫ ৱাৎলি।

(১) পাখংবনা লাইস্না পান্নদুনা নিংথৌ ওইরকপদগী চহি ৪৫ সুরকপদা শকাব্দঃ অমা হৌই। খৃষ্টাব্দঃ ১৫৩ ফাওবা, শকাব্দাঃ না ৭৫ ফাওবা পালম্মী। মৈদিংঙু পাখংবনা চহি ১২০ পালম্মী।

(২) মথংদা শকাব্দ ঃ ৭৬ দা মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দঃ ১৮৬ ফাওবা ফম্বান তোংই চহি ১১০ পালম্মী।

(৩) মথংদা শকাব্দাঃ ১৮৬ তা মৈদিংঙু তাওথিংমাংনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ২৮৬ ফাওবা ফম্বান তোংই, চহি ১০০ পালম্মী।

(৪) মথংদা শকাব্দাঃ ২৮৬ তা মৈদিংঙু খুইনিং ঙোনবনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দা ঃ ৩০১ ফাওবা পালম্মী। চহি ১৫ পালম্মী।

(৫) মথংদা শকাব্দাঃ ৩০১ দা মৈদিংঙু পেংশিবনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ৩১৬ ফাওবা ফম্বান তোংই, চহি ১৫ পালম্মী।

(৬) মথংদা মৈদিংঙু কাওখংবনা শকাব্দাঃ ৩১৬ তা ফম্বান ওইরে। শকাব্দাঃ ৩৩৩ ফাওবা নিংথৌ ওই, চহি ১৭ পালম্মী।

(৭) মথংদা শকাব্দাঃ ৩৩৩ দা মৈদিংঙু নাওখম্বনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ৩৫০ ফাওবদা চহি ১৭ পালম্মী

পাখংবদগী নাওখম্বা ফাওবা নিংথৌ ৭ অসি লাইগী শিংদা চল্লি। নাখোয় ৭ অসি মাংখিবা শিখিবা মফম খংদে মখোয় ৭ কী মংলেন লৈতে। মরম অসিনা মাখোয় ৭ লাইনি মণিপুরগী ইতিহাস লাইরিক্লা হায়রি।

(৮) মথংদা শাকাব্দাঃ ৩৫০ দা মৈদিংঙু নাওফংবনা নিংথৌ

ওইরে। মসিদগী মী তারে লাই ওইদরে। কাইরৈমাগা ময়েংবম য়াওরেবা চনুগা অনি অসি পান্নদুনা কাইরৈমনা সমৈরাং পোকএ, অদুগা য়াওরেবনা থমংলাং পোকএ। নাওফংবনা কংলা ফম্বান্দা চহি ৯০ পালম্মে।

(৯) মথংদা শকাব্দাঃ ৪৪০ দা মৈদিংঙু সমৈরাংনা নিংথৌ ওইরে। অদুগা থমংলাংনা এংখোম নিংথৌজাগী য়ুম্নাক তাবা হৌখি। সমৈরাংনা শকাব্দাঃ ৪৯০ ফাওবদা চহি ৫০ পালম্মী।

(১০) মথংদা শকাব্দাঃ ৪৯০ দা মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ৫৮০ ফাওবদা চহি ৯০ পালম্মী।

(উরাকোন্থৌবগী মথংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে।)

(১১) মথংদা শকাব্দাঃ ৫৮৫ দা মৈদিংঙু নাওথিং খোংনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা পোং নিংথৌগী মনাও সামলুংনা অপোং ইংখোন্দা চহি ১০ লৈরম্মে। নাওথিংখোংনা চহি ১০০ পালম্মী।

(১২) মথংদা শকাব্দাঃ ৬৮৫ দা মৈদিংঙু খোংতেকচানা নিংথৌ ওইএ। মহকথক্তা ফমদৌ ৬৪ গা শা তাল্লুবদা ঙম্না লাইনা লৌদুনা ঈশিংদা শিখি। লোং পাইবা অমতং হিংদুনা মাগী ধারা মখৈ লোংজম ওইখি। খোংতেচানা শকাব্দাঃ ৬৯৫ ফাওবদা চহি ১০ পালম্মী।

(খোংতেকচাগী মথংদা চহি ১১ নিংথৌ পান্দে।)

(১৩) মথংদা শকাব্দাঃ ৭০৬ তা মৈদিংঙু কৈরেনচানা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ৭২১ ফাওবদা চহি ১৫ নিংথৌ ওইরম্মী।

(১৪) মথংদা শকাব্দাঃ ৭২১ দা মৈদিংঙু য়ারাবনা নিংথৌ ওইরে। য়ারাবনা চহি ২২ পালম্মী।

(১৫) মথংদা শকাব্দাঃ ৭৪৩ দা মৈদিংঙু অয়াংবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা অয়াংপল্লি থোলম্মে। শকাব্দাঃ ৮৩২ ফাওবদা চহি ৮৯ পালম্মী।

(১৬) মথংদা শকাব্দাঃ ৮৩২ দা মৈদিংঙু নিংথৌচেংনা নিংথৌ ওইরে। মহাক্না হাওগৈদা লান্দারুই, ওক য়াম্না খোমলকখি। চহি ৮৯ পালম্মী।

(১৭) মথংদা শকাব্দাঃ ৮৭১ দা চেংলৈ ইপান লাম্থাবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা লুৱাংয়িদা হিতোংলকপা লুৱাংগী মখে ঙম্না ফারকই। শকাব্দাঃ ৮৯১ ফাওবদা চেংলৈ ইপান লাম্থাবনা চহি ২০ পালম্মী।

(১৮) মথংদা শকাব্দাঃ ৮৯১ দা মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা নিংথৌ ওইএ। মাগী হাকতক্তা লাংথবান্দগী কৈ ফাইএ। অদুগা ফনেক্কী ফিবান্দা খোই লোনবা হৌদোকলমএ। শকাব্দাঃ ৯০৬ ফাওবদা য়াংলৌ কৈফাবনা চহি ১৫ পালম্মী।

(১৯) মথংদা শকাব্দাঃ ৯০৬ তা মৈদিংঙু ইরেংবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা ইথাইদা মোইরাংগা লান শোক্লবদা ঙমএ। শকাব্দাঃ ৯৯৬ ফাওবা ইরেংবনা চহি ৯০ পালম্মী।

(২০) মথংদা শকাব্দাঃ ৯৯৬ তা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা নিংথৌ ওইরে। মহাক থক্তা লাইগা মীগা লাল্লুপ কামিন্নরম্বদগী মীনা লাকচদুনা লাইগী মখে মাংখরে। মীদনা শিলহৌরে পানা ৬ থোক্না লাল্লুপ কারে। লোইয়ুম্বনা নিংথৌ ওইবা মতমদা ঔগ্রি হঙ্গেল শকপা হৌদোকখি। অদুগা মোইরাংগী খম্বা থোইবী পোকপসু মৈতৈ নিংথৌ লোইয়ুম্বগী মতমদনি হায়না "শ্রীশ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন" কৌবা শ্রী কোঞ্জেংবম ধঁন সিংহনা ইবা লাইরিক্কী লমাই ১৭ তা য়াওরি। শাকাব্দাঃ ১০৪৪ ফাওবদা লোইয়ুম্বনা চহি ৪৮ পালম্মী।

(২১) শকাব্দাঃ ১০৪৪ দা মৈদিংঙু লোইতোংবনা নিংথৌ ওসরে। মাগী হাকতক্তা কাং শান্নবা হৌএ। লোইতোংবনা চহি ২৮ পালম্মী।

(২২) শকাব্দাঃ ১০৭২ দা মৈদিংঙু অতোম য়োইরেম্বনা নিংথৌ ওইরে। মনাওনা তাম্ফোক্তুনা খুমন্দা চেনখিয়ে। মহাক চহি ১৩ পালম্মী।

(২৩) শকাব্দাঃ ১০৮৫ দা মৈদিংঙু ইৱান থাবনা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাকতক্তা খুমনগা লান শোক্লখি, ঙমএ। মহাক চহি ৩২ পালম্মী।

(২৪) শকাব্দাঃ ১১১৭ তা মৈদিংঙু থৱানথাবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা লান য়াম্না থেংনৈ মানা লোইনা ঙম্মী। চহি ৩৬ পালম্মী।

(২৫) শকাব্দাঃ ১১৫৩ দা মৈদিংঙু চিংথাং লাম্থাবনা নিংথৌ ওইরে। মানা খুমনগা লান শোক্লে, ঙম্মী। কামুদা লান শোক্লে মানা ঙম্মী। চহি ১১ পালম্মী।

(২৬) শকাব্দাঃ ১১৬৪ দা মৈদিংভু থিংবাই শেলহোংবনা নিংথৌ ওইএ। মহাক্না চহি ৫ পালম্মী।

(২৭) ১১৬৯ দা মৈদিংঙু পুরানথাবনা নিংথৌ ওইএ। মহাক্না খুমনগা লান শোক্লে, লান ঙম্মী। মহাক্না চহি ১৬ পালম্মী।

(২৮) শকাব্দাঃ ১১৮৫ দা মৈদিংঙু খুমোম্বনা নিংথৌ ওইরে। থাঙ্গালগা লান তৌনৈ হাওখুন ঙম্মী। কবোগসু লান তৌনৈ মৈতৈনা ঙম্মী। খুমোম্বনা ফম্বান্দা চহি ১৫ পালম্মী।

(২৯) শকাব্দাঃ ১২০০ দা মৈদিংঙু মোইরাম্বনা নিংথৌ ওইরে। খুমনগা লান শোক্লে, লান ঙম্মী। মোইরাম্বনা চহি ২৪ পালম্মী।

(৩০) শকাব্দাঃ ১২২৪ দা মৈদিংঙু থংবী লাম্থাবনা নিংথৌ ওইরে মরিং নাই ঙম্মী। মোইরাংগসু লান শোক্লে, ঙম্মী। মহাক চহি ২২ পালম্মী।

(৩১) শকাব্দাঃ ১২৪৬ তা মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা নিংথৌ ওইরে। ময়াংনা লান হৌরকই মৈতৈনা ঙম্মী। কোংয়াম্বনা চহি ১১ পালম্মী।

(৩২) শকাব্দাঃ ১২৫৭ তা মৈদিংঙু তেলহৈবনা নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্তা চিংমীগা লান শোক্লে, ঙম্মী। তেলহৈবনা চহি ২০ পালম্মী।

(৩৩) শকাব্দাঃ ১২৭৭ তা মৈদিংঙু তোনাবনা নিংথৌ ওই। চহি ৫ পালম্মী।

(৩৪) শকাব্দাঃ ১২৮১ দা মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওইরে। অৱাং হাও চিংশোং নিংথৌনা হাৎখি, লান্দা শিখি। চহি ৩৫ পালম্মী।

(৩৫) শকাব্দাঃ ১৩১৬ তা মৈদিংঙু লাইরেনবনা নিংথৌ ওইরে। চহি ৫ পালম্মী। (মাগী মথংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে।)

(৩৬) শকাব্দাঃ ১৩২৬ তা মৈদিংঙু পুনসিবনা নিংথৌ ওইরে। মানা থাঙ্গা, মোইরাং, চীংমীগসু লান য়াম্না শোক্লে, লোইনা ঙম্মী। চহি ২৮ পালম্মী।

(৩৭) শকাব্দাঃ ১৩৫৪ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা নিংথৌ ওইরে। মোইরাংগা লান শোক্লে, ঙম্মী। শকাব্দাঃ ১৩৬৫ দা ক্যাম্বা পোকই। ক্যাম্বা পোকপা কুমদা নিংথৌখোম্বা অকলাদা লান চৎলি, ঙমলকই। শকাব্দাঃ ১৩৮৯ দা নিংথৌখোম্বা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ৩৫ পালম্মী।

(৩৮) শকাব্দাঃ ১৩৮৯ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা মশাগী চহি ২৪ দা কংলা ফম্বান তোংই। কবোদা লান চৎলি, লান ঙম্মী। শকাব্দাঃ ১৩৯২ দা পোংগী নিংথৌ চৌফা খেক খোম্বগা লম য়েন্নখি। কুম অদুদা লমক্যাম্বা পোকই। শকাব্দাঃ ১৪০৬ তা চৈরাওবদা চৈথাবা হৌই।

চৈথাবগী মমিং হিয়াংলোস কৌই। শকাব্দাঃ ১৪১০ দা কোইরেম্বা পোকই। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাক্তক্তা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌখি, হিন্দু ধর্ম্মগী মমী তাবা হৌরকখি। মৈদিংঙু ক্যাম্বা মশাগী চহি ৬৪ শুবদা শকাব্দাঃ না ১৪৩০ দা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ৪১ পালম্মী।

(৩৯) শকাব্দাঃ ১৪৩০ দা মৈদিংঙু কোইরেম্বনা মশাগী চহি ২০ শুবদা নিংথৌ ওই। চহি ৪ পালম্মী। মশাগী চহি ২৪ দা নোঙ্গাখি।

(৪০) শকাব্দাঃ ১৪৩৪ দ লমক্যাম্বনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৪৩৬ তা নোংইনফাবা পোকই। শকাব্দাঃ ১৪৩৮ দা তাংজাম্বা পোকই। লমক্যাম্বা মশাগী চহি ৩৮ দা শকাব্দাঃ ১৪৪৫ দা নোঙ্গাখি। চহি ১১ পালম্মী।

(৪১) শকাব্দাঃ ১৪৪৫ দা মৈদিংঙু নোংইনফাবনা মশাগী চহি ১০ শুবদা নিংথৌ ওই। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা তাথিদুনা নোংইনফাবা মমা মচাবু হাৎখি। নোংইনফাবা চহি অমা নিংথৌ ওইরম্মী।

(৪২) শকাব্দাঃ ১৪৪৬ তা মৈদিংঙু কবোম্বনা ফম্বান তোংই। শকাব্দাঃ ১৪৫২ দা মৈতৈ লৈমা সেরেম্বী লুহোংই। শক ১৪৫৩ দা লাইচৌ থোকখি। শক ১৪৬৩ দসু লাইচৌ থোকখি । কবোম্বা চহি ১৮ নিংথৌ ওইরম্মী। মশগী চহি ২৪ দা নোঙ্গাখি।

(৪৩) শকাব্দাঃ ১৪৬৪ দা মৈদিংঙু তাংজাম্বনা মশাগী চহি ২৬ তা নিংথৌ ওইরে। মশাগী চহি ২৯ দা নোঙ্গাখি। চহি ৩ পালম্মী।

(৪৪) শকাব্দাঃ ১৪৬৭ তা মৈদিংঙু চলাম্বনা নিংথৌ ওইরে। মশাগী চহি ৩২ শুবদনি। শক ১৪৬৮ দা স্নাহল পোকই। শক ১৪৬৯ দা মুংয়াম্বা পোকই। শক ১৪৭৭ তা লৈশাংখোং তৌই। মদুগী কুম অদুদা নুংশিৎ য়াম্না কন্না শিৎখি। যুম কৈ তুম্না তেকখি। শক ১৪৮০ দা কৈথেলগী গী নুং চিংএ। চলাম্বা চহি ১৭ পালম্মী। মশাগী চহি ৪৮ শুবদা শকাব্দাঃ ১৪৮৪ দা নোঙ্গাখি।

(৪৫) শকাব্দাঃ ১৪৮৪ দা মুংয়াম্বনা মশাগী চহি ১৮ ফম্বান তোংই। শকাব্দাঃ ১৪৮৬ তা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগা মৈতৈ লৈমা সেরেম্বীগনা মৈদিংঙু চলাম্বগীদমক (উক্রোং হোংবিএ)। শক ১৪৯৪ দা অতিয়াদা লাইরেন পাইএ। শখ ১৪৯৮ তা খাগেম্বা পোকই। মুংয়াম্বনা মশাগী চহি ৫২ শুবদা নোঙ্গাখি। চহি ৩৫ নিংথৌ ওইরম্মী।

(৪৬) শকাব্দাঃ ১৫১৯ দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মশাগী চহি ২২ দা ফম্বান তোংই। মাগী হাক্তক্তা দোলাই তোংবা হৌখি। কৈশাম ময়াংগী কুম শক ১৯২৭ তা মৈদিংঙু খাগেম্বনা দোলাই তোংবসু অদুঙৈ হৌএ। কাগেম্বগী হাক্তক্তা ময়াংগা লান শোক্লে মৈতৈনা ঙম্মী। ময়াং লাম্মীদগী নোংমৈ শামুনচিংবা খুৎলাইগা কোন্ননা লাম্মী য়াম্না ফাহৌই। লাম্মী পাঙন মখৈ খুন তাদুনা লৈহনখি। শগোল কাংজৈ শান্নবসু হৌখি। থাং শাবা, কোন শাবা পেরে, পুং তোং, কাপৈ শাবা অমসুং ধোবীনচিংবা ময়াং লাম্মীদগী ফাহৌবা মণিপুরদা লৈখি। (সতী খোংনাংগী থৌদোক কাগেম্বগী হাক্তক্তা থোকখি।) শকাব্দাঃ ১৫৩৮ দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌখি। খোং কাংজৈ শান্নবসু শক ১৫৪৩ দা হৌখি। মৈদিংঙু খাগেম্বা মশাগী চহি ৭৬ শুবদা শাইরেম মিৎশেংনা চৈথাবা কুম শক ১৫৭৪ দা ইঙেন থাগী লংমাইজিংদা শিখিয়ে। চহি ৫৫ পালম্মী

(৪৭) শকাব্দাঃ ১৫৭৪ দা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৫৮৬ তা লাংবন মেরা থা অনিদা থৌৱানমিচাক মমৈ পাম্বা থোকএ। থোল্লাং নাদুনা মী য়াম্না শিএ। (মী ৬৫ শিএ) খুঞ্জাওবা মশাগী চহি ৪৫ দা শকাব্দাঃ ১৫৮৮ দা হিয়াঙ্গৈগী ২৭ নি পাম্বা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা চহি ১৫ পালম্মী।

(৪৮) শকাব্দাঃ ১৫৮৮ দা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা ৱাকচিংগী ৫ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা ফম্বান কাইএ। শক ১৫৯৫ দা ইঙাগী ৫ নি

পানবা থাংজ দা নিংথেম চরাইরোংবা পোকই। পাইখোম্বগী মতমদা শা-লান য়াম্না কল্লি। কৈ য়াম্না চল্লি, য়াম্নসু ফাই। মশাগী চহি ৫৩ দা শকাব্দাঃ ১৬১৯ দা ৱাকচিংগী ২৮ নি শগোলশেন্দা নোঙ্গাখি। চহি ৩২ পালম্মী

(৪৯) শকাব্দা ঃ ১৬১৯ দা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মশাগী চহি ২৫ শুবা মতমদা ফম্বান তোংই। মাগী হাক্তক্তা শা-লান য়াম্না থোকখি। কৈসু চংনা কয়া ফাখি। মশাগী চহি ৩৭ শুবা মতমদা শক ১৬৩১ গী ইঙেন থাগী ৭ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা নোঙ্গাখি। চহি ১২ নিংথৌ ওইরম্মী।

## রামান্দি ধর্ম্ম

৫০। শকাব্দাঃ ১৬৩১ দা মৈদিংঙু পামহৈবনা (গরিবনিৱাজ) মশাগী চহি ২০ শুবদা থৱান থাগী ২৩ নি পাম্বা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ফম্বান কাই। মাগী হাক্তক্তা শক ১৬৪২ দা ইঙা থাদা নোংচুপলোমদগী গোষাই ১১ থোকলকখি। শকাব্দাঃ ১৬৪৪ দা কালেনগী ৫ নি পাম্বা নিংথৌকাবদা কৃষ্ণগী কিয়োং (লাইশং) শাবা হৌএ। পামহৈবগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌরকখি। রাম নিংবা রামান্দি ধর্ম্ম চৎনবা হৌরকপদা পুরান মৈ থাদুনা ৱাথোক কয়া থোকখি।

শকাব্দাঃ ১৬৪৫ দগী ওক-য়েন লোইবা থিংখি। লমহেন্বা মীওই ৱাকোংহনখি। শকাব্দাঃ ১৬৪৮ দা য়েংকোকপম লেংহাননা চৈথাবা কুমদা নিংথেম পুম্রী তৌখি। শকাব্দাঃ ১৬৫১ দা ঈশৈ শকপা, পেনা খোংবা হৌদোকখি।

নিংথৌসিগী মতমদা রাম নিংবা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌখি। অমসুং নিংথৌ প্রজা পুম্নমক (লুকুন) নগুণ থাংনখি। মতম অদুদা মৈতৈগী য়েক সলাইগী মতুং ইন্না গোত্র শেমখি। অমসুং মী শিরগা মৈ থাদুনা পোৎলোইবা হৌদোকখিবনি হায়না থাজনৈ।

শকাব্দাঃ ১৬৫৮ দা অমুক ময়াং নিংথৌগী গুরু ব্রহ্মচারী

থোকলক্লুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈশিংবু ব্রাকোংহনখি। উমংলাই ময়াম মহাবলি উমংদা ফুমখি। মথংদা শকাব্দাঃ ১৬৫৯ গী হিয়াঙ্গে থাদা নিংথৌ গরিবনিৱাজনচিংবা মী ৩০০ (চহুম) অমুক হন্না নগুন থাংখি।

শকাব্দাঃ ১৬৫৮ দা ইঙা থাগী ২ নি পাম্বা নিংথৌকাবদা পরমানন্দ ধর্ম্মবু লৌনখি। (হায়বদি রামান্দি ধর্ম্ম নত্তবা) কৃষ্ণ ভক্তি কৌবা ধর্ম্ম লৌনখি। রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মখৈ ব্রাকোংহন্দুনা থিংখি। গৌর ধর্ম্ম চৎনবা হৌরকখি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা পানবা মতম শকাব্দাঃ ১৬৬৩ দগী হৌনা চৈরাওবগী নুমিৎ থাবানগা কোন্ননা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা শন্দোক্ল ইবা হৌরক্লন্লে।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদগী হায়বদি হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌখিবদগীনা চৈথারোল মশিং ২৫৭ শুব মোইরাং কোইরেংনা চৈথাবা কুম শকাব্দাঃ ১৬৬২ ফাওবদা শোক্কা কোন্ননা চৈথাবগী মিংতমক্ ইরম্মী। নুমিৎকা থাৱানগনি ইরমদে।

চৈথারোল ২৫৮ শুবা শকাব্দাঃ ১৬৬৩ দগীদি চৈরাওখিবগী নুমিৎ ১দি থাবান য়াওনা মচা খায়না ইরমলে। মদুদিঃ- কবো লাশোংগী কুম শক ১৬৬৩ শজিবু থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ২৪ নি নিংথৌকাবদা শজিফুগী পালোক ওইএ।

মথং চহিগী চৈথারোল ২৫৯ শুবদা শুগ্নু ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৬৪ শজিফু থাদি ইরাইনা হলএ। ৬ নি লৈবাকপোকপদা শজিফুগী পালোক ওইএ।

অসুম্না চৈরাওখিবা নুমিৎকা থবানগা কোন্ননা মচা খায়না চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা ইবা হৌরকখি। মরম অসিনা ঐখোয়না খংলে মদুদি ঃ- মণিপুরদা মৈতৈ ঐখোয়না চৈরাওরকখিবা নুমিৎ চহি খুদিংগী থাবান অমখক্তাদা চৈরাওরকখিদে। শাজিফু থাগী পানখৎলকপাদা

অমুক, মথং চহিদা থায়াইদা অমুক, মথং চহিদা থামৈদা অমুক চৈরাওরকখি।

শকাব্দাঃ ১৬৭০ দা কালেন থাগী ১০ নি পান্বা য়ুমশকৈশদা মহারাজনা মচা ইবুংঙো চিৎশাইদা ফম্বান শিন্নখি। মতম অদুদা নিংথৌমচা কাংবু খরনা গৌরিয়া চৎচবা খিবিকপু য়াম্না তাথিনা ওৎ নৈদুনা লাক্লখি। মতম অদুদা গৌরধর্ম্ম মপাঙ্গল শোলম্মী।

শকাব্দাঃ ১৬৭০ হিয়াঙ্গৈ থাদা গরিবনিৱাজ নিংথৌনা অৱাদগী হল্লকপদা নহাকপম থরোই, কৈত্রুনবা হিদং, অয়াংহনবম হোংবা ইরোম লানচিংবা, মখোয় মরিনা লুমদুনা লৈরগা লোন্না নিংথৌগী থৱাই মাংহনখি। পামহৈবা নিংথৌগী পুন্সি ৱারিদি য়াম্না শাংই লোইনা ইজদ্রে। মশাগী চহি ৬৩ দা নোঙ্গাখি , চহি ৩৯ নিংথৌ ওইরম্মী।

৫১। শকাব্দাঃ ১৬৭০ দা মৈদিংঙু চিৎশাইনা নিংথৌ ওইরে। মাগী মতমদা নিংথৌ গরিবনিৱাজনা চিংবা গৌরিয়া চৎপা মী কয়া তোফাং হিথাথেন মপান্দা হাৎখি। খুদক্তা য়ুহার হাখি। চিৎশাই চহি ৪ পালম্মী।

৫২। শকাব্দাঃ ১৬৭৪ দা মৈদিংঙু ভরত শাইনা নিংথৌ ওইরে। মাগী মতমদা আনন্ত শাইনা তোনফাং হিদেন্দা মপা ইবুংঙোগী লুঃ লৌরুই শ্রর্দ্ধ তৌরম্মী। ভরত শাইনা চহি অনি নিংথৌ ওইরম্মী।

৫৩। শকাব্দাঃ ১৬৭৫ দা মৈদিংঙু মোরাম্বনা হিয়াঙ্গৈ থাগী ২০নি পানবা নিংথৌকাবা ফম্বান কাখি। শক ১৬৮০ দা ঔৱাগা অকনবা লান থেংনখি। ঔৱানা ঙমদুনা ঔৱা নুমিৎ ৯ নি লৈরম্মী। মোরাম্বনা চহি ৬ নিংথৌ ওইরম্মী।

৫৪। শকাব্দাঃ ১৬৮১ দা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা শজিবুগী ৭ নি পান্বা শগোলসেন নুমিত্তা থৱানমিচাক পুষ্যানা পানবদা অখাম চনু

মহারানিগা কংলাফম্বান তোংখি। মাগী হাক্তগা শকাব্দা ১৬৮২ দা মৈতৈ লৈবাক্কী শক অমা লিংদুনা পাঞ্জী থোকএ। শক মহাক্তি ৯৭১ নে। সনা কোনুংগী পাঞ্জীবু লৌশান চাহনখি।

৫৫। শকাব্দাঃ ১৬৮৩ দা ব্রহ্মচারিবু তাংখমদা মনাইনা হাৎখি হায়দুনা কুম অদু চিংথংখোম্বা ফম্বান থাদোকখি। মদুদা মোরাম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওই। শকাব্দ ১৬৮৫ গী থবান থাগী ২৯ নি পাম্বা লৈবাকপোকদা মৈদিংঙু মোরাম্বা নোঙ্গাখি। ফম্বান্দা পুন্না চহি ৭ পালম্মী।

৫৬। শকাব্দাঃ ১৬৮৫ দা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা অমুক নিংথৌ ওইএ। শ্রীযুৎ ভাগ্রচন্দ্র মহারাজগী ইতিহাসদি য়াম্না চাওখ্রে মপুং ওইনা ইজররোই। শকাব্দা ঃ ১৬৮৬ তা ঔবাগী লানজাওদা নিংথৌ খাংবা ঙমদদুনা তেখাও লৈবাক য়ৌনা লানচেম্বগী বারী লৈখর। নিংথৌনা শামু ফাবগী বারী লৈখরে।

শকাব্দাঃ ১৬৯১ দা অবা লানগী ২ রক শুবা লাঞ্জাওদা ময়াং লৈবাক্তা নুমিৎ ২০ নি লৈরুবগী বারী ॥০॥ শক ১৬৯৮ দা হিয়াঙ্গৈ থাগী ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীগোব্দিবু অভিষেক তৌদুনা সেবা তৌখিবগী বারী। শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস কত্তুনা মণিপুরগী জগোই রাস হৌদোকখিবগী বারী। মণিপুরগী সঙ্কীর্ত্তন পালা নটকী ঈশৈ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকপিরম্বনি।

শকাব্দাঃ ১৭১৫ দা নিংথৌনা অঙম্বা খৈবিকপু কংলাদা শ্রীমদ্ভাগবত তাহনখি। লাইরিক থিবা অমা, হায়বা অমা, ২ ফম্বি লাইরিক অসি শ্রীযুৎ কার্ত্তা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরবা মতুংদা হৌদোকখিবনি। মদুদা লাইরিক তিখিবা খুন্দ্রাকপম দামু সিহং, লাইরিক হায়খিবা শ্রী পুখ্রম্বম শেলুংবা ওঝা অনি অসিনা নিংথৌগী য়াথংদগী ইহান হান্না পুথোকখি। শম্না হায়রবদা হৌজিক মণিপুরদা চৎনরিবা গৌরিয়া মৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি কর্ত্তা মহারাজগী মতমদা হৌদোকলম্বা মত্তনি।

মণিপুরগী জগোই রাস সঙ্কীর্ত্তন অমসুং নট পালাগী মহাসঙ্কীর্ত্তন তৌরিবা অসিগুম্বা অসি পৃথিবীগী মফম অমদা লৈতে, শকলিবা ঈশৈশিং অসিসু লাইরিক্লা লেংবা মত পুন্নমক য়েংলগা লাইগুন্নবা ওজাশিং অদুনা অমুক সাধক সিদ্ধক হাপচিন্দুনা ভজন শরনি পন্ঠদা শকলিবা শারিবা জগোইনি । মৈতৈগী নট কীর্ত্তন অসিদা তৌরমলিবা অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না তৌবা ঙাক্তনি। প্রমাণ লৈতবা অমসুং মপুকথোক্লা তৌবা অমত্তা নত্তে। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী লামাই ২৩ দগীনা ২৮ ফাওবদা য়েংলগা খংগনি।

(অরিবা পালা)- গরিবনিৱাজ মহারাজনা অরিবা নট পালা হৌদোকখি। নট পালা অরিববু বংদেশ পালা হায়না মিংথোনখিবগী ৱারী য়াম্না চাওনা লৈখ্রে। ঈশৈ হৌদোকপা ওঝাদি কোম্থৌজম ওঝানি হায়নৈ। পুংগী ওঝাদি ধনীরাম, ওঝা লাংলেনহনবা, ওঝা কিতন রাধা কীতনা রুপা ওঝা অসিনচিংবনা নট পালা অরিবা হৌদোকখি।

(নট পালা অনৌবা) - শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা নট পালা অনৌবা হৌদোকখি। মদুগী প্রমাণ শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকপিরম্বা রাস কির্ত্তন্দা মহারাজনা পুং থোন্দুনা, পুং তুংইনবা ঙাংবম ওজা প্রেমানন্দ, মতোন সবুংঙো ঙৌৱাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা শ্রীধর শাইনা দুহার চত্তুনা কীর্ত্তন নিপা পালা শকখি।

অসুম্না শ্রীগোবিন্দ নিরূপর তৌরবা মতুংদা নট পালা অনৌবা হৌদোকখি। ঈশৈগী রাগ রাগীনী হৌদোকখিবা ওঝা, আখাম ওঝা পুরেন রসানন্দ রাগ হৈবনা রাগ পুরুষ ৬। রাগীনী ৩৬ অসি ওঝা সিনতা শেম্বনি।

রাজমেনগী চোলোম গঠন হৌদোক্লম্বা শ্রীহাওরোকচম ওঝা অমসুং শোরোংখাইবম ওঝা শেংগুম্বা পুরেন অসিনচিংবা ওঝাশিংগী মমিং মানা মানা পুথোক্লম্বা ছন্দ পুথোক্লম্বা তান ওঝাশিংগী মমিংগা

কোন্নলা লৈরি।

রাগ রাগীনী ময়াম অসিনা রস ৬৪ থোক্লা শেমদুনা মণিপুরগী ওজা ৬৪ না ওঝা অমমমনা রস অমমম শক্লদুনা শ্রীগোবিন্দদা রস ৬৪ গী ঈশৈ ওঝা ৬৪ না শক্তুনা কৎখি। ওঝা ৬৪ গী মিং ৬৪ দু রসগা কোন্নলা লাইরিক্তা লৈরি।

মণিপুরগী জগোই জগোইরাসনা ঈশৈ নট পালা সঙ্কীর্ত্তন নচিংবা অসি অতোপ্পা জাতিশিংদগী পুংতোপ তোপ্পা মওংনি। ঈশৈগী ময়েক্তি বেঙ্গোলি সংস্কৃতিদগী ওইদুনসু ঈশৈগী রাগ রাগীনী সা রি গম গী সুর ছন্দ তান পুংলোন চোলোম গঠন করতাল মরোলনচিংবা পুন্নমক অসিদি মণিপুর ঐখোয়গী ওঝাশিং শ্রীকৃষ্ণগী পৃপা ফংলবা লাইগুন্নবা ওঝাশিংনা শেমলম্বা তোপ তোপ্পা জগোই ঈশৈনি। সঙ্গীত মণ্ডলগী আধুনিক্কী ছন্দ সুর তান সা রি গমগী মওংগসু মান্নদে। পৃথিবীগী কালাকার অদৈগা মান্নদে, ময়াংনসু নট কীর্ত্তন জগোসরাস অসি হৈতে। মরম সিনা ময়াংদগী তম্লুবসু নত্তে।

তশেংনা হায়রবদা মণিপুর ঐখোয়গী পুং ঈশৈ জগোই নট সঙ্কীর্ত্তন অসি অতৈ জাতি অমদগী তম্লুবা লৌরুবা নত্তনা মরিপুর গৌরদর্ম্ম চৎপশিংগী তশেংবা মপোৎ মরন্নি। মণিপুরদা লৈবা মী ওইদুনসু হায়রিবা ঈশৈ জগোইশিং অসি গৌরধর্ম্ম চত্তবা মীগীদি মহাক্কী সরুক য়াওদে মাগী মপোৎ নত্তে হায়বা য়াই।

মরমদি মণিপুরদা থাইনদগী লৈরক্লবা মী ওইদুনসু গৌরধর্ম্ম চত্তবা খুরুখুল, সেকমাই, ফয়েংনচিংবা গৌরিয়া তৌদবা মখোয়শিং অসি নট সঙ্কীর্ত্তন পালা য়াওবা হৈতে। মরম অসিনা মণিপুর গৌরধর্ম্মগী তশেংবা মপোৎ মরন্নি।

গৌরধর্ম্ম চৎপা ওইদুনসু নোংচুপলোমগী ময়াংশিংগী বেঙ্গলিশিংগী মপোৎ মরনসু নত্তে। মরমদি ময়াং অমতনা নট সঙ্কীর্ত্তন

পলা য়াওবা হৈতে ঙমদে। মরম অসিনা মণিপুরগী পুং ঈশৈ জগোই অসিদি মণিপুর গৌরধর্ম্মগী মপোৎ মরন অশেংবনি।

মরিপুরদা লৈবা মীওইনা হান্না গৌরিয়া তৌদবা ওইরবসু পানা থোক্কুনা গৌরধর্ম্ম চৎলবদি নট সঙ্কীর্ত্তন্নচিংবা পুং ঈশৈ জগোই মহাক্কীসু শরুক অদুম্মক য়াওরে। ঈশৈ অসি মৈতে গৌরধর্ম্মগীদমক শেম্বনি। ঈশৈ অসি শকপা মফমদি শ্রীকৃষ্ণবু, শ্রীগৌরাঙ্গবু, শ্রীগোপালদেববু পূজা তৌবা মফম, মনম নুংশিংবা লৈ তুলসী পত্র ঘী বর্ত্তী মনম নুংশিবা ধুপ দ্বীপনা ইরাৎপূজা তৌবা মফমদা নট সঙ্কীর্ত্তন অসি শক্লরকই।

তাইরেন মনানা পুংফাইনা লাংথ্রেনা খোইরু থাংমৈনা ইরাৎ পূজা তৌবা মফম, উমংলাইগী মফমদা লাই হরাওবগী লাইফমদা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ অসি শকপা শোম্বা চৎনরকখিদে। মরম অসিনা মণিপুরগী পুং ঈশৈ জগোই অসি মণিপুর গৌরধর্ম্মগী মপোৎ মরন অশেংবনি।

অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা ভারতকী মনুংদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপ কয়াগী মনুংদগী মণিপুরগী গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা খ্বাইদগী থাক ৱাংবা অথোইবা, খ্বাইদগী ফজবা লু হেনবা অথোইবা ওইরি হায়বা য়াই। হৌজিক ফাওবদসু মণিপুরগী জগোই ঈশৈনা ভারত অমদি পৃথিবীদা অথোইবা মিংচৎ ওইরি। মীরৈবাক মচাশিংনা মণিপুরগী গৌরিয়া ধর্ম্মবু অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না ইকাই খুম্নবা উৎলি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী পুন্সি ৱারীদি য়াম্না শাংই অতৈদি ইজদরে।

শকাব্দা ঃ ১৭২০ গী লাংবন থাগী ৩ নি পাম্বা নুমিত্তা শ্রীশ্রীযুক্ত মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ)নোঙ্গাখি। শ্রীযুক্ত কার্ত্তা মহারাজ ফম্বান্দা চহি ৪০ পালম্মী। মহাক্না হৌদোক্লম্বা নট সঙ্কীর্ত্তণ, জগোই ঈশৈ অসি হৌজিক ফাওবদসু ওজাশিংনা অনৌবা ফজবা হাপকত্তুনা

শক্ল শোন্নরি। মসি লাইরিক ওইনা ইশিন্দুনা লেংদনা থম্লে। লাইরিক অদুগী মরু ওইবা খরদং থমজরি।

অইবা কোঞ্জেংবম ধন সিংহ।

## শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ

পুং ঈশৈ, জগোই, রাস, নট পালাগী কীর্ত্তণ, লাই হরাওবা অমসুং ত্রাইবেলগী জগোইনচিংবা মণিপুর অমদি ভারতকী মফম পুম্নমক্তা শারিবা জগোই শক্লিবা ঈশৈ পুম্নমক অসিগী হৌরকফমদি মফম অমতদগী হৌরকপনি হায়রি। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী লামাই ২ দা।

ব্রহ্মানা সৃষ্টী লোইরবদা লাই পুম্নমক্না হায়জে; লাই অমসুং মী, ক্ষেত্রি, বৈশ্য সুদ্রনচিংবা পুম্নমক্না নুংঙাইবা য়াবা কুম্মৈ অমা শেম্বীয়ু। অসি হায়জরবদা ব্রহ্মানা নাট্য বেদ শেমই। পৃঃ ৩।

ব্রহ্মাগী নাট্য বেদ জগোইবু মচানুপা ভরত্তা তম্বীদুনা ভরতনা অপ্সরাশিংগা লোইননা মহাদেবগী মমাংদা শাবা অদু উরগা মহাদেবনা উদ্ধ্যত কৌবা জগোস শাদুনা মনাই তণ্ডুদা তম্বী। মদু ভরতনা তণ্ডুদগী তম্লগা মুনিশিংদা তম্বীখি, মুনিশিংনা মদু ভারততা মথং মথং শন্দোকখি। পৃঃ৩।

পাৰ্ব্বতীনা লাস্যগী জগোই শাখি। মদু বান নিংথৌগী মচানুপী উষাদা তম্বিখি। উষানা দ্বারিকাগী নুপীশিংদা তম্বীখি। দ্বারিকাগী নুপীশিংনা সৌরাষ্ট্রগী নুপিশিংদা তম্বীখি। সৌরাষ্ট্রগী নুপীশিংনা ভারতকী নুপীশিংদা তম্বীখি। অসুম্না মহাদেবগী তাণ্ডব জগোই পৃথিবীদা লাকখি। তাণ্ডব জগোই মখল ২ থোক্লা খায়দোক্তুনা পৃথিবীদা শন্দোকখি। দেশী জগোই কৌখি। ব্রহ্মানা হান্না পুথোকখিবা নাট্য বেদ জগোয় অদুদি স্বৰ্গগী লাইশিংনা শাখি মদুবু মার্গ কৌখি। পৃঃ ৪।

পার্ব্বতীনা তন্বীবা লাস্য জগোয়না নুপীশিংনা শারিবা জগোই অসিনি। নুপাশিংনা শারিবা জগোয়না মহাদেবগী তাণ্ডব জগোয়নি। অসুম্না জগোয় অনি অসিনা পৃথিবীদা শন্দোকখি।

## মণিপুর জগোয়

মণিপুরগী অহানবা জগোয়দি লাই হরাওবনা হাল্লি। মদুগীসু প্রমাণগা লোইননা মখাদা ইজরি। পৃঃ ১৫।

মণিপুরগী অহানবা নিংথৌদি চিত্রবাহননি। মহাক্কী মমিং প্রভঞ্জনসু কৌই। নিংথৌ অসি উমাপতি মহাদেববু পুজা তৌই। মহাদেবগী বরদগী চিত্রসেন পোকই। চিত্রসেন্না চিত্রঙ্গাদা পোকই। চিত্রঙ্গাদাবু অর্জ্জুননা লৌদুনা বভ্রুবাহন পোকই। বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। চিত্রঙ্গাদা জগোয় হৈবিনি। মপা মপুদগী হৌনা মহাদেব পূজা তৌরকখি অদুনা মহাকসু মহাদেব পূজা তৌবনি। মথক্তা পৃথিবীগী জগোয় অসি মহাদেবগী তাণ্ডব দুর্গাগী লাস্য জগোয়না পৃথিবীদা শন্দোকখিবগী ৱাফম ইজখ্রে। মরম অদুনা লাই হরাওবা জগোয় চিত্রঙ্গাদানা হৌদোক্লম্বনি।

মচানিপা বভ্রুবাহন্না ব্রাহ্মনগা লোয়ননা মপাদা শগোল কৎলুবদা অর্জ্জুননা হায়খি। নংদি জগোয় শাবীগী মচানি নঙক্তা মাদল কৌবা পুং থাংজিল্লু জগোয় শাও হায়খি। ৱাহে অসিনা, মতম অদুগী মাদল কৌবা পুং অমসুং ব্রাহ্মণসু লৈরে হায়বা তাক্লে। মসি মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বদা হায়বনি। মতৌ অসুম্না মপা মচা লান তৌরে। অর্জ্জুন শিরে, অর্জ্জুন শিবদা কুন্তীগী মমংদা ফাওই। কুন্তিনা কৃষ্ণদা তম্মী, করি হায়না তম্মী, অর্জ্জুনগী মশাদা থাও তৈশিল্লগা লৈ অঙাংবা পরেং শিদুনা উট তোংদুনা মখারোমদা পাংনা চৎখি হায়না কৃষ্ণদা তম্মী পৃঃ ১৫।

কৃষ্ণনা অর্জ্জুন শিরে খংলদুনা কুন্তীনে, ভীমনে, সুভদ্রানে, দেবকীনে গরুর তোংদুনা মণিপুরদা লেংলকই। অর্জ্জুন্না তুবা নুমিৎ

কার্ত্তিক্কী শুক্লা নবমীদনি। শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্লে অর্জ্জুন হিঙ্গৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা চিত্রাঙ্গাদা নংনা পাম্বা বর অমতং নিজৌ হায়বিরবদা চিত্রাঙ্গদানা, ইবুংঙোগী চুড়া ধারানা লৈতেংবা বনমালা থোনবা বৃন্দাবনগী সখাশিংগা লোইন্ননা ষণ শেনবা রূপ অদু অমুক্তং দর্শন ওইজগে পিনবিয়ু হায়জরবদা শ্রীকৃষ্ণনা নোংপোক ফুরাচীংদা হায়রিবা মুর্ত্তি অসি দর্শন পিবিখি। নোংপোক ফুরাচীং হায়বদি নোংমাইজিং চীংবুনি হৌজিক ফাওবা ফুরা অদু লৈরি অমসুং নোংমাইজিং চীংদা "শম্হোক" হায়দুনা শল থোকই হায়বা মফম অদু লৈরি। মসি মৈতৈ পুরান খুম্হোক লৈশেমলোনদা হায়বনি। খুম্হোক লৈশেমলোন হয়বা পুরান অসি হরিচক হায়বদি সত্যদগী হৌনা লৈরক্লবা পুরান্নি। শ্রীকৃষ্ণনা মণিপুরদা লেংলকই হায়বগী শাস্ত্রগী প্রমাণ অশ্বমেধ পর্ব্বদ য়াওরি মদুদি মখাগী অসিনি। পৃঃ ১৬।

আজগামাথ গরুড় স্তমারুরো জগৎপতি ঃ।

কুন্তংচ মাতরং ভীমং দেবকীং গোপ কন্যকাং।

সমারোপ্য যযৌ তত্র যত্রাস্তে পতিতোহর্জ্জুনঃ।

মসি খংদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখিবা কার্ত্তিক্কী শুক্লা দ্বাদশিদা অভিশেক তৌখিবনি। মসিগী ৱারী মণিপুর ইতিহাসদা লৈপ্রে।

মরম অসিনা মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা পুং ঈশৈ নট পালা সঙ্কীর্ত্তন জগোয় রাসনচিংবা পুম্নমক অসি গৌরধর্ম্ম চৎলবা মতমদা লাইগুম্বা ওঝাশিংনা শেল্লম্বা তোপ তোপ্পা জগোয় ঈশৈনি। মসি অতৈ জাতিশিংদগী তম্লুবা লৌরুবা নত্তে কনাগীসু মপোৎ নত্তে। মৈতৈ গৌরিয়া চৎপশিংগী তশেংবা মপোৎ মরন্নি। সংস্কৃর্ত্তন বেঙ্গলিগী লাইরিক্তগী লৌথোকউবা ওইদুনসু ছন্দ, সুর, তাল, মাত্র পুংলোন চোলেম গঠন রাগ রাগীনীগী সুরনচিংবা পুম্নমকশিংসি মৈতৈ গৌর

ধৰ্ম্মগী তোপ তোপ্পা মপোৎনি।

পৃথিবীগী মফম অতৈদা শক্লা শোন্নরিবা ঈশৈ, শানরিবা জগোয় অসিদগী মৈতৈ গৌরিয়াগী ঈশৈ জগোয়না ইতোপ তোপ্পা অদুম্মক লাকখি।

অদুবু হায়রিবা ঈশৈ জগোয় অসিবু মতমগী য়াওন মতুংইন্না হান্নদগী অনৌবা মওং ফজবা লৈথেৎ হাপ্তুনা চৎনরকখি। মৈতৈগী লাই হরাওবগী জগোয় নারদকৃত সঙ্গিত মকরন্দাদা য়াওই। পেনা হায়বা যন্ত্র অসি বিনা পেনা। সারঙ্গ দেবকৃত সঙ্গিত রত্নাকরদা পিনা কী বিনা কৌই। মৈতৈগী অসিগুম্বা লাই হরাওবগী ঈশৈ জগোয় অসি হৌজিক্কী ওঝাশিংনা হান্নদগী অনৌ অনৌবা রচনা তৌদুনা মমাংঙৈদগী অফবা হেনগৎপা অমনি। য়াম্না ফবনি হায়না লৌগনি। মদুদি কালিদাসকী শ্লোকনা হায়রি - (পুরাণ মিত্যেবন, সাধু সৰ্ব্বন, শ্চাপি কাব্যং নবমিত্যবদ্যম। অন্তঃ পরিক্ষন্যে তবদ্ভজনে মুঢ়পর প্ৰত্যয়নেয় বুদ্ধি।)

মণিপুরথিবা পৃঃ ৮২

অৰ্থ - অরিবনি হায়বা মখৈ লোইনা ফবা নত্তে, অনৌবনি কাব্যনি হায়বগী লোইনা ফত্তবা নত্তে। অরিবা ওইদুনসু তারিবা য়েংলিবা ভাবোক্কী পুক্লিংবু নুংঙাইহন্বা ঙমদবা অদু ফবা নত্তে। অনৌবা কাব্য ওইদুনসু মীগী পুক্লিংবু সুক্ষ্মৎপা মখৈ নুংঙাইহন্বা ঙম্বা অদু লাইগী য়াথংনি খন্দুনা অচুম্বা ওইনা লৌগনি। পৃঃ ২০।

## মণিপুর রাস

শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা রাসগী জগোয় অদুদি মহাদেবগী তাণ্ডব জগোয়সু নত্তে। পাৰ্ব্বতীগী লাস্য জগোয়দুসু নত্তে। থাঙ্গৈংশেংবা মাগগী জগোয় শান্নখিবনি।

মহাদেবনা মণিপুরদা রাসলিলা শানৈ হায়বা অদুদি মৈতৈলাইহরাওবা হায়বা জগোয় অদুনি। লাইহরাওবগী জগোয় ঈশৈদা, অসিবু হেন্না হরাওবা লৈবনে হায়বা প্রমাণ লৈবা ঈশৈনা তকপা, অসিদগী হেনবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লিলা হায়বা অমা লৈবনি হায়না লৌফম থোক্লে। পৃঃ ৪৬।

মরিপুরগী রাস কীর্ত্তন অসিদি থাঙ্গৎশেংবা, শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা, মহাক্কী হৃদি বৃন্দাবন্দা শান্নবা, শ্রীকৃষ্ণনা শাক্ষাৎনা তাক্কুনা হৌদোকলম্বা, রাস কীর্ত্তননী। অতৈদা লৈতে।

মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবা মতম অসি মমাংঙৈদা অর্জ্জুন তুবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ভীম, কুন্তী, সুভদ্র, দেবকীগা লোইননা মণিপুরদা থুংলবা নুমিৎ অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অদুগী নুমিৎ থাবান অদুমক্তদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌই।

শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোক্লম্বা রাসবু মণিপুর রাস কৌই। ভঙ্গি জগোয় শারবতদা রাস কৌই ভঙ্গি শাদ্রবদি মণিপুর রাস কৌদে। অসিগুম্বা কুঞ্জরাস মহারাজ, বসন্তরাস অহুম অসি শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎলম্বনি।

মণিপুরগী জগোয় হায়বা অসিদি শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা রাসলিলা জগোয় অদু শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা শ্রীগোবিন্দনা তাক্লগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অমুক শ্রীযুক্ত ওঝা রূপানন্দনচিংবদা তাক্লগা শ্রীরূপানন্দ জগোয় হৈবা ওঝানা জগোয়গী ওঝা ওইদুনা তম্বীরগা শ্রীগোবিন্দদা জগোয় রাস কৎখি। পৃঃ ৬৪।

## পৃথিবীদা জগোয় ঃ

হৌজিক পৃথিবীদা ফাওরিবা জগোয় মরি শুরি। মদুদি ভারত নাট্যম, কথাকলি, কথক অমসুং মণিপুরী জগোয় মরি অসিনি।

(১) ভারত নট্যম - তামিলনা ভারত নাট্যম জগোয় শাবা হাল্লি।০।

(২) কথাকলি - কনারিসনা কথাকলি জগোয় শাবা হাল্লি।০।

(৩) কথক জগোয় হায়বা অসিদি কেরেলাদা পোকপা বলাখোন কৌবা কবি অমনা লঙ্কাগী কণ্ডীয়ন কৌবা রাক্ষস মুদ্রাদগী জগোয়দু লৌরুরগা সেতুবন্ধ রোমদা ত্রিপঙ্কুরদা কথক জগোয় হৌদোকখি। উত্তর ভারতনা কথক জগোয় শাবা হাল্লি। মসিগী অশেংবা প্রমাণ লাইরিক লৈ। পৃঃ ৬৪।

(৪০) মণিপুরী জগোয়গী মরমদা মথক্তসু হায়খ্রে। মণিপুরগী জগোয় রাস অসিদি পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতে, তশেংবদি শ্রীবৃন্দাবন্দ শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা রাস লিলা জগোয় অদু শ্রী জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ দা শ্রীগোবিন্দনা তাক্লগা নিংথৌনা শ্রীযুক্ত ঙাংবম ওঝা রুপানন্দনচিংবদা তাক্লগা, ওঝানা তম্বীরগা শ্রীগোবিন্দদা জগোয় রাস অসি কৎখি।

মসিনা অহানবনি নট পালা সঙ্কির্ত্তন অনৌবসু মতম অসিদা হৌদোকখিবনি। অদুনা হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা শক্ল শোন্নরিবা নট পালা সঙ্কীর্ত্তন অসি গৌর ধর্ম্ম চৎলবা ওঝাশিংনা হৌদোকপিরম্বনি।

অদুগুম্বা ওঝাশিংনা হৌদোকপিরম্বা অসিসু পুকথোক্কী নত্তে। বেদ শাস্ত্রগী মট কয়াদগী লাইরিক্তগী লৌথোক্লগা শেমদোকপিরম্বা ঙাক্তনি। পুংগী, ঈশৈগী, রাগ, ছন্দ, তাল, মাত্র, চোলোম, গঠননচিংবা পুম্নমক শাস্ত্রদগী লাইরিক য়েংলগা ওঝাশিংনা পুথোকপিরম্বনি। ওঝাশিংগী পুকথোক নত্তে। পৃঃ ২৫। অসিনি মণিপুরগী জগোয় গী হৌরকফম।

৫৭। শকাব্দাঃ ১৭২০ দা মৈদিংঙু লোইরেন খোম্বনা

(লাবন্যচন্দ্র) না নিংথৌ ওইরে। মশাগী চহি ৪৪ দা ফম্বাল কাইএ। শকাব্দাঃ ১৭২২ দা পোইনুগী ২৭ নি পাম্বা থাংজদা মশাগী চহি ৪৬ তা নোঙ্গাখি , চহি ৩ পাল্লম্মী।

৫৮। শকাব্দাঃ ১৭২২ দা মৈদিংঙু তমলেন খোম্বা (মনাও ইবুংঙো) মোদুচন্দ্রনা মশাগী চহি ৩৬ শুবদা পোইনুগী ২৭ নি পাম্বা থাংজদা ফম্বান কাই। মহাক চহি ৩ নিংথৌ ওইরবা মতুংদা শকাব্দাঃ ১৭২৫ দা ময়াং লৈবাক্তা চৎখি।

৫৯। শকাব্দাঃ ১৭২৫ দা মৈদিংঙু ৱাইরং পামহৈবনা নিংথৌ ওইরে। "মহাক মধুচন্দ্রগী মনাওনি চৌরজিৎ যুবরাজনি"। মশাগী চহি ২৭ শুবদা ফম্বান কাই। চৌরজিৎ মহারাজগী হাক্তক্তা শকাব্দাঃ ১৭২৬ তা ময়াম্বা মধুচন্দ্রনা ময়াং লান্মী কয়া পুরক্তুনা ময়াংগা মৈতৈগা য়াম্না কন্না লান শোক্লখি । ময়াং লান্মী ১০০ হাৎখি অচংবা ৬০০ ফাহৌই। নবোৎ কৌবা পুংলোন য়ৈবা কুম অদুদগী হৌখি।

শকাব্দাঃ ১৭২৮ দা মনাও ইবুংঙো মারজিৎ যুবরাজগা নিংথৌ খুভম মুন্নবদগী অকনবা লান থেংনখি। মারজিৎ অৱাদা চেনখি। শকাব্দাঃ ১৭৩৫ দা লমতা থাদা শ্রীমারজিৎ যুবরাজগা অমুক হন্না লান থেংনবদা মারজিৎনা ঙম্লে। চৌরজিৎ (ৱাইরং পামহৈবা) ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। মহাক মণিপুরদা চহি ১০ নিংথৌ ওইরম্মী। চৌরজিৎ শকাব্দাঃ ১৭৪৯ দা নবদ্বীপ্তা নোঙ্গাখি।

৬০। শকাব্দাঃ ১৭৩৫ দা মৈদিংঙু মারজিৎনা নিংথৌ ওইরে। ফম্বানগী মিংনা " নোংপোক ৱাইরং পামহৈবা" কৌই। মশাগী চহি ৩৪ শুবদা লমতাগী ১৭ নি পাম্বা যুমশকৈশা নুমিত্তা ফম্বান কাই। শক ১৭৪১ দা পোইনু থাদা অৱা লান লাক্কুনা শোক্লবদা লৈবাক কায়দুনা মারজিৎ নিংথৌ ময়াং লৈবাক্তা চেনখরে। মহাক চহি ৭ পাল্লম্মী।

অসুম্না মারজিৎ নিংথৌ ময়াং লৈবাক্তা চেনখ্রবদা মণিপুর অসি চহি ৭ নিংথৌ ৭ না পাল্লম্মী। মদুবু চহি ৭ খুন্তাকপা কৌনখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা পাম্বা নিংথৌ ৭ কী মমিং মখাদা থমজরী।

## চহি ৭ খুন্তাকপা

৬১। শকাব্দাঃ ১৭৪১ দা হেরাচন্দ্র (তাকুনিংথৌ) চহি ১ পাল্লম্মী।

৬২। শকাব্দাঃ ১৭৪২ দা যুমজাওতাবনা নিংথৌ ওইরে চহি অমা পাল্লম্মী।

৬৩। শকাব্দাঃ ১৭৪৩ দা গম্ভিরসিংহনা নিংথৌ ওইরে। চহি তংখাই (থা ৬) পাল্লম্মী।

৬৪। শক ১৮৪৩ দা জয়সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মহাক অসি অৱা নিংথৌনা থারক্লুনা ওইহল্বনি। শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহদি ময়াং লৈবাক্তা চৎখি। শকাব্দাঃ ১৭৪৪ দা জয়সিংহ থৱান থাদা অৱানা কৌশিন্দুনা অৱাদা চৎখি। জয়সিংহ চহি অমা পাল্লম্মী।

৬৫। শকাব্দাঃ ১৭৪৪ দা হিয়াঙ্গৈ থাদা যদু সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনখি। মশাগী চহি ৩৩ দা ফম্বাল কাই, ফম্বাল মিংনা নোংপোক চিংলেন খোম্বা কৌই। শকাব্দাঃ ১৭৪৫ দা মেরাগী থাশি নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চিংলেখোম্বা মশাগী চহি ৩৫ দা নোঙ্গাখি। চহি ১ পাল্লম্মী।

৬৬। শকাব্দাঃ ১৭৪৫ দা হিয়াঙ্গৈগী নোংমা পান্বা নিংথৌকাবদা মচাইবুংঙো রাঘবসিংহনা মশাগী চহি ১৬ তা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৭৪৬ কী ৱাকচিং থাদা নিংথৌ খুভম থারগা অৱাদা চংখি। রাঘব

সিংহ চহি অমা খরা হেন্না নিংথৌ ওইরম্মী।

৬৭। শকাব্দাঃ ১৭৪৬ কী লমতা থাদা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংচুপ লমগাই ঙম্বা (ভদ্রসিং) না মশাগী চহি ৭১ শুবদা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৭৪৭ কী কালেন থাদা শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ থোক্লক্তুনা মণিপুরদা লৈরম্বা অৱা ময়ামগা লান থেংনবদা মৈতৈনা ঙমদুনা অৱা মখৈ চেনখ্রে, খরসু ফাহৌই। ফাহৌবদি শমশোক নিংথৌগা, চৌরিখম কালেন পানে অনি অসিনচিংবা মী ২৪ ফাহৌই। ভদ্রসিংহ "পোংচুপ লমগাই ঙম্বা" চহি ১ পাল্লম্মী। মশাগী চহি ৪৭ শুবদা শকাব্দাঃ ১৭৪৭ তা নোঙ্গাখি।

মথক্কী নিংথৌরোন ৬১ শুবা হেরাচন্দ্রদগী - নিংথৌরোন ৬৭ শুবা ভদ্রশিং ফাওবা নিংথৌ ৭ অসি চহি ৭ খুন্তাকপগী নিংথৌনি।

৬৮। শকাব্দাঃ ১৭৪৭ কী কালেন থাগী ২৬ নি পাম্বা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ "চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা" মশাগী চহি ৩৯ দা ফম্বান কাদুনা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৭৫০ দা ওখ্রুল লমগী হাওখুল কয়াগা লান থেংনৈ, লান লোইনমক ঙমদুনা হাও য়াম্না ফারকখি। শকাব্দাঃ ১৭৫১ দা পুকুত্তুনা মী য়াম্না শিখি।

শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা লৈশাংখোং থিঙেন কাইবদা য়াইরিপোক থম্বালনু কৌবী লুখ্রাবী মচা লৈশাবী অমা থিঙেন থিংবদা হাপখি। শকাব্দাঃ ১৭৫৫ গী পোইনু থাশি শগোলশেন নুমিত্তা মশাগী চহি ৪৭ শুবদা শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ নোঙ্গাখি। চহি ৯ নিংথৌ ওইরম্মী।

৬৯। শকাব্দাঃ ১৭৫৫ গী পোইনু থাশি শগোলশেন নুমিত্তা মশাগী চহি অনিদা ঙাইরিবা চন্দ্রকির্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্লি। গম্ভিরসিংহগী মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা লৈবাক ঙাকই। শকাব্দাঃ ১৭৬১ ইঙেনগী ৫ নি পাম্বা নিংথৌকাবা নুমিত্তা লাইরেনলাকপা চাওবা পাঞ্জিগী মফমদা অঙাং ওইরিবা নিংথৌনা অঙকপা ৱা হংখি।

মদুদি - মমাংঙৈদা ফংখিদ্রিবা কামধেনু ষন্বীবু ময়াং লৈবাক্তগী লাক্লে হায়বা পাও তাবা ফংই। মসিবু চুম্বরা কৈদৌঙৈ য়ৌরক্কনি ? পাঞ্জিনা খুদক্তা সনা মাংদা হোৎলগা খুমজরকখি।

ইনিংথৌ ইবুংঙো, নিপাননি পান্বা ইরাই নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমা তাখ্রগা মতুংদগী পুং অনিগী মনুংদা শ্রীযুৎ স্নাখ্বানা উবা ফংবীগনি। হায়রিবা নুমিৎ অদুগী হায়রিবা পুং অদু কাইদনা ষন্বী অদু থুংলখি। শ্রীকামধেনু সঙ্গোম শুমদুনা লৌরগা শ্রীগোবিন্দজী অমদি শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রদা কৎলগা; নিংথৌ প্রজা ময়াম প্রসাদি খর খর ফংনখি।

শকাব্দাঃ ১৭৬৫ দা পোইনুগী ৮ নি পান্বা থাংজ নুমিৎকী সন্ধ্যা মতমদা লাই খুরুমলিঙৈদা শ্রীনরসিংহবু অমম্বদা নবিননা থাংনা য়ানলি। ৱাথোক অদুগা মরি লৈনদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি, মমা শিজগা ময়াং লৈবাক্তা চেনকি। শ্রীগোবিন্দদগী থৌজালনা নরসিংহ য়াম্না থিনা শোকপা তৌকিদে। চন্দ্রকীর্ত্তি চহি ১০ নিংথৌ ওইরম্মী।

নিংথৌ পান্দ্রবদা ব্রহ্মণ বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রি প্রজা মীয়াম পুম্নমক্না ফম্বান হাংফদে নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জবদগী নরসিংহনা য়াবিরকখি।

৭০। শকাব্দাঃ ১৭৬৫ দা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজ ৱাকচিং থাগী ১৯ নি পান্বা শগোলশেন নুমিত্তা মশাগী চহি ৫১ দা নিংথৌ ওইরে। শকাব্দাঃ ১৭৭১ দা হিয়াঙ্গৈগী ৫ নি পান্বা নোংমাইজিং নুমিত্তা ৱাপকাইদা ময়েংবা কৈঙম্না লূ-থুম্বদা শরেং মৈরোংবা অমা চংলম্মী। হাৎতোক্লগা তুংগোন্দা হাপ্লি, শরেংনা ৱা ঙাংলকই। কৈঙম, নংনা ঐবু চাগে নিংলি, ঐদি য়োইমোংবা তাওথিংমাংনে।

কৈঙমনা ঐদি খংদদুনা চৈ থারুরে ঙাকপিয়ু হায়জরবদা, শরেংনা হায় নং কিগনু করিসু তৌরোই, নবুংঙোদা হায়রু লৈবাক নিংথৌগী নুংঙাইনবা ইরাৎ থৌনিজৌ হায়রম্লগা ঈশিংদা চোংথখি। অসি

হায়না মহারাজদা হঙ্গৎখি। কুম অদুগী শজিবুগী ২৮ নি পাম্বা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মৈদিংঙু লৈরেন নোংলেন সেন্ত্রেং মনিক খোম্বা "নরসিংহ মহারাজ" মশাগী চহি ৫৮ চংবদা নোঙ্গাখি। ফম্বানদা চহি ৬ নিংথৌ ওইরম্মী। মথংগী নুমিৎ ২৯ নি পাম্বা শগোলশেন্দা শজিবু চৈরাওই। ৩০ নি থাশি নুমিৎ ইরাইদা শচিপোইকী পালোক ওইএ (চহি হৌই) নোংমা পাম্বা থাংজদা মলমাস গী কালেন হৌই। মথং ২শুবা কালেন অশেংবা নোংমা পাম্বদা নোংমাইজিং ওইএ।

৭১। শকাব্দাঃ ১৭৭১ গী চহিগী অরোইবা থা শজিফুগী ২৮ নি পাম্বা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নোংঙানগদবা পুং ৩ ৱাৎলিঙৈদা নরসিংহ মহারাজনা নোঙ্গাখি। খুদক্তা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহ যুবরাজনা মশাগী চহি ৪৭ তা নিংথৌ ওইরে।

দেবেন্দ্র সিংহ ফম্বান মিংদি নুংলেন খোম্বা কৌই। নিংথৌ ওইবা থা ৩ শুবদা ময়াং লৈবাক্কুগী নিংথেম চন্দ্রকীর্ত্তিনা লান হৌরক্লুনা অহিং ৩ লাল থেংনবদা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা লাল ঙমদুনা মৈদিংঙু নুংলেনখোম্বদি ময়াং লমদা চেনখিএ। ফমবান্দা থা ৩ পালম্মী।

৭২। শকাব্দাঃ ১৭৭২ দা ইঙেন থাগী ৩ নি পাম্বা ইরাই নুমিত্তা মৈদিংঙু জয়মান চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মশাগী চহি ১৯ দা অমুক হন্না নিংথৌ ওই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকতক্তা মেরা থাগী দুর্গা পূজা ক্বাক যাত্রা (ক্বাক তাম্বা) নৌকাখেলানচিংবা মখন মখনগী কুন্ধে মৈতৈ লৈবাক্তা হৌদোকখি। ইঙেন থাদা কাংচিংবসু খুঙ্গং লৈকায় খুদিংদা তৌনরকখি।

থৱান থাদা মাগুব খুদিংদা ঝুলোন পেরে কাপ্পা, ঝুলোনগী ঈশৈ নুপাপালা নুপীপালা লিংখৎনদুনা শকপা শোনব, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মাগী মতমদা তৌরমদবা থৌরম কয়া অমসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ময়াং লৈবাক্তা চহি ৬/৭ লৈরুরবগী মতুংদা অমুক হন্না নিংথৌ ওইরবা মতমসিদা ধর্ম্ম কর্ম্ম লাইগী থৌরম কয়া অমা মণিপুরদা অনৌবা মতৌ

হান্নগীদা হাপচিল্লগা চৎনরকখি।

মহৌশা হিয়াঙ্গৈগী নিনি পান্বদা তৌবা থৌরম (ভ্রাতৃদ্বিতীয়া) মবুং-মৌপৱা নিঙোন্না চাক্কৌবা অদু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকতক্তা নিঙোনবু পিবানা চাক্কৌবা মণিপুরগী মখে ওনথোকখি। ময়াংগীদি হৌজিকসু পিবাবু নিংঙোননা অদুমমক কৌরি।

শকাব্দাঃ ১৭৮৪ দা ময়াং লৈবাক্তগী পৈশা চৎনৌ হায়দুনা পিরকখি। মদুদা চৎনরোই হায়দুনা হন্দোকখি। মতম অদু মণিপুর অসি নিংখা - তম্বা ওইরি কনাগী মখা পোল্লমদে। মতম অদুদী মৈতৈ ঐখোয়গী শেনখাই কৌবা সেন চৎনরম্মী।

শকাব্দাঃ ১৭৯০ দা ৱাকচিংগা ফাইরেনগা লোন্নবদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা নুমিৎ ৮ নি চুপ্পা (ভুমী কম্প) য়ুহার হাখি। মী কয়া শিখি য়ুমকৈ কয়া মাং তাকখি। শকাব্দাঃ ১৭৯১ দা ময়াং সাহেপশিংগা কাংজৈ শান্নে মণিপুরনা অনিরক থোইএ। পাঞ্জন ১৩ গী মনুংদা সাহেপ্প া অমুক্তসু চম্বা ঙমদে। হায়বদি পাঞ্জন ১৩-০ দা মণিপুরনা থোইখি।

শকাব্দাঃ ১৭৯৬ কী ইঙেন থাদা লাট সাহেপ্পা কৌদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ জিলা দারবার চৎলুই। শকাব্দাঃ ১৭৯৮ দা ইঙা থাদগী মেরা ফাওবা থা ৫পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিখি। জিলা দারবারগী ৱারী য়াম্না শাংই, লাইরিক অসি চাওমনখ্রগনি খনবদগী শন্দোক্না ইজদরে।

শকাব্দাঃ ১৭৯৯ দা মৈতৈ প্রজা পুম্নমক্কী ষণ সঙ্গোল শাদুনা লাংবন মেরাদগী ষণ পুনহনখি। শকাব্দাঃ ১৮০৮ দা কালেনগী ১৭ নি পান্বা শগোশেন নুমিত্তা মৈদিংঙু নাওজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা "চন্দ্রকীর্ত্তি" মহারাজ মশাগী চহি ৫৫ দা নোঙ্গাখি। অকোন্বগী ফম্বান্দা চহি ৩৬ পাল্লম্মী।

৭৩। শকাব্দাঃ ১৮০৮ দা মৈদিংঙু সুরচন্দ্র সিংহনা মশাগী চহি ৩৫ দা নিংথৌ ওইরে। মাগী হাক্তক্তা সাহেপনা তেলিগ্রামগী য়োৎলি

তিংবা হৌখি। শক ১৮১১ দা পোইনু থাদগী লৱাই ইম্ফাল খাইদোকপা হৌখি। শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মাইনু পেমচা কৌবী লৈশাবী অমা থৌরি য়ান্দুনা শিখি।

শকাব্দাঃ ১৮১২ গী লাংবন থা পানখলকপদা মনাও ইবুংঙো কোইরেংনচিংবা নিংথৌ মচা ৩ না মান্নদুনা কোনুং থুগাইখি। শ্রীযুৎ চিংলেন লাম্থাবদি নিংথৌ খুভম থাখি। চহি ৪ নিংথৌ ওইরম্মী।

৭৪। শকাব্দাঃ ১৮১২ দা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহনা মশাগী চহি ৩৭শুবদা লাংবনগী ৯ নি পান্বা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা নিংথৌ ওইরে। মহাক্কী মতমদা লৈকায় ৪ দা খানা সুমারী ইবা হৌখি। অদুগা শকাব্দাঃ ১৮১৩ দা ইংরাজি সাহেপশিংগা খোংজোমদা অকন্বা লান থেংনদুনা মৈতৈ অকন অথৌশিং থৱাই পোন্থা ওইখি।

শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইখিবগী মতম, পুংফম, নুমিৎ, থবান অসি নিংশিংলুরগা মণিপুরগী মৈতৈ প্রজা কয়ানা নিংঙমদবা ওইনরি। পৃটিশ সরকারগা মৈতৈ মচাগা খোংজোমদা অকনবা লান শোক্লবদা পাওনা মেঞ্জরনচিংবা মণিপুরগী অকন-অথৌ কয়া ইমা লৈবাক্কীদমক থৱাই পোন্থা ওইখিবগী ৱাফম নিংশিংলুরগা নিংঙমদবা পোক্লরি।

কুম অদুদা বৃটিশ সরকারনা লান ঙমদুনা মণিপুরগী সাসোন সাহেপ্লা পাইখ্রে। অদুগা লোয়ননা কোইরেং যুবরাজ অমদি কাঙঙবা তুলিনহা মেঞ্জরগা অনিবু ফাঁশি তৌখি। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র নিংথৌবুনা থিবোম্মৈরোমদা পুখি। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহ চহি অমানিংথৌ ওইরম্মী।

৭৫। শকাব্দাঃ ১৮১৩ দা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মশাগী চহি ৮ সুরকপদা সাহেপ্লা নিংথৌ ওইহল্লে। মহাকথক্তা সাহেপ্লা য়ুম চাম-চামদা চৌকিদার অমমম হাপখি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা বৃটিশ সরকারগী মতেক,

পাই, পৈশা অন, শিকি, মখাই অমসুং চান্দী ময়েক্কী সেন চৎনহনখি। হান্নগী মৈতৈ ঐখোয়গী সেনখাইগী সেন চৎলম্বা অদু তোকখি। লৌ ইংখোলগী খাজনা থিবা হৌখি। পানা মরিগী ষণগী শনকোক ইবসু হৌখি। মতম অদুদা ডিমাপুরদা চৎপা ষণগাড়িনা পোৎ চিংবা চৎনরম্মী লম্বী কোয়লাস থারমদে।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা ডিমাপুর-মণিপুরগী পোৎ-চৈ চিংবা অসি ষণনা চিংবা গাড়ী নত্তনা মী ২ না মাংদা চিংলগা মী ২ না তুংদা ইল্লগা খোং গাড়ী কৌবা মখন অমসু পোৎ চৈ চিংনরম্মী। মতম অদুদা মাইল ১২/১২ নোমজেন চেন্দুনা শিন্ন-শিন্ননা ডিমাপুর মণিপুর হঙ্গৎ হন্দা চিঠি নম্বো পোদুনা পুহল্লম্মী। মদুবু ডাক পুবা কৌই। ডাক পুবশিং অদু সরকারনা তলব পি।

শকাব্দাঃ ১৮২০ দা পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিখি। কুম অদুদা পুকচত্তুনা নশিবা মী ৬০৫৩ (লিশিং তরুক্কা য়াঙ্খেহুমদোই) শিখিরম্মী। শক ১৮৩০ দা অমুকসু পুকচত্তুনা মী য়াম্না শিখি, য়ুম ইংখোল মুৎনবা য়াওই। থা অনি কৈথেল কাদে, চৈরাপ পঞ্চাই লোইশঙ পুম্নমকসু কাদে। ব্রায়েন বিচার লেপখি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা মণিপুরগী মীওই কয়া লাইজাও থোকপদা শক ফজরম্বা মমাই চামদুনা ফজবা শক মাংনখিবা কয়া কয়া য়াওখি। লাইজাও থোকপা অসি চহি ১০ নৎত্রগা ৭/৮ কান্নরগা মরক মরক্তা য়াম্না তোইনা তৌনরম্মী। অদুনা অহল-লমন্না হায়নবা ব্রাহৈদা শক ফজে হায়দুনা নাপন তৌগনু লাইথোক অমুক্তা মাংবনি অসুম্না হায়নরম্মী।

শকাব্দাঃ ১৮৩৫ গী ইঙাগী ৬ নি পাম্বা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা হব্রাগাড়ি অনি থুংলৈ। মসিনা মণিপুরদা হব্রাগাড়ি পুশিল্লকপা অহানবনি। কুম অদুদগী হৌদুনা জঙ্গল পুম্নমক নিলাম তৌই। পাৎ,

পাতুপ, তুরেন, তুরেন ইতুপ পুম্নমক নিলাম তৌবা হৌখি।

শকাব্দাঃ ১৮৩৮ গী মেরা থাদা ঈশিং য়াম্না চাওখি। ৱাংখৈ হাকতক্কী ঈশিংদগী খুনিং অমা হেল্লি কুম অদুদা তেলিগ্রাম য়োৎলি তিংবা অদু থিবোম্মদগী সনা কোনুং য়ৌরকখি।

শকাব্দাঃ ১৮৫৫ দা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ ফংখি। কুম অদুগী লমতা থাদা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মহাপ্রভুগী শ্রীবিগ্রহ ৩ অসি মণিপুরদগী পুশিল্লগা মন্দির, রন্ধন সালানচিংবা শাদুনা দেবালয়শুনা কত্তুনা লিংখৎখি।

শকাব্দাঃ ১৮৫৬ তা কালেন থাদা মৈতৈ লাইরিক ময়েক ছাপা নমখি। শকাব্দাঃ ১৮৬১ দা মৈতৈ নুপীশিংনা পোইনু থাদবু চাক তাংই চেং ফংদে হায়দুনা অচৌবা নুপীলান অমা থোকখি। মতম অদুদা মৈতৈ নুপীশিংগী ঈ: লৈবাক্তা তাখিবগী ৱারী মৈতৈ ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈরি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা অনৌবা য়াওন কয়া লাকখি। থৌদোক ৱাথোক কয়া থোকখিবশিং অদু লোইনা ইরবদি লাইরিক অসি চাওমনখ্রগনি কিবদগী লোইনা ইজদরে।

শকাব্দাঃ ১৮৬৩ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১৭ নি পাম্বা শগোলসেনগী নুমিদাং পুং ৯ মিঃ ২০ দা শ্রীধান নবদ্বীপ্তা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহ স্বর্গতি ওইখি। চুড়াচান্দ মহারাজ ফম্বান্দা চহি ৫০ নিংথৌ ওইরম্মী। পুন্সিদি চহি ৫৮ নি।

৭৬। শকাব্দাঃ ১৮৬৩ হিয়াঙ্গৈ থাগী ১৮ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে। শ্রীযুৎ বুধচন্দ্রগী মতমদা শকাব্দাঃ ১৮৬৪ দা কালেন থাগী ২৫ নি পাম্বা নোংমাইজিং নুমিত্তা ইম্ফালদা বোম তাখি।

ইংশোক ১৯৪৩ এপ্রিলগী তাং ২০ দা জপান্না তিলিপারাদগী হৌনা খোমিদোক মশাংদা বোম থাদে। চিংগাংবম গুলাপকী মাঙোপ্তা উসোব চাবা মী ১০০ রোম শিখি। য়ুম য়াম্না মৈ চাকখি শা ষণ য়াম্না শিখি।

শকাব্দাঃ ১৮৬৭ কী থবান থাদা জাপানগী লান লোইখি। শকাব্দাঃ ১৮৬৯ দা বৃটিশ সরকারনা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজদা মণিপুরগী সাসোন শিন্নরম্মী। বৃটিশ সরকার চৎখি।

শকাব্দাঃ ১৮৭১ দা মণিপুর প্রজাগী জাপান লান্দা মাং তাকখিবা য়ুম কৈ শঙ্গোইনচিংবা মাংখিবগী বৃটিশ সরকারনা খেতিপুরন পিখি। শকাব্দাঃ ১৮৭২ দা পোইনুগী ১৪ নি পাম্বা থাংজ নুমিত্তা পিশুম থোংদা লৈবা হিদংময়ুমগী লৈশাবী অমা থৌরি য়ান্দুনা শিরম্মী। শিফাত্তে হায়দুনা মৈ থাদুনা পোৎলোইখি, শোরাত্তি শোন্দে। মতমদুগী চৎনবীদা অত্মাঘাত তৌদুনা শিবা মী মখৈদি পোৎলোইনরমদে, লাংগোনগী মঙারক কাম্বী কৌবা মফমদা লংথোক্তুনা থম্বা চৎনরম্মী।

শকাব্দাঃ ১৮৭২ ফাইরেন থাগী ১২ নি পাম্বা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ খা চাইরেন্দা পাম্হোইবী পূজা তৌবা লেংই। ১৩ নি পাম্বা নিংথৌকাবা নুমিত্তা সনা থৌগন মণি পণ্ডিত, মুয়াই পণ্ডিত মাইমুপেনা, রজণী মাইবী অসিনা চিংবনা পাম্হোইবী পূজা তৌই।

শকাব্দাঃ ১৮৭৫ দা মেরা থাগী ১৩ নি পাম্বা লৈবাকপোকপা নুমিত্তগী গোবিন্দ ইতিহাস তাবা হৌই।

শকাব্দাঃ ১৮৭৬ কী ইঙেন থাদা পামহৈবা চরিৎ পুরান মৈথাবা হায়বা লীলা শান্নবদা পণ্ডিত লোইশিংগী ব্রাদগী কমিশনার সাহেপনা থিংখি। কুম অদুগী লমতা থাশিদা খুম্বোংদা মতে মনাও হু চাদুনা শিবা মৈ থাদুনা পোৎলোইখি অস্থী লৌই।

শকাব্দাঃ ১৮৭৭ কী থবান থাগী ৭ নি পাম্বা লৈবাকপোকপা

মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি শ্রীগোবিন্দগী মাগোপ্তা তাবা হৌই।

শকাব্দাঃ ১৮৭৭ কী হিয়াঙ্গৈ থাদা বারুণিদা উসোব কৎলুবা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা মুহোর ১০ না শাবা লীক সোরী মাংহৌববু মাইবী ইবুংঙোহনগা রাজমনি মাইবীগা অনিমক্তা শেল হুন্বদা ফংলরোই সনা নাক্ত লৈবা বামোন অমগা নিংথৌমচা অমগা মান্নদুনা মৈতৈ অরান্বা অমদা পিদুনা লৈরোন চনখ্রে হায়না ফাওরে।

খুদক অদুমক্তদা অরান্বম বিধু জমান্দারগা, লোংজমগী পোতোম্বীগা অনিদা সনা য়াথং থাদুনা বারুণীদা য়েংহন্বদা লৈরমলে হায়দুনা পুরক্লুনা সনা খুত্তা কৎলরে। মদুদা শ্রীযুৎ মাইবী মচিন থি, মতুং ফাওবা মাইবীগী মবা লৌরোই হায়না সনা য়াথং তাখ্রে।

শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মণিপুর অসি পৃথিবী অমদি ভারতনা চাওখৎলকপগা লোইননাঅনৌবা য়াওন কয়া ওল্লকখি। রাজনিতি ধর্ম্মনিতি অমদি অথনীতিনচিংবা হিরম খুদিংদা অওনবা কয়া লাককখি। মদু পুম্নমক অদু লোইনা ইরবদি লাইরিক অসি চাওমনখ্রগনি খনবদগী ইজদরে।

শকাব্দাঃ ১৮৭৭ কী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৬ নি পাম্বা ইরাই নুমিৎকী অযুক পুং ৯ তাবদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ শ্রীবৃন্দবান যাত্রা ওইএ। ফম্বান্দা চহি ১৪ নিংথৌ ওইরম্মী।

মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাখংবনা পাম্বদগী হৌরগা নিংথৌরোন ফম্বান মশিং ৭৬ শুবা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ অসি ফাওবদা মণিপুরগী নিংথৌরোন লোইরে খমলে।

অসুম্না মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌরোন ইবা লাইরিক অসি সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিতশিংনা মথং মথং মৈতৈ ময়েক্না ইশিন্দুনা থম্মী। হৌজিক ফাওবদসু লেপ্তুনা ইশিন্দুনা থম্মী। হৌজিক নিংথৌ পান্দ্রে, অদুবু নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতৌগুম্না সনা কোনুংগী

শ্রীগোবিন্দজিউগী জগাদা মহৌশাগুম থৌরমশিং কায়দনা তৌরি। মণিপুরগী থৌদোক ৱাথোক কয়াসু পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিতশিংনা লেপ্তুনা ইশিল্লি।

চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবা অসি পাখংবদগী হৌরগা বুধচন্দ্র ফাওবদা নিংথৌ ফম্বান মশিং ৭৬ অসিদি য়েৎননিংঙাই লৈতনা চুমলে। য়েৎনরিবা ৱাফমদি মৈতৈ লৈবাক অসি পাখংবনা শায়োনদ্রিঙৈ মতমদা দ্বাপুর কৌবা যুগতা কনান পালম্মী, ব্রভ্রুবাহননা পালম্মী নৎত্রগা পালমদে হায়বা ৱাফমদা য়েৎনবনি। অদুবু হৌজিক্তি মদু য়েৎনদবা য়ারে অচুম্বা খুদম কয়ামুক ফংলে খুদম অদু মখাগী অসিনি।

## মণিপুর তাকপা

(১) অহানবা খুদম মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান লাইরিক্লা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি মমাংঙৈ মতম অমদা বভ্রুবাহননা পাল্লম্মী হায়বা শাক্ষি চাওনা পিরি।

(২) অনিশুবদা শ্রীসুবলচন্দ্র মিত্রগী বাঙ্গলা অভিধান্দা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি মমাংঙৈ মতম অমদা বভ্রুবাহননা পাল্লম্মী হায়বা শাক্ষি চাওনা পিরি।

(৩) অহুমশুবদা শ্রীযুক্ত কোঞ্জেংবম ধন সিংহনা ইবা "শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন" কৌবা লাইরিক্তা, ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি মমাংঙৈ মতম অমদা গন্ধর্ব্বনা পাল্লম্মী মথংদা অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওইরম্মী হায়না খুদম - শাক্ষি চাওনা ইদুনা লৈ। পৃঃ ১৫

(৪) মরিশুবদা শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু বিদ্যারত্ন শর্ম্ম পণ্ডিতরাজ অসিনা ইবা "মণিপুর ইতিহাস" লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক

অসি বভ্রুবাহননা পাল্লম্বা মণিপুর অদুনি হায়না ময়েক লানা ইদুনা তাক্লি।

(৫) মঙাশুবা মৈতৈ ময়েক্না ইবা য়াম্না লিরবা লাইরিক "সাতিং সাকোক" কৌবা পুয়াদা মৈতৈ লৈবাক অসি মণিপুর হায়না মিংথোনখিবগী মরমদা য়াম্না শেংনা ইদুনা তাক্লি। ১

(৬) তরুকশুবদা মহাভারত পুরানগী অশ্বমেধপর্ব্বগী মনুংদা অমদি আদিপর্ব্বগী মনুংদা পাণ্ডবকী অর্জ্জুননা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা গন্ধর্ব্ব জাতিনা পাল্লিঙৈগী মতমদা লাক্লম্বা, চিত্রাঙ্গাদাগা লুহোংখিবগী ৱারী। মথংদা বভ্রুবাহনগা অর্জ্জুনগা মপা-মচা লান শোক্লবদা অর্জ্জুন শিরবদা শ্রীকৃষ্ণ লেংঙকপা, অর্জ্জুন হিংগৎপগী ৱারী। অসিগা লোইননা বভ্রুবাহননা মণিপুরদা পাল্লম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদম শাক্লি পাওনা ইদুনা লৈরি।

(৭) তরেৎশুবদা আরঃ সিঃ মজুমদারনা হৌজিক্কী মণিপুর অসি মহাভারত লাইরিক্তা য়াওবা চিত্রঙ্গাদা অমদি বভ্রুবাহনগী পোক্লফম অদুনি হায়না হৌজিকমকসু থাজনরি হায়না ইরম্লে।

অসুম্না লাইরিকশিং অসিনা পিরিবা খুদমশিং অসি মৈতৈ লৈবাক অসি বভ্রুবাহননা পাল্লম্বা অরিবা মণিপুরনি হায়বদা য়েৎননিংঙাই লৈত্রে। লাইরিকশিং অসিনা মোট অমত্তা ওইনা মৈতৈ লৈবাকপু মণিপুর কৌই হায়না চপ মান্ননা তাক্লি।

## অরোইবদা ৱাফম অমা

লাইরিক অসিবু পাবিরিবা পাবিরীবী পুম্নমক্কী মফমদা অয়িবনা নোলুক্না হায়জরি, ঐকোয়গী ইরমদম অসি য়াম্না লিরবা মতমদগী মণিপুর কৌদুনা লৈরম্লে হায়বসি চিংননিংঙাই লৈতে।

মসিগী খুদম অমদি ঃ- ত্রেতা কৌবা যুগতগী লৈরক্লবা শ্রীরামগী

জন্মভুমী (রামচন্দ্রগী পোক্লফম) অযোধ্যা কৌবা লমদমবু হৌজিকফাওবদসু অযোধ্যা হায়না অদুম খংনরি।

শ্রীরাম লক্ষ্মণ সীতা ৩ না বন চৎপদা সীতাবু বনদগী হুদুনা পুখিবা লঙ্কাগী নিংথৌ রাবণনা লৈরম্বা মফম অদু হৌজিকফাওবদসু শ্রী লঙ্কা হায়না কৌনরি।

অসিগুম্না মণিপুরসু দ্বাপুর যুগতগী মণিপুর কৌরম্বদু হৌজিক ফাওবসু কৌরিবা অসিনি। অতোপ্পা মীরৈবাক্কী মীওই কনা অমত্তনা মৈতৈ লৈবাকপু মণিপুর কৌবা মিং অসি নত্তবা অতোপ্পা মিং অমা লৈ হায়বসি খংবা লৈতে।

ৱাফম অমসু, হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা খন্দাদুনা লৈরিবা মীওই কাংলুপ কয়া লৈবি জাতি তিন্নদবা চীংমীগী কাংলুপ কয়ামুকসু লৈরি। ময়ামসিগী মরক্তগী মৈতৈ পাঙল মখোয়শিং অসিসু লমদম অসিবু য়াম্না লিববা মতমদগী মণিপুর কৌই হায়না খঙনদুনা লাকখি। মণিপুরগী চীংমী কাংলুপ পুম্নমকসু চহি চা কয়াগী মমাংদগী মৈতৈ লৈবাকপু মণিপুর হায়বা মিং অসি নত্তবা মিং অমা লৈ হায়বা কনা অমত্তনা খঙদে।

মোট অমদা মণিপুর হায়বা ৱাহৈগী অর্থদি "নাভিপদ্ম" (খোইদৌ থম্বাল) হায়না শাস্ত্রনা লৌই। মসিগী শন্দোকপা ৱাখল্লোন্দি ঃ- "মণিপুর নাভিদ্ম; তৃতীয় চক্র" জীবশিংগী হকচাং কয়াত্তা লৈবা খোইদৌগী অহুমশুবা চক্রদা লৈবা থম্বালবু "নাভি পদ্ম" "খোইদৌ থম্বাল" হায়না শাস্ত্রনা খংনৈ।

ৱাখল্লোন অমরোমদা পৃথিবী ইমা লৈবাক লৈমগী খোইদৌ থম্বালদি মণিপুরনি হায়না লৌবা য়াই। মীওইবা জীবনা শিবা মতমদা হকচাংগী খোং অমদি খুৎকী খোঙশা খুৎশাগী মতোন্দগী হৌরগা তাং তাংগী মিহুলশিং মথং মথং মুৎখি। খোংদোনদগী খুজেং, খুবোম, খুকউ, ফৈগন, ফৈগন মরু ফাওবা মিহুল মথং মথং মুৎলকই। খুৎকী খুৎশা

মতোন্দগী খুবাক ময়াই, খুজেং, খুদাং, খুবোম, খুনিং, পাম্বোম মরু, শেগ্রাক ফাওবা মিহুল মথং মথং হান্ননা মুৎলগা, খোইদৌ ধম্বালদা লৈরিবা মিহুল অদুনা কোন্ননা মুৎলি। খোইদৌগী মিহুননা লৈরিবা মখৈ শিদরি হায়না লৌনৈ। মীওইবগী হকচাংদা লৈবা শিংলি ময়ামগী মরু ওইবা শিংলি অহুম্না খৌইদৌদা পুরি। মমিংদি ১ ইড়া, ২ পিঙ্গলা, সুষুম্না অসিনি। অহুম অসিদি চন্দ্র, সুর্য্য অমসুং মৈ হায়রিবা গুণ অসিনা ওইবনি। যোগী সাধুশিংনা সাধককী মতমদা শিংলী অহুম অসিবু তীর্থ অহুমনি হায়না নিংই। মদুদি ঃ- ইড়া শিংলীবু গঙ্গানি, পিঙ্গলাবুনা যমুনানি হায়না লৌই। অদুগা তীর্থ অনি অসিগী মনুংদা সুষুম্না কৌবা শিংলীবুনা সরস্বতী তীর্থগী মশক ওইনা গঙ্গা যমুনা অনিগী মরক্তা চেলহল্লি। অসুমনা শিংলি ৩ অসিবু "ত্রিবেণী" সংগম ওইনা সাধক তৌই। (আভিধান ২৪২)

হায়রিবা শিংলি ৩ না পুরিবা খোইদৌ থম্বাল অদুগী ময়াইদা শাৎলিবা থম্বাল অদুগী লৈরিক অদুদা পরমাত্মা ঈশ্বরনা লেংদনা লৈবদগী জীবশিংনা হিংবা ওইরিবনি। মহাক্না লৈত্রবদা অশিবা ওইরিবনি। খৌইদৌগী মিহুননা মুত্রিবা মখৈ জীব অদু শিদ্রি; মিহুন ময়াম অমুক হঞ্জিল্লক্নুনা হান্নগুম্বা অকনবা মশক ওইবা য়াবসু লৈ। অসিগুম্না পৃথিবীসু থরাইপানবা জীব অমা ওইনা লৌবদা মণিপুরনা পৃথিবীগী খৌইদৌ ওইনা লৌগনি। মরু ওইবা শিংলী ৩ ইড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্না অহুম অসিদি গঙ্গা তীর্ত, যমুনা তীর্থ অমসুং সরস্বতী তীর্থনি। মিহুন অতৈ হান্না মুৎলগা খৌদৌগী মিহুন্না কোন্না মুৎলগা শিবগুম্না, পৃথিবীগী দেশ অতৈ অতৈ অসিনা অয়াম্বা মাংখ্রবসু মণিপুরনা লৈরিবা মখৈদি পৃথিবী হিংদুনা লৈখিগনি।

পৃথিবীগী মচি মচিদা নুংশা শামম্বদগী মী য়াম্না শিবা থোক্লবসু, নোং তামনবদগী ঈচাওদা মী য়ামনা শিরবসু, যুহার হাবদা দেশ তুম্না মাংখ্রবসু, দেশ লৈবাক কয়া সমুদ্রদা নমথদুনা লৈখ্রবসু, মণিপুরনা লৈরিবা

মখৈদি পৃথিবী অদুম্মক হিংদুনা লৈখিগনি।

মীওইবা জীবনা হকচাংগী ময়াইদা লৈবা খৌইদৌ অসি খোইগী মতাই অকোইবদা উনসানা ৱাংখৎনা কোইশিল্লি।

মীওইবা জীবগী খোইদৌ থম্বালদা জীবাত্মা পরমাত্মানা থৱাই ওইদুনা লৈবগুম্ন পৃথিবীগী খোইদৌ থম্বাল ওইবা কংলানা লৈবা ইম্ফালদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউনা জীবাত্মা পরমাত্মা ওইদুনা লেংদনা লৈবিরি। মরম অসিদগী খোইদৌগী মিহুন্না মুৎত্রিবা মখৈ শিদবগুম্না, শ্রীগোবিন্দগী নাম্না মণিপুরদা লৈরিবা মখৈ, হায়বদি মণিপুরদা লৈরিবা মীওইশিংনা হরিনাম শোন্বা তোক্ত্রিবা মখৈ শ্রীকৃষ্ণ লেংদনা লৈবিরি। শ্রীকৃষ্ণনা মণিপুরদা লৈরিবা মখৈ পৃথিবী পুন্বা হিংখিগনি। মরম অসিনা মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী মিংলেনবু শোঞ্জবনা মীওইবগী কান্নবা, পোকপগী মহৈ য়ানবা অথোইবা লন ফংবা হায়বদু ওইগনি।

মীওইবা জাতি মখল কয়ানি ধর্ম্ম কয়ানি, জাতি তোঙানবগী ধর্ম্ম তোঙাল্লি, ধর্ম্ম মখল খুদিংগী লাই মখল কয়া লৈ। লাই মখল পুম্ন মক অসিসু তাইবং মপু অমখক্তা ওইবা মঙোন্দগী পুথোকখিবা মক্তনি। শম্না হায়রমদা তাইবংপানবদা মিৎনা হেক উরিবা নুমিৎ, থা থৱানমিচাক, মী লাই, হিংচাবা, উচেক, ৱায়া, শা, ষণ, ককচেং, খোইয়া, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, তিল-কাং, কৌজেং, হারৌ, লৈনুংদা লৈবা জীব, ঈশিংদা লৈবা জীব। চীং,মান, উ, ৱা নাপী, উরী, পাৎ পুথ্রি, তুরেন অমদি সমুদ্রনচিংবা। মশিং থিঙমদ্রবা মমা লক্ষা ৮৪ না পোক্লিবা জীবশিং পুম্নমক অসি তাইবং মপুনা ওইবা মথন্তদগী পুথোক্লকপনি। মঙোন্দা ময়াম অসিনা লৈদুনা হিংবনি, শিরবসু মাঙোন্দা অদুম তিনগদবনি।

শম্না হায়রবদা তাইবংপান্বদা লৈরিবা-উরিবা পুম্নমক অসি তাইবংমপু মহাক নত্তনা অমত্তা লৈতে পুম্নমক মহাক্না ওইবা মক্তনি।

মসিগী অশেংবা প্রমাণ অমদি ঃ- সনানা পোৎ ময়াম ওইবগুম্বনি।

হায়বদি- সনাখুজী, সনা খুদোপ, নাদা চিন্নবা সনাগী লৈ, গুক্তা শিন্নবা সনাগী লিক পরেং, সনা খোঙজি, সনা খোঙদোপ, সনাগী পুখম, সনাগী তেঙ্গোৎ, সনাগী খুজাই, সনাগী গিলাস, সনাগী তোংজৈ, সনাগী সেম্পাক অমসুং সনাগী কুশি-তামিনচিংবা পুম্নমক অসি সনা মক্তনি। পুম্নমক অসি শুংদোক্তুনা থুগাইরবসু সনাদি অদুম্মক ওইরি।

অসিগুম্না জগত্তা লৈরিবা লাই পুম্নমকসু তাইবংমপু মানি। লাইশিং অদুগী মনাই ওইরিবা মীওইবা জাতি মখল কয়াসিসু মানি। মীওইবগা লোইনদুনা লৈমিন্নরিবা শা, ষণ, ইরোই, হুই, হামেংনচিংবা জীব খুদিংমকসু তাইবং মপু মানা ওইবনি। মীওইবনা শিজিন্নবা, লাইনা শিজিন্নরিবা, পোৎ পুম্নমক- উ, ৱা, নাপী, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিয়া, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকনচিংবা লেংই পাল্লিবা পুম্নমক অসি তাইবং মপু মহাক্না ওইবনি। তাইবং মীওইবা ঐখোয়না তোঙান তোঙাম্বা লাইনিং মখল কয়া থোক্না লাই মখল কয়াবু ইরাৎ পূজা তৌনরি। মী মী অদুনা ইরাৎচরুবা লাই অদুনা মনাই অদুদা পিভম থোকপা মহে অদুদি কৃষ্ণ ঐনা পিবনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি । মাদু মখাদা পিরিবা গীতাগী শ্লোক অসি য়েংলগা খংগনি।

## শ্রী গীতাগী ৱাফম

## শ্রীভগবদগীতা সপ্তমোহধ্যায়ঃ

শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী ৭ শুবা অধ্যাগী ২১ শুবা শ্লোক্তগী ২২।২৩।২৪ ফাওবদং লৌখৎচরি।

যো যো যাং যাং তনুং ভক্তঃ শ্রদ্ধযার্চ্চিতুমিচ্ছতি।

তস্য তস্যাচলাং শ্রদ্ধাং তমেব বিদধাম্যহম্ ।।২১।।

স তয়া শ্রদ্ধয়া যুক্ত - স্তস্যারাধনমী হতে।
লভতে চ ততঃ কামান্ ময়ৈব বিহিতান্ হিতান্ ॥২২॥
অন্তবত্তু ফলং তেষাং তদ্ভবত্যল্পমেধসাম্।
দেবান্ দেবযজো যান্তি মদ্ভক্তা যান্তি মামপি ॥২৩॥
অব্যক্তং ব্যক্তিমাপন্নং মন্যন্তে মামবুদ্ধয়ঃ।
পরং ভাবমজানন্তো মমাব্যয়মনুত্তমম্ ॥২৪॥

অর্থ - মা মানা পামজদুনা থাজবগা লোয়ননা অদুম অদুম্বা দেবতাবু পূজা তৌনিংবা মী মী অদুগী নীংজবা দেবতাদা লৈবা থাজবা অদু কৃষ্ণ ঐনা হেন্না চেৎশিনহল্লি ॥২১॥

অসুম্না থাজরবা মীদুনা মানা থাজজবা দেবতাবু পূজা তৌই; দেবতা অদুদগী মাগী অপাম্বা মহে অদুদি কৃষ্ণ ঐনা পীবিদুনা ফংই ॥২২॥

অদুম্বা অপংবশিংনা ফংলিবা মহে অদু মাংবা নাই; মরমদি দেবতাশিংবু পূজা তৌবনা দেবতা ফংই, অদুগা ঐবু নীংবা ঐগী ভক্তশিংনা ঐতবু ফংজে ॥২৩॥

ঐগী অমাঙ অতা লৈত্রবা, পুন্নমক্তগী হেল্লবা, মায়াগী ৱাংমদা লৈবা মওং অসি খঙদবা অপঙবশিংনা জন্ম লৈতবা (পোক্তবা) ঐবু পোকপগুম্ব ওইনা নিংই ॥২৪॥

গীতাগী শ্লোক মরি অসিদগী ঐখোয়না খঙগদবদিঃ- পরমেশ্বর ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী খায়দোকরকপা দেবা-দেবী, "লাইরেম্বা-লাইরেম্বী" মমিং তোঙান তোঙাম্বা লাই মখল কয়াদা লাইনিং লাইশোন তোঙাম্বা নিয়ম অমমম নাইনা মী মী অদুগী অপাম্বদু ফংনবগীদক্তা ইরাৎনরি। মা মানা নিঙজরিবা লাই অদুনা মহেল্লে খঞ্জরিবা অদু, মাগী ইন্দ্রি মনুংদা লৈবা জীবাত্মা পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইনশিন্দুনা থাজবা

অদু হেন্না চেৎশিনহল্লি।

অদুগা মী অদুগী অপান্বা মহৈ অদুদি মানা থাজনা নিংজদুনা পূজা কৎচরুরিবা লাইদুনা পিদে, কৃষ্ণ ঐনা পীবিবনি। মী অদুনা ফংবদি মানা পূজা তৌজবা দেবতা অদুদমক ফংই, শ্রীকৃষ্ণবুদি ফংদে। কৃষ্ণবু নিংজবা কৃষ্ণভক্তনা কৃষ্ণ ঐবু ফংই।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি পোকপা শিবা লৈতে, মাঙবা মুৎপা নাইদে, শোকপা পনবা তেকপা কাইবা তৌবা হকচাং পান্দে। মায়াগী ৱাংমদা লৈবনি, অদুবু মীওইবা ঐখোয়না মহাক্কী মায়ানা কুপশিন্দুনা লৈবদগী খংদদুনা শ্রীকৃষ্ণবু লাই অতৈগুম্না অমুক পোক্লকপগুম্বা ওইনা নিংই।

জগৎ তাইবংপান্ববু শেম্মি হায়রিবা ব্রহ্মা কৌবা লাইফাওবা মাগী মতম লোইরগা মাংবা মুৎপা নাই। লাই পুম্নমকসু মাগী মাগী মতম লোইরগা শিবা মাংবা মতমদা তাইবং মপু শ্রীকৃষ্ণগী মশাদা অদুম্মক তিন্নখি। তাইবং পুম্নমক্না মাংশ্রবদা মাদি লেংদনা লৈ, তাইবংপান্বসু মাঙোন্দা তিন্দুনা লৈরি।

অসিগুম্নবা তাইবং মপু শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী খোইদৌ ওইবা মণিপুরগী কংলানা লৈবা ইম্ফালদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী লেংদনা লৈবিরী। মরম অসিনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা অমাং অতা শিবা মুৎপা কয়া য়াওরবসু পৃথিবীদি অদুম্মক হিংলি হিংখিগনি।

মণিপূরদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংদনা লৈরি হায়না খঙবা গুন্না খুদম অমদি মহাক্কী নামসঙ্কীর্ত্তন শকপা শোনবা লেপ্পা লৈতরিবা অসিনি। কৃষ্ণনালেংদনা লৈবা মফমদি মহাক্কী মিংলেনবু শকপা শোনবা মফমদা লেংদনা লৈ হায়বা ৱাফম অসি নারদ মুনিগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণমক্না হায়খ্রবা ৱাফমনি। মরম অসিনা পৃথিবী পুম্নমক্কীসু মঙ্গল ওইনবা, জগৎ তাইবং জীব পুম্নমক্কীসু য়াইফনবা, মীওইবা ঐখোয়না মতম খুদিংমক্তা অকাওবা

অতনবা লৈতনা নোল্লুকপগা লোইননা তাইবং মপু ঈশ্বর মহাক্কী মিংখৈবু তত্তনা শোল্লসি।

## অশেংবা মণিপুর

ঐখোয়গী মৈতৈলৈবাক মণিপুর অসি তশেংনা বভ্রুবহান্না পালম্বা মণিপুর অদুনি হায়বগী খুদম অহুম মথক্তা লাইরিক্কা কোন্ননা পীজখ্রে।

খুদমশিং অদুদি -

১। মৈতৈ পণ্ডিত ওঝাশিংনা ইবা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরাণদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি বভ্রুবহান্না পাল্লম্মী হায়না ইরম্লে।

২। শ্রীসুবলচন্দ্রগী অভিধানগী লামাই ৯৭৫/৭৬ তা হৌজিক্কী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি চিত্রঙ্গাদগী মচা বভ্রুবহান্না পাল্লম্মী হায়না ময়েক শেংনা ইরি।

৩। শ্রী কোঞ্জেংবম ধন সিংহ না ইবা শ্রীশ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন কৌবা লামাই ১৫/১৬ তা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিদা বভ্রুবহান্না হন্না পাল্লম্মী হায়বা ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বীরম্মী।

হৌজিক অমুক মরি (৪) শুবা খুদমদা -

(হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা) হায়না কৌবা - রাজকুমার শ্রী স্নাহল সিংহ (বিঃ কমঃ) না ইবা "মণিপুর ইতিহাস" কৌবা পেজ ৫৮ না শবা লাইরিক্কী অহান্বা পন্দুপ্তা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌরোনশিং মখাগী অসুম্না ইরম্মী।

জঙ্গলী দেশ কৌরিঙৈদা ইহান হান্না লৈবাক ঙাক্তুনা পাম্বা নিংথৌদি মতোক লিশিং পানবা আনন্তনা পাল্লি। মথংদা গন্ধর্ব্বনা নিংথৌ ওইবগী ৱারীসু ইরি। মথংদা বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইবগী ৱারীসু ইরি। মথংদা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলা ফম্বাল তোংবদগী হৌনা

বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী সাসন পাইখিবনচিংবগী ৱারী মাগী লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তা শন্দোক্লা ইরম্মী। পাণ্ডব অর্জ্জুন মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা লাক্লম্বগী ৱারী অমসুং বভ্রুবাহনগা মপা মচা লান শোক্লখিবগী ৱারীসু লাইরিক অসিদা য়াওই।

শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পালম্বগী খুদম চেনবা য়াদ্রবা খুদম হৌজিক হৌজিকসু মণিপুরদা লৈরি।

১। খুদমশিং অদুদি অহানবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা মণিপুরদা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌখি হায়বা অসিনি।

২। অনিশুবদা বিষ্ণু অসি কদায়দগীনো ? পোং লৈবাক্কী নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বাদা পিরখি হায়বা অসিনি।

৩। অহুমশুবদা পোং নিংতৌনা ফংবা বিষ্ণু কদায়দগীনো? মণিপুরদা মতম খরা পালম্মী হায়রিবা পোং লৈবাক্তগী ৩ শুবা নিংথৌ তৌহাংপে কৌবনা বিষ্ণুবু পোং লৈবাক্তা পুখি হায়বা অসিনি।

৪। পোং লৈবাক্তা তৌহাংপেনা পুখিবা বিষ্ণু কদায়দগীনো? বভ্রুবাহননা শ্রীকৃষ্ণদা মণিপুরদা লৈবিয়ু সেবা ফংজগে হায়বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐ মক্কি খন্না সেবা তৌজৌ হায়দুনা পিরম্বা বিষ্ণু অদুনি।

ৱাফমশিং অসি লৈবনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পালম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদমনি।

৫। মণ্ডাশুবদা শ্রীবিষ্ণু অদুগী লাইশং ফুরা শারগা মনুংদা লেংশিল্লি। ফুরাগী লাই লাৎলি হায়দুনা শুবিনরায়ন শর্ম্মগী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম থোনখি। হৌজিকসু মণিপুরদা ফুরাইলাৎপম লৈরিবা অসিনি।

৬। তরুকশুবদা বিষ্ণু পূজাগীদমক বামোন ফাখিবা মফম ইম্ফাল তুরেনগী খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা বামোন হিদেন হায়না লৈরিবা অসিনি।

৭। তরেৎশুবা লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌরিবা অসিনি।

মৈতৈ লৈবাক মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পালম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদম ময়াম অমা হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা অসিনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি বভ্রবাহননা পালম্বা মণিপুর অদুনি হায়বা ময়েক শেংনা খংলে।

মতাং অসিদা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর মহাভারতকীনি হায়বা ব্রাফম লোইশিঞ্জরে। মখা অসিদা মণিপুরগী মৈতৈ চৈরাওবদা চৈথাখিবশিংগী মশিং হাপচিঞ্জরি।

লোইরবা

## মণিপুরগী মৈতৈ চৈরাওবদা চৈথাখিবশিং

ঐখোয়গী রাজ্য মণিপুরগী মৈতৈ চৈরাওবদা চৈথাখিবশিংগী মমিং মখাদা থমজরী। মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাখংবনা পাম্বাদগী হৌনা চহি খুদিংগী শজিবু থাদা চৈরাওবগী থৌরম তৌরকখি হায়বা অসি মী পুম্নমক্ত খংনরবা ৱাফমনি।

অদুবু পাখংবদগী নিংথৌরোন ৩৮ শুবা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা শকাব্দাঃ ১৩৮৯, খৃঃ ১৪৬৭ তা নিংথৌ ওইখি। ক্যাম্বনা নিংথৌ ওইবদগী চহি ১৭ শুবা শকাব্দাঃ ১৪০৬, খৃঃ ১৪৮৪ দগী মণিপুরগী মৈতৈ চৈরাওবদা চৈথাবা হৌদোকখি। মসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খংবনি।

মণিপুরগী মৈতৈ ঐখোয়না চৈরাওরকখিবা অসি চহি খুদিংগী শজিবু থাগী থাজিন্দা অমুক লাওবা, মথং চহিদা থায়াইদা অমুক লাওবা, মথং চহিদনা অমুক শজিবু থাগী থামৈদা লাওরকখি হায়বা অসিসু চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তগী তশেংনা খংলে। লোয়ননা হৌজিকসু চৈরাওবগী থাবান অরেপ্পা লৈতনা লাওরিবসিনি।

শকাব্দাঃ ১৪০৬, খৃঃ ১৪৮৪ দা হিয়াং লোইনা চৈথাদুনা চৈরাওখি, মদুদগী হৌখিবা চহি শকাব্দাঃ ১৯২৬, খৃঃ ২০০৪/০৫ ফাওবদা চৈথাখিবা মশিং ৫২১ শুরে। হায়রিবা চৈথাখিবগী (মিং) শিং অদু মখাদা থমজরি।

## লাইবকথিবা অমা

অসুম্না মৈতৈ চৈরাওবা শজিবু থাগী থাজিন্দা অমুক, থায়াইদা অমুক থামৈদা অমুক লাওবা চৎনরকপদগী মণিপুরদা নিংথৌ পান্দ্রবা মতমদগী মৈতৈ মচা মরক্তগী (মীতৈ মরুপ) খরনা শজিবুগী নোংমা

পাম্বদা চৈরাওবা হৌদোরকখিবা লাইবকথিবনি।

মণিপুর সরকারগী ওফিসারনা শক্তিবুগী নোংমা পাম্বদা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৈরাওরকখিব্রা, চুমব্রা, লানব্রা ? ছুটি পীবা য়াব্রা য়াদব্রা, হংফম থোকপা পণ্ডিত লোইশংদা হংলমদনা ছুটি হেক্তা পীথোকপা মৈতৈ পুন্নমক্কী লাইবকথিবনি।

মৈতৈ জাতি অমাখক্তনা থৌরম অমত্তদা অনি থোকহম্বা মণিপুর সরকারনা থোকহনখিবনি। য়াম্না তৌহেন্দবা অরাম্বনি। থৌরম অমদা ছুটি অনি পিফম থোক্তবনি, অচুম্বা অমা খল্লগা ছুটি অমখক্তা পীগদবনি। অদুবু মণিপুর সরকারনা তৌবীদবা অসি য়াম্না লাইবকথিবনি।

## ব্রারম অমসু

ঐনা হন্দক ফোংজরিবা লাইরিক অসিগী হৌরক্-ফম্দি। ইং শক ১৯৮১ দা কাংজীয়া গোপালনা ইবা লাইরিক অমা ফংখি। "অদুগেগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে" হায়বা ১৭৭৯ ইংদা ফোংখিবা লাইরকি অদু পারুবদগী নাতৈ চাদবা ব্রাফম কয়ামা থেংনখি।

মদুদা ঐনা খৃঃ ১৯৯৪ ইংদা - "মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা" হায়না কৌবা লাইরিক অমা ফোংজখি। লাইরিক অদুগী মচং ওইবা ব্রাফমদি - কাংজীয়া গোপালগী লাইরিক্তু লানগনি উৎপনি।

লাইরিক অনি অসিগী অচুম অরান খংনবগীদমক মীতৈ মরুপকী মীওই চনি-চহুমলোমগা ঐ ইথন্নতগা তাং ১০/৫/৯৮ ইং গোবর্নমেন্ট ডান্স কোলেজগী হোলদা মীফম ফমদুনা ওাংনখি। মাখোয়না মহাভারতকী মণিপুরগী মফম অশেংবা পীবা ওমখিদে। ঐনা হায়খিবা ৰাহে মাখোয়না লৌখিদবদা নত্তনা ঐবু ময়াম চংদুনা কাওখিবা থিম্বা ফুবা কয়া তৌরকখি। লোয়ননা ঐগী লাইরিক (খুদম) য়েংহন্নবগীদমক পুরকাপা (সরল বাঙ্গালা অভিদান) নচিংবা সতিং সকোক পুয়ানাচিংবা লাইরিক পুন্নমক্কা

লোয়ননা লাইরিক হাপলকপা খাও য়োংকী মখোক ওইবা ছাটিন অচৌবা পুম্নমক মৈ থাদোকপীখি। মতমদুদা চুম্না কুন্দৈ য়েংবা লাকপা ঐগী ইয়াম্বা কৈশাম রোবি সিংহ, সনথোংগী এডিতর মনিন্দ্র কোন্সম মাখোয় অনিনা খোয়াথোং ফাওবা থিন্বীরকখি।

মথংদা হৌখিবা তাং ২৪/৭/৯৯ ইং থাংজা নুমিত্তা "ঈরৈপাক ঈনাৎ কনবা অপুনবা লুপ) (ঈকল) না পুথোকপা "ইম্ফালনা কোনুং ওইবা হৌজিক্কী মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর নত্তে" হায়বা লাইরিক অমা মতম অদুগী স্পিকর শ্রী কেঃ বাবুধোন সিংহনা রিলিজ তৌখি।

মথংগী নুমিৎ তাং ২৫/৭/১৯৯৯ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা মোইরাংথেম সুরেন্দ্রো (নাউদালেনখোম্ব) থাংমৈবন্দগা তোকপম থবাইলেম্বা মীতৈ কৈশামথোং হোদাম লৈরক। মাখোয় অনিনা হায়রিবা লাইরিক "ঈম্ফালনা কোনুং ওইবা হৌজিক্কী মণিপুর মহাভারতকী মণিপুর নত্তে" কৌবা অদু ঐগী য়ুমদা লাক্লগা লেম্না পীরম্মি, মমল লুপা ৫০ হায়না থারম্মী।

লাইরিক অদু ঐনা পারুবা মতমদা ঐগী পুক্লিংনা চুম্মি হায়না লৌবা ঙমজদ্রে। মরম অসিনা মণিপুরগী অশেংবা শক্তম ঐনা থিগৎচরুবদা ফংজরিবা অসি প্রজা মীয়ামদা উথোকচনিংদুনা নৌনা অমুক নমথোকচবনি।

ঈকলনা ফোংবা "মহাভারতকী মণিপুর নত্তে" হায়বা লাইরিক্কা "মহাভারতকী মণিপুরনি" হায়বা লাইরকি অসিগা অনি অসিগী অচুম অরানদি পাবীরিবা পাবীরিবীশিংগী পুক্লিংনা লেপ্পীরো, অমুক্কা হন্না নোল্লুকচরি।

মখা অসি মৈতৈ চৈরাওবদা চৈথাখিবশিংগী মমিংশিং শককা কোন্নবা থমজরে।

---------

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ১। | হিয়াংলোই | ১৪০৬ | ১৪৮৪/৮৫ |
| ২। | নামোই | ১৪০৭ | ১৪৮৫/৮৬ |
| ৩। | খুরাই ওম্বা | ১৪০৮ | ১৪৮৬/৮৭ |
| ৪। | খ্বাই হাওমু | ১৪০৯ | ১৪৮৭/৮৮ |
| ৫। | লমলৈ মুরোকশি | ১৪১০ | ১৪৮৮/৮৯ |
| ৬। | লমলৈ ৱাহকপা | ১৪১১ | ১৪৮৯/৯০ |
| ৭। | অকোইজম নুংঙা | ১৪১২ | ১৪৯০/৯১ |
| ৮। | খুরাইজম তম্ফা | ১৪১৩ | ১৪৯১/৯২ |
| ৯। | খোইরি যাত্রা | ১৪১৪ | ১৪৯২/৯৩ |
| ১০। | অঙৌচা | ১৪১৫ | ১৪৯৩/৯৪ |
| ১১। | মিকপ্পা | ১৪১৬ | ১৪৯৪/৯৫ |
| ১২। | লৌখাম থারোই | ১৪১৭ | ১৪৯৫/৯৬ |
| ১৩। | ৱোংঙাইবম তাবা | ১৪১৮ | ১৪৯৬/৯৭ |
| ১৪। | খুমু লোনতাই | ১৪১৯ | ১৪৯৭/৯৮ |
| ১৫। | লমদাইবা | ১৪২০ | ১৪৯৮/৯৯ |
| ১৬। | সামুকচি | ১৪২১ | ১৪৯৯/৫০০ |
| ১৭। | খারিশা | ১৪২২ | ১৫০০/৫০১ |
| ১৮। | শোংলেরা | ১৪২৩ | ১৫০১/২ |
| ১৯। | লমলৈ ৱারেপ্পা | ১৪২৪ | ১৫০২/৩ |

| মশিং | চৈথারবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ২০। | লমলৈ চনৌবা | ১৪২৫ | ১৫০৩/৪ |
| ২১। | হাওবা লাংঙা | ১৪২৬ | ১৫০৪/৫ |
| ২২। | চোংথাম অতোন | ১৪২৭ | ১৫০৫/৬ |
| ২৩। | উকাই শংঙা | ১৪২৮ | ১৫০৬/৭ |
| ২৪। | খুমোম্বা খুনখোম্বা | ১৪২৯ | ১৫০৭/৮ |
| ২৫। | লাংপোকচম মোইরাংঙা | ১৪৩০ | ১৫০৮/৯ |
| ২৬। | হাওবা মোরিয়া | ১৪৩১ | ১৫০৯/১০ |
| ২৭। | লমফেন ঙম্বা | ১৪৩২ | ১৫০১০/১১ |
| ২৮। | সনসম থোইবা | ১৪৩৩ | ১৫১১/১২ |
| ২৯। | খাগোকপম পাংঙরা | ১৪৩৪ | ১৫১২/১৩ |
| ৩০। | য়েনখোইবা | ১৪৩৫ | ১৫১৩/১৪ |
| ৩১। | চবুংবম লকা | ১৪৩৬ | ১৫১৪/১৫ |
| ৩২। | খুরাই কনমাংঙা | ১৪৩৭ | ১৫১৫/১৬ |
| ৩৩। | হিসাবমচা | ১৪৩৮ | ১৫১৬/১৭ |
| ৩৪। | চাখোমবম তোরা | ১৪৩৯ | ১৫১৭/১৮ |
| ৩৫। | হাওবা থোংয়ুংবা | ১৪৪০ | ১৫১৮/১৯ |
| ৩৬। | অমাকচম খোম্বা | ১৪৪১ | ১৫২০/২১ |
| ৩৭। | খ্বাই চানৌবা | ১৪৪২ | ১৫২১/২২ |
| ৩৮। | নোংপোকপম খানিংবা | ১৪৪৩ | ১৫২২/২৩ |

| *মশিং* | *চৈথারলী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ৩৯। | উথুম্বম লাংহৈ | ১৪৪৪ | ১৫২৩/২৪ |
| ৪০। | লৈচোন আখা | ১৪৪৫ | ১৫২৩/২৪ |
| ৪১। | মোইরাং কপচেনবা | ১৪৪৬ | ১৫২৪/২৫ |
| ৪২। | হিনাওবা খানারোং | ১৪৪৭ | ১৫২৫/২৬ |
| ৪৩। | লাইশ্রম খম্বা | ১৪৪৮ | ১৫২৬/২৭ |
| ৪৪। | চরোইবম কোকআ | ১৪৪৯ | ১৫২৭/২৮ |
| ৪৫। | ময়াংলম্বম লাইরা | ১৪৫০ | ১৫২৮/২৯ |
| ৪৬। | ওংনাম মকখাই | ১৪৫১ | ১৫২৯/৩০ |
| ৪৭। | খুরায় থাংকোক-মানবা | ১৪৫২ | ১৫৩০/৩১ |
| ৪৮। | ঙাংলোম খাংসেরা | ১৪৫৩ | ১৫৩১/৩২ |
| ৪৯। | লাইতোনজম মুসেরা | ১৪৫৪ | ১৫৩২/৩৩ |
| ৫০। | রাইরোকপম লম্মা | ১৪৫৫ | ১৫৩৩/৩৪ |
| ৫১। | থিঙ্গুজম য়ুহেনবা | ১৪৫৬ | ১৫৩৪/৩৫ |
| ৫২। | লৈচোন কোংঙা লোনলু মানবা | ১৪৫৭ | ১৫৩৫/৩৬ |
| ৫৩। | লমলৈ থামানবা | ১৪৫৮ | ১৫৩৬/৩৭ |
| ৫৪। | অতাইআ | ১৪৫৯ | ১৫৩৭/৩৮ |
| ৫৫। | রাইরোকপম স্নারোক | ১৪৬০ | ১৫৩৮/৩৯ |
| ৫৬। | লাইমিংঙা | ১৪৬১ | ১৫৩৯/৪০ |
| ৫৭। | অতোন কৈশঙবা | ১৪৬২ | ১৫৪০/৪১ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৫৮। | তারিনা পাচাওবা | ১৪৬৩ | ১৫৪১/৪২ |
| ৫৯। | হিনাওবম খোম্বা | ১৪৬৪ | ১৫৪২/৪৩ |
| ৬০। | ইরোম ফানা | ১৪৬৫ | ১৫৪৩/৪৪ |
| ৬১। | নুক্রাম চুতা | ১৪৬৬ | ১৫৪৪/৪৫ |
| ৬২। | চবুংবম লকা | ১৪৬৭ | ১৫৪৫/৪৬ |
| ৬৩। | তোনবা লাঙ্গোনচাম্বা | ১৪৬৮ | ১৫৪৬/৪৭ |
| ৬৪। | য়াঙম্বম খোরি | ১৪৬৯ | ১৫৪৭/৪৮ |
| ৬৫। | ঙাংলৌঙা | ১৪৭০ | ১৫৪৮/৪৯ |
| ৬৬। | হুইরেম লব | ১৪৭১ | ১৫৪৯/৫০ |
| ৬৭। | লমলৈ থেনকা | ১৪৭২ | ১৫৫০/৫১ |
| ৬৮। | মাইচম্বা | ১৪৭৩ | ১৫৫১/৫২ |
| ৬৯। | থোংঙাইবম তেনবা | ১৪৭৪ | ১৫৫২/৫৩ |
| ৭০। | ইরোম খম্বা | ১৪৭৫ | ১৫৫৩/৫৪ |
| ৭১। | শোংলেবম মায়বু | ১৪৭৬ | ১৫৫৪/৫৫ |
| ৭২। | থিংবাইজম পাংঙন | ১৪৭৭ | ১৫৫৫/৫৬ |
| ৭৩। | পাঙরা চাখরা | ১৪৭৮ | ১৫৫৬/৫৭ |
| ৭৪। | তাবা ঙাংলাপা | ১৪৭৯ | ১৫৫৭/৫৮ |
| ৭৫। | শিনাইবা অতেং | ১৪৮০ | ১৫৫৮/৫৯ |
| ৭৬। | তোনাবা লৈচোনবা | ১৪৮১ | ১৫৫৯/৬০ |

| *মশিং* | *চৈথাবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ৭৭। | শমলোইবম খোইচা | ১৪৮২ | ১৫৬০/৬১ |
| ৭৮। | থোংঙাইবা নিংথৌবা | ১৪৮৩ | ১৫৬১/৬২ |
| ৭৯। | মোইরাংথেম খম্বা | ১৪৮৪ | ১৫৬২/৬৩ |
| ৮০। | তাউবম খম্বা পাউতম্বা | ১৪৮৫ | ১৫৬৩/৬৪ |
| ৮১। | কোনসাবা লম্মা | ১৪৮৬ | ১৫৬৪/৬৫ |
| ৮২। | হৈস্নাম মাকলং | ১৪৮৭ | ১৫৬৫/৬৬ |
| ৮৩। | খরায় ঙাসাবা | ১৪৮৮ | ১৫৬৬/৬৭ |
| ৮৪। | চোংথাম থঙঙা | ১৪৮৯ | ১৫৬৭/৬৮ |
| ৮৫। | খুরায়থেম লাকপা | ১৪৯০ | ১৫৬৮/৬৯ |
| ৮৬। | তারি হৈরাঙখোং | ১৪৯১ | ১৫৬৯/৭০ |
| ৮৭। | অতোন উরুম্বা | ১৪৯২ | ১৫৭০/৭১ |
| ৮৮। | লাইতোনজম ফানা | ১৪৯৩ | ১৫৭১/৭২ |
| ৮৯। | খাগোকপম পাংঙরা | ১৪৯৪ | ১৫৭২/৭৩ |
| ৯০। | নোংলম্বু খেন্তৌ | ১৪৯৫ | ১৫৭৩/৭৪ |
| ৯১। | নম্বুজম লুব্রাং | ১৪৯৬ | ১৫৭৪/৭৫ |
| ৯২। | মুবা খুৎহৈবা | ১৪৯৭ | ১৫৭৫/৭৬ |
| ৯৩। | হৈস্নাম ব্রাকচিং | ১৪৯৮ | ১৫৭৬/৭৭ |
| ৯৪। | মুব্রা লেন্তাই | ১৪৯৯ | ১৫৭৭/৭৮ |
| ৯৫। | সরাংথেম ঙাইখোম্বা | ১৫০০ | ১৫৭৮/৭৯ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৯৬। | থাংজম পাঙন | ১৫০১ | ১৫৭৯/৮০ |
| ৯৭। | শরাংথেম আখা | ১৫০২ | ১৫৮০/৮১ |
| ৯৮। | শরাংথেম লুখোই | ১৫০৩ | ১৫৮১/৮২ |
| ৯৯। | খুন্দোংবগী কুম | ১৫০৪ | ১৫৮২/৮৩ |
| ১০০। | ৱাহেংবম তোরা | ১৫০৫ | ১৫৮৩/৮৪ |
| ১০১। | ওম্বম তোরা | ১৫০৬ | ১৫৮৪/৮৫ |
| ১০২। | য়েনখোইবা মুৱা | ১৫০৭ | ১৫৮৫/৮৬ |
| ১০৩। | হিশাবম তাবা | ১৫০৮ | ১৫৮৬/৮৭ |
| ১০৪। | খুরায় হাওরম | ১৫০৯ | ১৫৮৭/৮৮ |
| ১০৫। | লোইতোংবম তেংগোল | ১৫১০ | ১৫৮৮/৮৯ |
| ১০৬। | হৱাইবা | ১৫১১ | ১৫৮৯/৯০ |
| ১০৭। | খুরাই চীংশোম্বা | ১৫১২ | ১৫৯০/৯১ |
| ১০৮। | তেংগোলচাইবা তোনাবা | ১৫১৩ | ১৫৯১/৯২ |
| ১০৯। | তোঙ্গম চুরা | ১৫১৪ | ১৫৯২/৯৩ |
| ১১০। | খোরি ঙারেন | ১৫১৫ | ১৫৯৩/৯৪ |
| ১১১। | ইরোইবম থাঙঙা | ১৫১৬ | ১৫৯৪/৯৫ |
| ১১২। | মংশাতাবম কোইরেং | ১৫১৭ | ১৫৯৫/৯৬ |
| ১১৩। | হাওখোম মিক্রা | ১৫১৮ | ১৫৯৬/৯৭ |
| ১১৪। | থৌদাম মিৎশং | ১৫১৯ | ১৫৯৭/৯৮ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ১১৫। | কোনখোম লাখাই | ১৫২০ | ১৫৯৮/৯৯ |
| ১১৬। | থাউটৈচম মিংসং | ১৫২১ | ১৫৯৯/৬০০ |
| ১১৭। | লোইতোংবম তাউপুংআ | ১৫২২ | ১৬০০/৬০১ |
| ১১৮। | লোইতোংবম ময়াং | ১৫২৩ | ১৬০১/২ |
| ১১৯। | নাঅম কপো | ১৫২৪ | ১৬০২/৩ |
| ১২০। | হকরানথেম খুঞ্জান | ১৫২৫ | ১৬০৩/৪ |
| ১২১। | কৈশাম ময়াং | ১৫২৬ | ১৬০৪/৫ |
| ১২২। | হৈরাংখোংজম মোনশাং | ১৫২৭ | ১৬০৫/৬ |
| ১২৩। | থিংকুজম পাঙন | ১৫২৮ | ১৬০৬/৭ |
| ১২৪। | থোংবম মংশা | ১৫২৯ | ১৬০৭/৮ |
| ১২৫। | শরাংথেম শাথোক | ১৫৩০ | ১৬০৮/৯ |
| ১২৬। | মোইবুংলোকপম ময়াং | ১৫৩১ | ১৬০৯/১০ |
| ১২৭। | লোইতোংবম চেংবা | ১৫৩২ | ১৬১০/১১ |
| ১২৮। | নিংথৌজম খোরি | ১৫৩৩ | ১৬১১/১২ |
| ১২৯। | থৌদাম খাকী | ১৫৩৪ | ১৬১২/১৩ |
| ১৩০। | সাইরেম লুকোক | ১৫৩৫ | ১৬১৩/১৪ |
| ১৩১। | হাওবম মরাম্বা | ১৫৩৬ | ১৬১৪/১৫ |
| ১৩২। | মোইরাংথেম শানোং | ১৫৩৭ | ১৬১৫/১৬ |
| ১৩৩। | চনম্বা খরোই | ১৫৩৮ | ১৬১৬/১৭ |

| মশিং চৈথাবগী মিং | | শকাব্দা | খৃষ্টাব্দা |
|---|---|---|---|
| ১৩৪। | সম্থাম ময়াং | ১৫৩৯ | ১৬১৭/১৮ |
| ১৩৫। | থিয়াম থোংঙা | ১৫৪০ | ১৬১৮/১৯ |
| ১৩৬। | য়েনখোইবম সারা | ১৫৪১ | ১৬১৯/২০ |
| ১৩৭। | খুমুকচম লাংমৈ | ১৫৪২ | ১৬২০/২১ |
| ১৩৮। | লোইতোংবম ক্যাং | ১৫৪৩ | ১৬২১/২২ |
| ১৩৯। | ৱাংখৈরাকপম খারি | ১৫৪৪ | ১৬২২/২৩ |
| ১৪০। | য়াঙন্থম আকেং | ১৫৪৫ | ১৬২৩/২৪ |
| ১৪১। | মৈশুবম লমমিং | ১৫৪৬ | ১৬২৪/২৫ |
| ১৪২। | হৈস্নাম চেংবা | ১৫৪৭ | ১৬২৫/২৬ |
| ১৪৩। | চোংথাম তেম্বা | ১৫৪৮ | ১৬২৬/২৭ |
| ১৪৪। | ঙাংনোম কোবা | ১৫৪৯ | ১৬২৭/২৮ |
| ১৪৫। | থিয়াম খোমা | ১৫৫০ | ১৬২৮/২৯ |
| ১৪৬। | নোংপোকপম পাংঙা | ১৫৫১ | ১৬২৯/৩০ |
| ১৪৭। | লাইশ্রম মাইতেক | ১৫৫২ | ১৬৩০/৩১ |
| ১৪৮। | হাওৱোইবম য়োঙ্গা | ১৫৫৩ | ১৬৩১/৩২ |
| ১৪৯। | হৈরাংখোংজম থারোং | ১৫৫৪ | ১৬৩২/৩৩ |
| ১৫০। | হকৱান শানোং | ১৫৫৫ | ১৬৩৩/৩৪ |
| ১৫১। | শম্থাম খোমা | ১৫৫৬ | ১৬৩৪/৩৫ |
| ১৫২। | মোইরাং তোনা | ১৫৫৭ | ১৬৩৫/৩৬ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ১৫৩। | ঙাঙোম তোনবা | ১৫৫৮ | ১৬৩৬/৩৭ |
| ১৫৪। | চনম্বম চিংশোং | ১৫৫৯ | ১৬৩৭/৩৮ |
| ১৫৫। | মৈশুবম ময়াম | ১৫৬০ | ১৬৩৮/৩৯ |
| ১৫৬। | শরাংথেম ঙাইখোং | ১৫৬১ | ১৬৩৯/৪০ |
| ১৫৭। | মোইবুংলোকপম শামা | ১৫৬২ | ১৬৪০/৪১ |
| ১৫৮। | খুমুকচম সেরন | ১৫৬৩ | ১৬৪১/৪২ |
| ১৫৯। | লাইশ্রুবম চিংশোং | ১৫৬৪ | ১৬৪২/৪৩ |
| ১৬০। | মুতুম ফদি | ১৫৬৫ | ১৬৪৩/৪৪ |
| ১৬১। | থিয়াম পনসা | ১৫৬৬ | ১৬৪৪/৪৫ |
| ১৬২। | মংশাতাবম খম্বা | ১৫৬৭ | ১৬৪৫/৪৬ |
| ১৬৩। | থৌদাবম অতোন | ১৫৬৮ | ১৬৪৬/৪৭ |
| ১৬৪। | য়েনখোইবম মুৱা | ১৫৬৯ | ১৬৪৭/৪৮ |
| ১৬৫। | নিংথৌজম খারা | ১৫৭০ | ১৬৪৮/৪৯ |
| ১৬৬। | নোংপোকপম থারোন | ১৫৭১ | ১৬৪৯/৫০ |
| ১৬৭। | ৱাংখৈৱাকপম খোংনাম | ১৫৭২ | ১৬৫০/৫১ |
| ১৬৮। | লাংতেম মরাম্বা | ১৫৭৩ | ১৬৫১/৫২ |
| ১৬৯। | শাইরোম মিৎসং | ১৫৭৪ | ১৬৫২/৫৩ |
| ১৭০। | থৌকারাইচম তখেন | ১৫৭৫ | ১৬৫৩/৫৪ |
| ১৭১। | হাওরোইবম মুবা | ১৫৭৬ | ১৬৫৪/৫৫ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ১৭২। | থৌক্রাইচম ময়ামপা | ১৫৭৭ | ১৬৫৫/৫৬ |
| ১৭৩। | হৈস্নাম খারা | ১৫৭৮ | ১৬৫৬/৫৭ |
| ১৭৪। | নোংপোকপম চিংশোং | ১৫৭৯ | ১৬৫৭/৫৮ |
| ১৭৫। | চনম্বম মুবা | ১৫৮০ | ১৬৫৮/৫৯ |
| ১৭৬। | লাংদেম সনাম্বা | ১৫৮১ | ১৬৫৯/৬০ |
| ১৭৭। | শাসরেম নামশৈ | ১৫৮২ | ১৬৬০/৬১ |
| ১৭৮। | হাওবম কৈশা | ১৫৮৩ | ১৬৬১/৬২ |
| ১৭৯। | থৌক্রাইজম য়ুমদা | ১৫৮৪ | ১৬৬২/৬৩ |
| ১৮০। | লাইশ্রম অতোন | ১৫৮৫ | ১৬৬৩/৬৪ |
| ১৮১। | লোইতোংবম কাবুম | ১৫৮৬ | ১৬৬৪/৬৫ |
| ১৮২। | হাওবোইবম অথিং | ১৫৮৭ | ১৬৬৫/৬৬ |
| ১৮৩। | ঙাংলেম লমথা | ১৫৮৮ | ১৬৬৬/৬৭ |
| ১৮৪। | লোইতোংবম চাওবা | ১৫৮৯ | ১৬৬৭/৬৮ |
| ১৮৫। | কৈশাম লংমাই | ১৫৯০ | ১৬৬৮/৬৯ |
| ১৮৬। | শন্থাম শরা | ১৫৯১ | ১৬৬৯/৭০ |
| ১৮৭। | থৌক্রাইজম লোংখুম | ১৫৯২ | ১৬৭০/৭১ |
| ১৮৮। | হৈস্নাম তেনবা | ১৫৯৩ | ১৬৭১/৭২ |
| ১৮৯। | থৌদাম থরোই | ১৫৯৪ | ১৬৭২/৭৩ |
| ১৯০। | খুমুচম য়োনচা | ১৫৯৫ | ১৬৭৩/৭৪ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ১৯১। | হাওবোইবম তোরা | ১৫৯৬ | ১৬৭৪/৭৫ |
| ১৯২। | লৌক্রাকপম পোরৌ | ১৫৯৭ | ১৬৭৫/৭৬ |
| ১৯৩। | মোইবুংলোকপম পোংশা | ১৫৯৮ | ১৬৭৬/৭৭ |
| ১৯৪। | চনম শামুরোক | ১৫৯৯ | ১৬৭৭/৭৮ |
| ১৯৫। | ৱাংখৈরাকপম লোনতাই | ১৬০০ | ১৬৭৮/৭৯ |
| ১৯৬। | য়েনখোইবম খম্বা | ১৬০১ | ১৬৭৯/৮০ |
| ১৯৭। | হৈস্নাম ক্যাম্বা | ১৬০২ | ১৬৮০/৮১ |
| ১৯৮। | শাইরোম মাইমু | ১৬০৩ | ১৬৮১/৮২ |
| ১৯৯। | লাংদেম ময়াং | ১৬০৪ | ১৬৮২/৮৩ |
| ২০০। | য়াঙম্বম কোইরেং | ১৬০৫ | ১৬৮৩/৮৪ |
| ২০১। | কৈশাম ললহাং | ১৬০৬ | ১৬৮৪/৮৫ |
| ২০২। | ঙাংলোম পুন্সি | ১৬০৭ | ১৬৮৫/৮৬ |
| ২০৩। | নোংপোকপম খোম্বা | ১৬০৮ | ১৬৮৬/৮৭ |
| ২০৪। | চনম্বম চাওবা | ১৬০৯ | ১৬৮৭/৮৮ |
| ২০৫। | ৱাংখৈরাকপম খোংচোম্বা | ১৬১০ | ১৬৮৮/৮৯ |
| ২০৬। | থৌগ্রাইজম কোইরেং | ১৬১১ | ১৬৮৯/৯০ |
| ২০৭। | থৌগ্রাইজম মুবা | ১৬১২ | ১৬৯০/৯১ |
| ২০৮। | শনথাম লুকোক | ১৬১৩ | ১৬৯১/৯২ |
| ২০৯। | হাওৱোইবম অমু | ১৬১৪ | ১৬৯২/৯৩ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ২১০। | কৈশাম শামু | ১৬১৫ | ১৬৯৩/৯৪ |
| ২১১। | নোংপোকপম লাংমৈ | ১৬১৬ | ১৬৯৪/৯৫ |
| ২১২। | হাওবম মুংয়াম্বা | ১৬১৭ | ১৬৯৫/৯৬ |
| ২১৩। | য়েনখোইবা লাংমৈ | ১৬১৮ | ১৬৯৬/৯৭ |
| ২১৪। | চনম্বা শারা | ১৬১৯ | ১৬৯৭/৯৮ |
| ২১৫। | হৈস্নাম হিয়াম্বা | ১৬২০ | ১৬৯৮/৯৯ |
| ২১৬। | শাইরোম মানশৈ | ১৬২১ | ১৬৯৯/৭০০ |
| ২১৭। | নিংঙোম্বম মাইচৌ | ১৬২২ | ১৭০০/৭০১ |
| ২১৮। | হাওব্রোইবম লনহাং | ১৬২৩ | ১৭০১/২ |
| ২১৯। | আরাম্বম খুনজানবা | ১৬২৪ | ১৭০২/৩ |
| ২২০। | খুমুকচম মোইরাম্বা | ১৬২৫ | ১৭০৩/৪ |
| ২২১। | মোইরাং কোংয়াম্বা | ১৬২৬ | ১৭০৪/৫ |
| ২২২। | নোংচেনবম খোমমা | ১৬২৭ | ১৭০৫/৬ |
| ২২৩। | অশাংবম অকোই | ১৬২৮ | ১৭০৬/৭ |
| ২২৪। | বামোন মনিক | ১৬২৯ | ১৭০৭/৮ |
| ২২৫। | হৈস্নাম অতোন | ১৬৩০ | ১৭০৮/৯ |
| ২২৬। | থৌকাইজম খুনঙম | ১৬৩১ | ১৭০৯/১০ |
| ২২৭। | থৌদাম খোংজোন | ১৬৩২ | ১৭১০/১১ |
| ২২৮। | ব্রাংখৈরাকপম কোংয়াম্বা | ১৬৩৩ | ১৭১১/১২ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ২২৯। | আখাম ঙাইখোম্বা | ১৬৩৪ | ১৭১২/১৩ |
| ২৩০। | ঙাঙোম চাওবা | ১৬৩৫ | ১৭১৩/১৪ |
| ২৩১। | ইরোম কোইচোম্বা | ১৬৩৬ | ১৭১৪/১৫ |
| ২৩২। | অশাংবম হাওচৌ | ১৬৩৭ | ১৭১৫/১৬ |
| ২৩৩। | চোংথাম লৈশং | ১৬৩৮ | ১৭১৬/১৭ |
| ২৩৪। | হাইস্নাম লাইবা | ১৬৩৯ | ১৭১৭/১৮ |
| ২৩৫। | সাইরোম থনশা | ১৬৪০ | ১৭১৮/১৯ |
| ২৩৬। | হব্রাইবম কাম্বা | ১৬৪১ | ১৭১৯/২০ |
| ২৩৭। | কৈশাম ওমা | ১৬৪২ | ১৭২০/২১ |
| ২৩৮। | থৌদাম হৈতোন | ১৬৪৩ | ১৭২১/২২ |
| ২৩৯। | পুথেম ইথাই | ১৬৪৪ | ১৭২২/২৩ |
| ২৪০। | ব্রামনবা মেরা | ১৬৪৫ | ১৭২৩/২৪ |
| ২৪১। | মোইরাং খোইদোং | ১৬৪৬ | ১৭২৪/২৫ |
| ২৪২। | লংমাইথেম লোইজা | ১৬৪৭ | ১৭২৫/২৬ |
| ২৪৩। | য়েংকোকপম লেংহান | ১৬৪৮ | ১৭২৬/২৭ |
| ২৪৪। | নিংঙোম্বম ক্যাম্বা | ১৬৪৯ | ১৭২৭/২৮ |
| ২৪৫। | তখেন মোনশাং | ১৬৫০ | ১৭২৮/২৯ |
| ২৪৬। | শাদোকপম শাইপু | ১৬৫১ | ১৭২৯/৩০ |
| ২৪৭। | সরাইসম পাংঙন | ১৬৫২ | ১৭৩০/৩১ |

| মশিং চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|
| ২৪৮। চিরোম ঝোম্বা | ১৬৫৩ | ১৭৩১/৩২ |
| ২৪৯। অমোম ঝাকোং | ১৬৫৪ | ১৭৩২/৩৩ |
| ২৫০। শাইখোম লুঝাং | ১৬৫৫ | ১৭৩৩/৩৪ |
| ২৫১। খুমন চৈরাকপম লমফেন | ১৬৫৬ | ১৭৩৪/৩৫ |
| ২৫২। লৌকাকপম মোইরাম্বা | ১৬৫৭ | ১৭৩৫/৩৬ |
| ২৫৩। বামোন গঙ্গারাম | ১৬৫৮ | ১৭৩৬/৩৭ |
| ২৫৪। ক্ষেত্রি গোবর্দ্ধন | ১৬৫৯ | ১৭৩৭/৩৮ |
| ২৫৫। থিংবাইজম কারু | ১৬৬০ | ১৭৩৮/৩৯ |
| ২৫৬। লাংপোকলাকপম মোইরাম্বা | ১৬৬১ | ১৭৩৯/৪০ |
| ২৫৭। মোইরাং কোইরেং | ১৬৬২ | ১৭৪০/৪১ |
| ২৫৮। কবো লাশোং | ১৬৬৩ | ১৭৪১/৪২ |
| ২৫৯। শুগ্নু ক্যাম্বা | ১৬৬৪ | ১৭৪২/৪৩ |
| ২৬০। কোমোন লমজা | ১৬৬৫ | ১৭৪৩/৪৪ |
| ২৬১। থাংগা তখেন | ১৬৬৬ | ১৭৪৪/৪৫ |
| ২৬২। সলাম মাইজৌ | ১৬৬৭ | ১৭৪৫/৪৬ |
| ২৬৩। ঙাইরাংবম মুংয়াং | ১৬৬৮ | ১৭৪৬/৪৭ |
| ২৬৪। কোনসম মাইমু | ১৬৬৯ | ১৭৪৭/৪৮ |
| ২৬৫। খুৎলেম পাঙন | ১৬৭০ | ১৭৪৮/৪৯ |

| *মশিং* | *চৈথাবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ২৬৬। | মোইফেংবম মাইতেক | ১৬৭১ | ১৭৮৯/৫০ |
| ২৬৭। | নোংথোম্বম শানোং | ১৬৭২ | ১৭৫০/৫১ |
| ২৬৮। | লুক্রাম তেনবা | ১৬৭৩ | ১৭৫১/৫২ |
| ২৬৯। | চান্দম চিংশোং | ১৬৭৪ | ১৭৫২/৫৩ |
| ২৭০। | কোনোক কোংয়াম্বা | ১৬৭৫ | ১৭৫৩/৫৪ |
| ২৭১। | থৌনাওজম ময়াম্বা | ১৬৭৬ | ১৭৫৪/৫৫ |
| ২৭২। | লাংশংবম আকোং | ১৬৭৭ | ১৭৫৫/৫৬ |
| ২৭৩। | ক্যাংখোং মেরা | ১৬৭৮ | ১৭৫৬/৫৭ |
| ২৭৪। | চবুংবম ব্রাকচিং | ১৬৭৯ | ১৭৫৭/৫৮ |
| ২৭৫। | থিংকুজম অমু | ১৬৮০ | ১৭৫৮/৫৯ |
| ২৭৬। | খামরন চিন্দুম *(চিংথংখোম্বা ১ বা ফম্বাল কাবা)* | ১৬৮১ | ১৭৫৯/৬০ |
| ২৭৭। | নান্দেবা লখোন | ১৬৮২ | ১৭৬০/৬১ |
| ২৭৮। | নাওসেকপম চিংবেন | ১৬৮৩ | ১৭৬১/৬২ |
| ২৭৯। | ঙাইরংয়ান পনলিং | ১৬৮৪ | ১৭৬২/৬৩ |
| ২৮০। | শম্থাংপলিং *(চিংথংখোম্বা ২ বা ফম্বাল কাবা)* | ১৬৮৫ | ১৭৬৩/৬৪ |
| ২৮১। | লাইশ্রম কংগা রাম | ১৬৮৬ | ১৭৬৪/৬৫ |
| ২৮২। | বামোন পিতম্বর | ১৬৮৭ | ১৭৬৫/৬৬ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ২৮৩। | বামোন জয়কৃষ্ণ | ১৬৮৮ | ১৭৬৬/৬৭ |
| ২৮৪। | বামোন হরিনন্দ | ১৬৮৯ | ১৭৬৭/৬৮ |
| ২৮৫। | লাইশ্রম পানলোই | ১৬৯০ | ১৭৬৮/৬৯ |
| ২৮৬। | লংমাইথেম কিয়োং | ১৬৯১ | ১৭৬৯/৭০ |
| ২৮৭। | মকেংখাংলপুং | ১৬৯২ | ১৭৭০/৭১ |
| ২৮৮। | মাইস্নাম পুরেং | ১৬৯৩ | ১৭৭১/৭২ |
| ২৮৯। | নোংথোনবা মুবা | ১৬৯৪ | ১৭৭২/৭৩ |
| ২৯০। | লাইরিকয়েংবম মক্রা | ১৬৯৫ | ১৭৭৩/৭৪ |
| ২৯১। | চিংশুবা হোংবা | ১৬৯৬ | ১৭৭৪/৭৫ |
| ২৯২। | বাইরংবা আনন্দ রাম<br>*(কাইনাদা থৈবোং য়েংবা চংপা)* | ১৬৯৭ | ১৭৭৫/৭৬ |
| ২৯৩। | হৈস্নাম খুণ্ডম<br>*(শ্রীগোবিন্দজীউ নির্পন)* | ১৬৯৮ | ১৭৭৬/৭৭ |
| ২৯৪। | সেকমাই মুবা | ১৬৯৯ | ১৭৭৭/৭৮ |
| ২৯৫। | অকোকশা গোবিন্দ্রাম | ১৭০০ | ১৭৭৮/৭৯ |
| ২৯৬। | মাইবম চক্রপানি | ১৭০১ | ১৭৭৯/৮০ |
| ২৯৭। | তখেন রম চরণ | ১৭০২ | ১৭৮০/৮১ |
| ২৯৮। | বাইখোং লমখাং<br>*(লাইশ্রম লমখাম সাংবাইখোং বস্তি)* | ১৭০৩ | ১৭৮১/৮২ |

| মশিং | চৈথারবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ২৯৯। | তাইমজম তাংখুল | ১৭০৪ | ১৭৮২/৮৩ |
| ৩০০। | ৱাহেংবম ওকলাবা | ১৭০৫ | ১৭৮৩/৮৪ |
| ৩০১। | শঙাইপ্রৌ লাই | ১৭০৬ | ১৭৮৪/৮৫ |
| ৩০২। | লাইরিকয়েংবা মুনিরাম | ১৭০৭ | ১৭৮৫/৮৬ |
| ৩০৩। | পুখ্রম্বম পাঙন | ১৭০৮ | ১৭৮৬/৮৭ |
| ৩০৪। | অকোইজম খোংজোম্বা | ১৭০৯ | ১৭৮৭/৮৮ |
| ৩০৫। | ৱাইখোম নাওশেক | ১৭১০ | ১৭৮৮/৮৯ |
| ৩০৬। | ৱাইখোম খোইদোং | ১৭১১ | ১৭৮৯/৯০ |
| ৩০৭। | ককচীং কৈথেন | ১৭১২ | ১৭৯০/৯১ |
| ৩০৮। | ঙারংরানবম পনশা | ১৭১৩ | ১৭৯১/৯২ |
| ৩০৯। | অকোইজম খোংজোম্বা | ১৭১৪ | ১৭৯২/৯৩ |
| ৩১০। | নিংঙোনপা খোম্বা | ১৭১৫ | ১৭৯৩/৯৪ |
| ৩১১। | থোকচোম কোইবা | ১৭১৬ | ১৭৯৪/৯৫ |
| ৩১২। | লাইরেনজম গঙ্গারাম | ১৭১৭ | ১৭৯৫/৯৬ |
| ৩১৩। | শরাইসম পুরুষোত্তম | ১৭১৮ | ১৭৯৬/৯৭ |
| ৩১৪। | নান্দেবা লক্ষ্মণ | ১৭১৯ | ১৭৯৭/৯৮ |
| ৩১৫। | লাইরিকয়েংবা অরোই | ১৭২০ | ১৭৯৮/৯৯ |
| ৩১৬। | থৌদম খোংজোম্বা | ১৭২১ | ১৭৯৯/৮০০ |
| ৩১৭। | মাইস্নাম পুঙথোন | ১৭২২ | ১৮০০/৮০১ |

| মণিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৩১৮। | থাঙ্গ খুঞ্জাও | ১৭২৩ | ১৮০১/২ |
| ৩১৯। | লাইশ্রম অচৌ | ১৭২৪ | ১৮০২/৩ |
| ৩২০। | এংখোম খুভম | ১৭২৫ | ১৮০৩/৪ |
| ৩২১। | ইরোম কোইবা | ১৭২৬ | ১৮০৪/৫ |
| ৩২২। | মোইরাং পালোই | ১৭২৭ | ১৮০৫/৬ |
| ৩২৩। | থাংক হেরা | ১৭২৮ | ১৮০৬/৭ |
| ৩২৪। | য়েনকোকপা শ্যামরাম | ১৭২৯ | ১৮০৭/৮ |
| ৩২৫। | য়ুমনাম অরোকশংলেন লাকপা | ১৭৩০ | ১৮০৮/৯ |
| ৩২৬। | লৈশাংথেম খারম | ১৭৩১ | ১৮০৯/১০ |
| ৩২৭। | থোংপম কৌরাং | ১৭৩২ | ১৮১০/১১ |
| ৩২৮। | সোইপম লাইপা | ১৭৩৩ | ১৮১১/১২ |
| ৩২৯। | নাওরেম খল্লিং | ১৭৩৪ | ১৮১২/১৩ |
| ৩৩০। | সিনাম মুংয়ামপা | ১৭৩৫ | ১৮১৩/১৪ |
| ৩৩১। | লংমাইথেম মনি | ১৭৩৬ | ১৮১৪/১৫ |
| ৩৩২। | লিকমাবা শ্রীখোন | ১৭৩৭ | ১৮১৫/১৬ |
| ৩৩৩। | লোইতোংবম হরি | ১৭৩৮ | ১৮১৬/১৭ |
| ৩৩৪। | লাইশ্রম তাম্রসিং | ১৭৩৯ | ১৮১৭/১৮ |
| ৩৩৫। | লাইরিকয়েংবম খেলরাম | ১৭৪০ | ১৮১৮/১৯ |
| ৩৩৬। | ৱাকনপা হরি | ১৭৪১ | ১৮১৯/২০ |

| মশিং | চৈথারবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৩৩৭। | মোইরাং খেলেম্বা | ১৭৪২ | ১৮২০/২১ |
| ৩৩৮। | থোকচোম খুল্লিং | ১৭৪৩ | ১৮২১/২২ |
| ৩৩৯। | হাওপিজম হোংবা | ১৭৪৪ | ১৮২২/২৩ |
| ৩৪০। | অশাংপম হাওচৌ | ১৭৪৫ | ১৮২৩/২৪ |
| ৩৪১। | ঙাংখম থোইপাক | ১৭৪৬ | ১৮২৪/২৫ |
| ৩৪২। | ওইনাম বলরাম | ১৭৪৭ | ১৮২৫/২৬ |
| ৩৪৩। | সোইপম খুলিং | ১৭৪৮ | ১৮২৬/২৭ |
| ৩৪৪। | মৃতুম খোম্বা | ১৭৪৯ | ১৮২৭/২৮ |
| ৩৪৫। | য়াংলেম খুনচাও | ১৭৫০ | ১৮২৮/২৯ |
| ৩৪৬। | থিয়াম অনন্দ্রাম | ১৭৫১ | ১৮২৯/৩০ |
| ৩৪৭। | পুখ্রনপা তাংখোমপা | ১৭৫২ | ১৮৩০/৩১ |
| ৩৪৮। | ঙ্গাংনু হাওচৌ | ১৭৫৩ | ১৮৩১/৩২ |
| ৩৪৯। | থাংজম উরাবা | ১৭৫৪ | ১৮৩২/৩৩ |
| ৩৫০। | নিংথৌজম নব | ১৭৫৫ | ১৮৩৩/৩৪ |
| ৩৫১। | মোইরাং মুকুণ্ড | ১৭৫৬ | ১৮৩৪/৩৫ |
| ৩৫২। | য়ামবেম শ্যাম | ১৭৫৭ | ১৮৩৫/৩৬ |
| ৩৫৩। | সোরাইসম শুরপা | ১৭৫৮ | ১৮৩৬/৩৭ |
| ৩৫৪। | নাওরেম হরি | ১৭৫৯ | ১৮৩৭/৩৮ |
| ৩৫৫। | য়ুম্নাম হিঙম্বা | ১৭৬০ | ১৮৩৮/৩৯ |

| মশিং | চৈথারবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৩৫৬। | সরাইশম হরি | ১৭৬১ | ১৮৩৯/৪০ |
| ৩৫৭। | চোনচোনবা লুপ | ১৭৬২ | ১৮৪০/৪১ |
| ৩৫৮। | হৈসনাম পূর্ণ | ১৭৬৩ | ১৮৪১/৪২ |
| ৩৫৯। | মুতুবা মোহন | ১৭৬৪ | ১৮৪২/৪৩ |
| ৩৬০। | অহোংশাংপম প্রেমসিং | ১৭৬৫ | ১৮৪৩/৪৪ |
| ৩৬১। | লুবাংচামপা পত্রসিং | ১৭৬৬ | ১৮৪৪/৪৫ |
| ৩৬২। | অসৈপা মৃহনসিং | ১৭৬৭ | ১৮৪৫/৪৬ |
| ৩৬৩। | ককচিং ফলসিং | ১৭৬৮ | ১৮৪৬/৪৭ |
| ৩৬৪। | কমেং খুনজাও | ১৭৬৯ | ১৮৪৭/৪৮ |
| ৩৬৫। | য়ুমনাপা ক্ষেমাসিং | ১৭৭০ | ১৮৪৮/৪৯ |
| ৩৬৬। | লৈমপোকপম তানচৌ | ১৭৭১ | ১৮৪৯/৫০ |
| ৩৬৭। | পুয়াম যুপাসিং | ১৭৭২ | ১৮৫০/৫১ |
| ৩৬৮। | কুম্বী খুনমাথাবা | ১৭৭৩ | ১৮৫১/৫২ |
| ৩৬৯। | অন্দ্রো গোবিন্দ | ১৭৭৪ | ১৮৫২/৫৩ |
| ৩৭০। | থিঙ্গুচাম্বা চিংশোম্বা | ১৭৭৫ | ১৮৫৩/৫৪ |
| ৩৭১। | খোরিখুন চাওবা | ১৭৭৬ | ১৮৫৪/৫৫ |
| ৩৭২। | সেকমাই দেবান্দ | ১৭৭৭ | ১৮৫৫/৫৬ |
| ৩৭৩। | ককচিং চন্দ্র শ্যাম | ১৭৭৮ | ১৮৫৬/৫৭ |
| ৩৭৪। | লাইশ্রম বলদেব | ১৭৭৯ | ১৮৫৭/৫৮ |

| মপিং চৈথারবগী মিং | | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৩৭৫। | য়ুম্নাম চাওবা | ১৭৮০ | ১৮৫৮/৫৯ |
| ৩৭৬। | খিঙ্গুজাম্বা চক্রপানি | ১৭৮১ | ১৮৫৯/৬০ |
| ৩৭৭। | থোকচাও চান্দ | ১৭৮২ | ১৮৬০/৬১ |
| ৩৭৮। | লৈশাং দেবান্দ | ১৭৮৩ | ১৮৬১/৬২ |
| ৩৭৯। | ওইনাম ব্রজ | ১৭৮৪ | ১৮৬২/৬৩ |
| ৩৮০। | শরোৎখাইবম চন্দ্রসিং | ১৭৮৫ | ১৮৬৩/৬৪ |
| ৩৮১। | ৱাইখ্বা হেমসিং | ১৭৮৬ | ১৮৬৪/৬৫ |
| ৩৮২। | চনম্বা দুলহোপ | ১৭৮৭ | ১৮৬৫/৬৬ |
| ৩৮৩। | ৱাইখ্বা বিনোদ | ১৭৮৮ | ১৮৬৬/৬৭ |
| ৩৮৪। | সোইবম বলসিং | ১৭৮৯ | ১৮৬৭/৬৮ |
| ৩৮৫। | তাওরিয়া কৃত্তিবাসি | ১৭৯০ | ১৮৬৮/৬৯ |
| ৩৮৬। | মোইরাং চৈতন্যাসিং | ১৭৯১ | ১৮৬৯/৭০ |
| ৩৮৭। | মাইস্নাম দেবসিং | ১৭৯২ | ১৮৭০/৭১ |
| ৩৮৮। | লাইশ্রম পুর্ণসিং | ১৭৯৩ | ১৮৭১/৭২ |
| ৩৮৯। | হাওরোংবা দেব | ১৭৯৪ | ১৮৭২/৭৩ |
| ৩৯০। | নাওরেম চাওবা | ১৭৯৫ | ১৮৭৩/৭৪ |
| ৩৯১। | থাংজম চাওবা | ১৭৯৬ | ১৮৭৪/৭৫ |
| ৩৯২। | অপুজাম্বা কুল | ১৭৯৭ | ১৮৭৫/৭৬ |
| ৩৯৩। | কাংহুজাম্বা খেমা | ১৭৯৮ | ১৮৭৬/৭৭ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৩৯৪। | খাংচাকপা চাওবা | ১৭৯৯ | ১৮৭৭/৭৮ |
| ৩৯৫। | হাওবিজাম্বা চন্দ্রসিং | ১৮০০ | ১৮৭৮/৭৯ |
| ৩৯৬। | নোংথোনবা ধর্ম্ম | ১৮০১ | ১৮৭৯/৮০ |
| ৩৯৭। | হৈক্রুজম চাওবা | ১৮০২ | ১৮৮০/৮১ |
| ৩৯৮। | থোকচাও চাওথোই | ১৮০৩ | ১৮৮১/৮২ |
| ৩৯৯। | ওইনাম পুর্ণ | ১৮০৪ | ১৮৮২/৮৩ |
| ৪০০। | ৱাইখ্বা নবসিং | ১৮০৫ | ১৮৮৩/৮৪ |
| ৪০১। | হৈস্না ধর্ম্ম | ১৮০৬ | ১৮৮৪/৮৫ |
| ৪০২। | খোইরুবা নবশ্যাম | ১৮০৭ | ১৮৮৫/৮৬ |
| ৪০৩। | নাওরিয়া পুনশি | ১৮০৮ | ১৮৮৬/৮৭ |
| ৪০৪। | খুন্দোংবা বোলসিং | ১৮০৯ | ১৮৮৭/৮৮ |
| ৪০৫। | নাওরিয়া শাজৌ | ১৮১০ | ১৮৮৮/৮৯ |
| ৪০৬। | লুৱাংশংবা গৌর | ১৮১১ | ১৮৮৯/৯০ |
| ৪০৭। | মাইব্যা সুবোন | ১৮১২ | ১৮৯০/৯১ |
| ৪০৮। | অহোংশাংবা দুর্লভ | ১৮১৩ | ১৮৯১/৯২ |
| ৪০৯। | সেকমাই লিলাসিং | ১৮১৪ | ১৮৯২/৯৩ |
| ৪১০। | সেকমাই ললিতো | ১৮১৫ | ১৮৯৩/৯৪ |
| ৪১১। | খোবিখুন চৈতন্য | ১৮১৬ | ১৮৯৪/৯৫ |
| ৪১২। | সেকমাই কোমলসিং | ১৮১৭ | ১৮৯৫/৯৬ |

| *মশিং* | *চৈথাবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ৪১৩। | খোরিখুন লৈরিজাও | ১৮১৮ | ১৮৯৬/৯৭ |
| ৪১৪। | সেকমাই লালসিং | ১৮১৯ | ১৮৯৭/৯৮ |
| ৪১৫। | সেকমাই লবঙ্গ | ১৮২০ | ১৮৯৮/৯৯ |
| ৪১৬। | খোরিখুল কৃত্তি | ১৮২১ | ১৮৯৯/৯০০ |
| ৪১৭। | সেকমাই ফলসিং | ১৮২২ | ১৯০০/৯০১ |
| ৪১৮। | লৈত্রাম ললিতা | ১৮২৩ | ১৯০১/২ |
| ৪১৯। | ককচিং লোখোন | ১৮২৪ | ১৯০২/৩ |
| ৪২০। | খোরিখুন রোতোনসিং | ১৮২৫ | ১৯০৩/৪ |
| ৪২১। | খোরিখুন বোলোসিং | ১৮২৬ | ১৯০৪/৫ |
| ৪২২। | সেকমাই কৃতি | ১৮২৭ | ১৯০৫/৬ |
| ৪২৩। | সেকমাই হেমোসিং | ১৮২৮ | ১৯০৬/৭ |
| ৪২৪। | সেকমাই লৈথোন | ১৮২৯ | ১৯০৭/৮ |
| ৪২৫। | অন্দ্রো চাওবা | ১৮৩০ | ১৯০৮/৯ |
| ৪২৬। | কমেং চাওবা | ১৮৩১ | ১৯০৯/১০ |
| ৪২৭। | অন্দ্রো চাওরেন | ১৮৩২ | ১৯১০/১১ |
| ৪২৮। | ককচিং চাওবা | ১৮৩৩ | ১৯১১/১২ |
| ৪২৯। | সেকমাই লাবন্য | ১৮৩৪ | ১৯১২/১৩ |
| ৪৩০। | অন্দ্রো খোনসিং | ১৮৩৫ | ১৯১৩/১৪ |
| ৪৩১। | অন্দ্রো খেত্র | ১৮৩৬ | ১৯১৪/১৫ |

| মশিং | চৈথারবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৪৩২। | খোংবানতাবম চাওবা | ১৮৩৭ | ১৯১৫/১৬ |
| ৪৩৩। | কুমফি অহোংজাও | ১৮৩৮ | ১৯১৬/১৭ |
| ৪৩৪। | হাওবিজম চাওবা | ১৮৩৯ | ১৯১৭/১৮ |
| ৪৩৫। | থাইখোং রূপচন্দ্র | ১৮৪০ | ১৯১৮/১৯ |
| ৪৩৬। | ককচিং অতোঞ্জাও | ১৮৪১ | ১৯১৯/২০ |
| ৪৩৭। | চাইরেন তাইবোং | ১৮৪২ | ১৯২০/২১ |
| ৪৩৮। | অন্দ্রো খেমাসিং সাইরুংপা | ১৮৪৩ | ১৯২১/২২ |
| ৪৩৯। | অন্দ্রো খুনজাও | ১৮৪৪ | ১৯২২/২৩ |
| ৪৪০। | ককচিং ফোলসিং | ১৮৪৫ | ১৯২৩/২৪ |
| ৪৪১। | ককচিং চুড়াশিং | ১৮৪৬ | ১৯২৪/২৫ |
| ৪৪২। | লাইশ্রম মেঘো | ১৮৪৭ | ১৯২৫/২৬ |
| ৪৪৩। | ককচিং লৈরেন | ১৮৪৮ | ১৯২৬/২৭ |
| ৪৪৪। | লাঙথেন ঙৌবা | ১৮৪৯ | ১৯২৭/২৮ |
| ৪৪৫। | কুমফি অঙৌ | ১৮৫০ | ১৯২৮/২৯ |
| ৪৪৬। | ককচিং তোমচৌ | ১৮৫১ | ১৯২৯/৩০ |
| ৪৪৭। | ককচিং কালি | ১৮৫২ | ১৯৩০/৩১ |
| ৪৪৮। | অন্দ্রো ভগ্য | ১৮৫৩ | ১৯৩১/৩২ |
| ৪৪৯। | অন্দ্রো পালা | ১৮৫৪ | ১৯৩২/৩৩ |
| ৪৫০। | অন্দ্রো কুন্দ | ১৮৫৫ | ১৯৩৩/৩৪ |

| মশিং | চৈথাবগী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৪৫১। | অন্দ্রো ঙৌবা | ১৮৫৬ | ১৯৩৪/৩৫ |
| ৪৫২। | অন্দ্রো গোবিন্দ | ১৮৫৭ | ১৯৩৫/৩৬ |
| ৪৫৩। | অন্দ্রো গোপাল সিং | ১৮৫৮ | ১৯৩৬/৩৭ |
| ৪৫৪। | অন্দ্রো গোকুল সিং | ১৮৫৯ | ১৯৩৭/৩৮ |
| ৪৫৫। | ওইনাম চাওবা | ১৮৬০ | ১৯৩৮/৩৯ |
| ৪৫৬। | অন্দ্রো চাওভল | ১৮৬১ | ১৯৩৯/৪০ |
| ৪৫৭। | সোইবম গোবিন্দ | ১৮৬২ | ১৯৪০/৪১ |
| ৪৫৮। | অথোকপম পূর্ণসিং | ১৮৬৩ | ১৯৪১/৪২ |
| ৪৫৯। | তাইমজম হেম | ১৮৬৪ | ১৯৪২/৪৩ |
| ৪৬০। | সেকমাই চেতোন | ১৮৬৫ | ১৯৪৩/৪৪ |
| ৪৬১। | মুতুম ভুবোন | ১৮৬৬ | ১৯৪৪/৪৫ |
| ৪৬২। | ঙাথেম থামা | ১৮৬৭ | ১৯৪৫/৪৬ |
| ৪৬৩। | হুইদ্রোম তোলপিশক | ১৮৬৮ | ১৯৪৬/৪৭ |
| ৪৬৪। | খাঙেম্বম চন্দ্রসিং | ১৮৬৯ | ১৯৪৭/৪৮ |
| ৪৬৫। | অন্দ্রো সুরচন্দ্র | ১৮৭০ | ১৯৪৮/৪৯ |
| ৪৬৬। | তেনশুবম চাওবা | ১৮৭১ | ১৯৪৯/৫০ |
| ৪৬৭। | থিয়াম অঙাংজাও | ১৮৭২ | ১৯৫০/৫১ |
| ৪৬৮। | নিংথৌজম তোম্বুং | ১৮৭৩ | ১৯৫১/৫২ |
| ৪৬৯। | ককচিং লৈরেন | ১৮৭৪ | ১৯৫২/৫৩ |

| *মশিং* | *চৈথারবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ৪৭০। | ককচিং ৱাইরি য়াইমা | ১৮৭৫ | ১৯৫৩/৫৪ |
| ৪৭১। | ওইনাম অমুজাও | ১৮৭৬ | ১৯৫৪/৫৫ |
| ৪৭২। | ককচিং অমোম অঙাংজাও | ১৮৭৭ | ১৯৫৫/৫৬ |
| ৪৭৩। | থোঙাম ঙাংবা | ১৮৭৮ | ১৯৫৬/৫৭ |
| ৪৭৪। | অন্দ্রো চিঙাখম সেখরসিং | ১৮৭৯ | ১৯৫৭/৫৮ |
| ৪৭৫। | ওইনাম য়াইমা | ১৮৮০ | ১৯৫৮/৫৯ |
| ৪৭৬। | পাঙম্বম তম্ফাজাও | ১৮৮১ | ১৯৫৯/৬০ |
| ৪৭৭। | অরাম্বম গঙ্গাসিং | ১৮৮২ | ১৯৬০/৬১ |
| ৪৭৮। | লাইশ্রম বাবুসিং | ১৮৮৩ | ১৯৬১/৬২ |
| ৪৭৯। | অহোংশাংবম তোমচৌ, *নিঙোম লৱাই* | ১৮৮৪ | ১৯৬২/৬৩ |
| ৪৮০। | নামোইজম হরিমুহন, *অৱাং খুনৌ* | ১৮৮৫ | ১৯৬৩/৬৪ |
| ৪৮১। | হিদাম চাওবা, *কাচি খুল* | ১৮৮৬ | ১৯৬৪/৬৫ |
| ৪৮২। | খাঙঙাবোক শাইখোম লাইবা | ১৮৮৭ | ১৯৬৫/৬৬ |
| ৪৮৩। | ফয়েং অমোম ভিস্ম সিংহ | ১৮৮৮ | ১৯৬৬/৬৭ |
| ৪৮৪। | ফয়েং অমোম লৈহাউ | ১৮৮৯ | ১৯৬৭/৬৮ |
| ৪৮৫। | লাংপোকলাকপম চাওবা, *থৌবাল ৱাংমাতাবা* | ১৮৯০ | ১৯৬৮/৬৯ |

| *মশিং* | *চৈথাবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
| --- | --- | --- | --- |
| ৪৮৬। | তেনশুবম তর্পন, *মোইরাং কম্বু* | ১৮৯১ | ১৯৬৯/৭০ |
| ৪৮৭। | নিংথৌজম জুগোল | ১৮৯২ | ১৯৭০/৭১ |
| ৪৮৮। | কোঙ্গেংবম চন্দ্রসিং, *খুম্বোং* | ১৮৯৩ | ১৯৭১/৭২ |
| ৪৮৯। | তখেলম্বম তোমাল | ১৮৯৪ | ১৯৭২/৭৩ |
| ৪৯০। | নাওরেম থরোঙৌ, *উচেক্কোন* | ১৮৯৫ | ১৯৭৩/৭৪ |
| ৪৯১। | কোঙ্গেংবম চাওবা | ১৮৯৬ | ১৯৭৪/৭৫ |
| ৪৯২। | নাওরেম অঙৌ | ১৮৯৭ | ১৯৭৫/৭৬ |
| ৪৯৩। | পাওনম ইবোতোম্বী, *ককচিংকারাম* | ১৮৯৮ | ১৯৭৬/৭৭ |
| ৪৯৪। | হিজম অমুবি সিংহ, *তাওবুংখোক* | ১৮৯৯ | ১৯৭৭/৭৮ |
| ৪৯৫। | হুইদ্রোম চাওবা সিং, | ১৯০০ | ১৯৭৮/৭৯ |
| ৪৯৬। | নাওরেম থোইবা সিং, *তেন্থা* | ১৯০১ | ১৯৭৯/৮০ |
| ৪৯৭। | লৈবুকুম ইবোমচা সিং | ১৯০২ | ১৯৮০/৮১ |
| ৪৯৮। | শ্রীকোইজম পিবা সিংহ | ১৯০৩ | ১৯৮১/৮২ |
| ৪৯৯। | অথোকপম ইবোহলসিং, *খোংমন* | ১৯০৪ | ১৯৮২/৮৩ |
| ৫০০। | লৌরিয়াম তুলসিং, *মোইবুং খুনৌ* | ১৯০৫ | ১৯৮৩/৮৪ |

| মশিং | চৈথাবণী মিং | শকাব্দাঃ | খৃষ্টাব্দাঃ |
|---|---|---|---|
| ৫০১। | ওইনাম ইবোহল সিং, *অৱাংপোংশংবম* | ১৯০৬ | ১৯৮৪/৮৫ |
| ৫০২। | থোকচোম যাত্রা সিং, | ১৯০৭ | ১৯৮৫/৮৬ |
| ৫০৩। | মোইরাংথেম গোকুলচান্দ, *নোংপোক সঞ্জেনবম* | ১৯০৮ | ১৯৮৬/৮৭ |
| ৫০৪। | লাইশংবম উপ্রোসিং, *কৌক্রক* | ১৯০৯ | ১৯৮৭/৮৮ |
| ৫০৫। | ওইনাম ইবোহলসিং, *পোংশংবম* | ১৯১০ | ১৯৮৮/৮৯ |
| ৫০৬। | কোন্থৌজম থম্বৌসিং, *হাওরংশাবন* | ১৯১১ | ১৯৮৯/৯০ |
| ৫০৭। | ঙাথেম নিমাই, *নোংপোক সেকমাই* | ১৯১২ | ১৯৯০/৯১ |
| ৫০৮। | খোমদ্রাম তোমচৌসিং, *খালৌরেম্বম* | ১৯১৩ | ১৯৯১/৯২ |
| ৫০৯। | কৈশাম বিরচান্দসিংহ, *মহারাবি* | ১৯১৪ | ১৯৯২/৯৩ |
| ৫১০। | কোঞ্জেংবম লয়োনসিং, *অৱাং সেকমাই* | ১৯১৫ | ১৯৯৩/৯৪ |
| ৫১১। | নাওরোইবম মাধোপসিং, *শগোনবন্দ* | ১৯১৬ | ১৯৯৪/৯৫ |

| *মশিং* | *চৈথাবগী মিং* | *শকাব্দাঃ* | *খৃষ্টাব্দাঃ* |
|---|---|---|---|
| ৫১২। | খুমুকচম নোয়োনসিং, *অৱাং খুনৌ* | ১৯১৭ | ১৯৯৫/৯৬ |
| ৫১৩। | নিংথৌখোংজম শামুসিং, *তেন্দোংয়ান* | ১৯১৮ | ১৯৯৬/৯৭ |
| ৫১৪। | খরাইজম মংলেমজাওসিং, *তেন্দোংয়ান* | ১৯১৯ | ১৯৯৭/৯৮ |
| ৫১৫। | শ্রীমোইরাংময়ুম শামুসিং, *নোংপোক ইঙৌরোক* | ১৯২০ | ১৯৯৮/৯৯ |
| ৫১৬। | হৈখাম নবাসিং, *খুরখুল* | ১৯২১ | ১৯৯৯/২০০০ |
| ৫১৭। | ফুরিৎশাবম পুস্নি সিংহ, *খুরখুল* | ১৯২২ | ২০০০/১ |
| ৫১৮। | মোইরাংময়ুম শামুঙৌবা সিংহ, *নোংপোক ইঙৌরোক* | ১৯২৩ | ২০০১/২ |
| ৫১৯। | খোইরোম চাওবা মীতৈ, *য়ুরেম্বম* | ১৯২৪ | ২০০২/৩ |
| ৫২০। | কৈশাম থোইবাসিংহ, *লাইরেনকাবি* | ১৯২৫ | ২০০৩/৪ |
| ৫২১। | লাইশ্রম রায়সরতচন্দ্র সিংহ, *য়ুরেম্বম অৱাং লৈকাই* | ১৯২৬ | ২০০৪/৫ |

---------

# অরান্বা চুমথোকপা

| লামাই | | পরেং | | অরান্বা | | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | - | ২০ | | Army | | Aryan |
| ১২ | - | ২ | - | লসয়া | = | লইয়া |
| ৩৬ | - | ২০ | - | তাসবোও | = | তাইবোঙ |
| ৪২ | - | ২০ | - | নাখোয় | = | মাখোয় |
| ৪৪ | - | ২৪ | - | ওসরে | = | ওইরে |
| ৫৪ | - | ১০ | - | পৃপা | = | কৃপা |
| ৬৯ | - | ১ | - | অন, | = | অনা, |
| ৮২ | - | ১১ | - | নিংতৌনা | = | নিংথৌনা |

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। মতমগী য়াওন, মৈতৈ লাইনিং লিচৎ। (১৯৯২)

২। মৈতৈ চৈরাওবগী নুমিৎ। (১৯৯৪)

৩। মণিপুর থিবা অমসুং তাকপা। (১৯৯৪)

৪। মৈতৈ ইপানাৎ-ইপুনাৎ অহানবা। (১৯৯৫)

৫। নুপী মপোক শেম্বা জ্যোতিষ পাউতাক। (১৯৯৬)

৬। চেতাবনি, কলিযুগ লোইবক্লে সত্যযুগ চংলক্লে। (১৯৯৯)

৭। চৈরাওবা। (২০০০)

৮। মৈতৈ লৈবাক মণিপুর মহাভাবতকিনি। (২০০৪)

মথংদা ফোংজরক্লগদবাঃ
মণিপুর মাইবা